# ꯃꯩꯇꯩ ꯑꯃꯥꯏꯕꯤ

# মৈতৈ অমাইবী



ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী



মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল

**Meitei Amaibi**

A study on the Art of the Meitei Amaibi by **Dr. Ng. Ekashini Devi**, Lalambung Takhellambam Leikai (Near M M Gas Godown), Imphal, Manipur

*Published by* **Joy Shangker Publications**, Imphal, Manipur, Price Rs 95

অহানবা ফোঙবা : ২০০৬

| | | |
|---|---|---|
| ফোঙবা | : | **জযশঙ্কব পব্লিকেসন্স**<br>ললাম্বুং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল,<br>মণিপুব। |
| নম্ফম | : | **ঐজ্জা কম্প্যুটব প্রিন্টিং সেন্টব,**<br>নাওবেমথোং, ইম্ফাল। |
| মখুম যেকপা | : | **তখেল্লম্বম নুংশিথোই লুব্রাং।** |
| কোপি বাইট | : | হক পূম্বা অইবগীনি। |
| কোপী মশীং | : | ১০০০ |
| মমল | : | লুপা ৯৫/- |
| লাইবিক ফংফম | : | ১।   অইবগী যুম,<br>ললাম্বুং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল,<br>মণিপুব।<br>২।   বাজেশ বুক ষ্টোব, ইম্ফাল। |

কোরৌ নোংদোল কাম্ববা
ইপা ইবুংঙো ইবোতোম্বী;
লৈবাক্লা ওজা মিংগৌনখীবা
ইপুবোক জদু অনীদা
নীংশিং খুদোল থমজবা।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

**মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি** ইং ১৯৮৬তা লমদমসিগী সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবা নহা ওইরিবা অইবা অইবীশিংনা পূনশিল্লগা শেমখিবনি। ঙসিদি সাহিত্য অকাদেমী, নই দিল্লিনা শকখঙলবা সাহিত্যগী সংস্থাননি। মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল কয়া পুথোক্লবা সোসাইটিনা হোৎজবগা লোয়ননা মতম মতমগী সাহিত্য, সংস্কৃতি, মবী লৈনবা থৌরম কয়া লেপ্তুনা পাঙথোকচরি। থা ৬/৬ কী ওইনা **সাহিত্য লৈচল** মিংথোনবা চেফোঙ অমসু লেপ্তুনা পুথোকচরি। সাহিত্যগী লমদা চঙশিল্লক্লিবা অইবা অইবীশিংবু পূক্লীং থৌগৎচরিবা সাহিত্যগী সংস্থাননি। সোসাইটিগী মেম্বরশিংনা ইবা মগুণ লৈরবা লাইরিক্তা তোঙান তোঙানবা সাহিত্যগী মনাসু ফংগ্রে।

ইং ২০০১দগী হৌনা লমদমসিগী মগুণ লৈবা সাহিত্যগী লাইরিক্তা চহী ২/২ গী ওইনা পীগদবা **সেরাম মুক্তা মনা** পীবা হৌগ্রে। ঙসি ফাওবদা সোসাইটিনা লাইরিক ২৮ ফোঙগ্রে। ৱাৰীমচাগী লাইরিক ৭; শৈবেংগী ১৭ ; ড্রামাগী লাইরিক ২; উপন্যাস ১ অমসুং নৈন-ৱারেং ১নি

হন্দক পুথোকচরিবা **কুমারী ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী**-গী নৈন-ৱারেং **মৈতৈ অমাইবী** মিংথোনবা অসিনা সোসাইটিনা ফোঙবা ২৯শুবা লাইবিকনি। লাইবিক অসি অইবীগীনা অহানবা ওইনা খুদোল তমজবনি। অইবীগী খুদোল অসি অপাবশিংগী মফমদা নোল্লুক্না শিন্নজবি।

**মায়া নেপ্রম**

*জেনরেল সেক্রেটরী*,

মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,

ইম্ফাল।

# ব্রাহৈ খরদং

মালেমদা লৈরিবা লৈবাক খুদিংমক্কী মশাগী ওইবা মাগী তোপ তোপ্পা লাইনীং লম্বী অমসুং ঈরাৎ-থৌনি লৈনবা ঙাক্তনি। ঐখোয়গী লৈপাক অসিসু থায়নঙৈদগী হৌনা লাই তীনশিংদা য়াম্না থাজদুনা লাকপা লৈবাক ওইরকই। লৈব্যাক অসিগী মীওইশিংনা মৈহৌ-লাংপোক, অনা-অয়েক্লচিংবা মুন্না খঙবা ঙমদবা থৌদোক থৌরম অমসং প্রকৃতিগী শাজৎশিংবু লাই-তীনশিংনা তৌহনবনি হায়না থায়নঙৈদগী থাজনরকলি।

থোক্লকনি হায়না হান্না থাজবা ঙমদবা অৱাবা থৌদোকশিংবু থাজবা ঙম্লনবা অমসুং মখোয়দগী ঙাকথোক্লবা পাম্বে থিননবা লৈবাক অসিগী মীওইশিংনা অমাইবীশিংগী মফমদা চঙজে। মখোয়গী অপাম্বশিং অসি খঙহন্নবা হোৎনবদা অমাইবীশিংনা শিনফম অমা ওইনা মখোয়গী মতেং পাংই। লাই তীনগা মরী লৈনবা তেংবাংশিং অসিদা নত্তনা অমাইবীশিংনা হিকাপ-য়াইকাপনচিংবা থৌরমশিংসু পাঙথোকই। অমাইবীশিং অসিবু লোকমানসনা খ্বাইদগী হেন্না লৌশিং অমসুং মতিক ময়াই লৈবী নুপীশিংনি হায়না মখোয়গী শিনফম অমসুং থৌদাংশিংনা লৈবাক অসিগী পুন্সি মরেল ওইবা লোক সংস্কৃতি মশক খঙহন্নবা হোৎনবদা মৈতৈ অমাইবীনা চাউরবা থৌদাং য়ারি।

লাইনীং লম্বী অমসুং ঈরাৎ-থৌনিগী মখা পোন্না লৈবাক অসিগী লৈবীরম্লিবা অমাইবা অমসুং অমাইবী অনীগী অপূনবা থৌদাং কয়ানা মীওইবগী য়াইফ-নুংঙাই পুরকই হায়বসি থৌদোক-ব্রাথোক হীবম কয়াদা থেংনজে। থেংনজরুবা অসিনা লৈবাক মীয়াম অমদি সমাজগী মশক উৎপদা মালেম অসিদা লেমজনিংঙাই ওইরি হায়বসি পূক্লিং ব্রাখলদা মঙাল অমা ফাওরকই। ফাওরক্লিবা মঙাল অসিবু লৈবাক অসিদা মপূং ফানা ঙালহনবতা নত্তনা মালেমগী মীয়াম্না মশেক মঙাল খরতংদা ওইরবসু ফংবা ঙমগনি হায়বগী ব্রাখলগা ইরোয়ননা, লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা তোঙান তোঙানবা মফমদগী অখঙ-অহৈ কয়াগা তান্নজে।

মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী মণিপুরী দিপার্টমেন্টতা প্রোফেসার ওইবিরিবা ইকায়খুম্নজরিবা ওজা ওয়নাম ইবোচাউবা সিংহ, অমদি পদ্মশ্রী শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (পণ্ডিত), উরিপোক অনীনা মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখিবগীদমক্তা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। জে. এন. মণিপুর ডান্স একাডেমীগী লাইহর'ওবা সেক্সনদা ভিজিটিং গুরু ওইবিরিবা ঙাংবম কুমার অমাইবী, লৈখিদ্রবী ব্রাংখৈময়ুম ওংবী য়ুনশংবী অমাইবী, ব্রাংখৈময়ুম থম্বালঙৌ সিংহ, পেনা শকপা, য়ুম্লামচা বুদ্ধিচন্দ্র, চোংথামচা ঙানবা (জয়), থোকচোম ফুলেন্দ্রো, অমদি অমাইবীশিংগা উন্নজরুবদা হরাও -হরাওনা মশাগী অচিনবা কয়াবু কায়থোকপিরক্তুনা মরী লৈনবা লাইরিকশিং অমসুং মমল য়াম্লবা পাউতাক কয়া পীবিরকখিবগীদমক্তা নোল্লুকচবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। থোইদোক হেন্দোক্না পঞ্জনিংবদি ডা: কে. শান্তিবালা, নেপ্রম মায়া-নচিংবা মকপ মপাং খ্বাই খিবিক্কী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা ঐঙ্গ্যা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টরগী নিলচন্দ্র শর্ম্মা, পুম্নমকপু থাগৎচবা ফোঙদোকচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিদগী 'ইচেম্মা' জরনেলদা আর্টিকল ওইনা খর ফোঙদোকচখ্রে। মসিবু অমুক হন্না ফোঙদোকপদা অয়াবা পিবিবগীদমক্তা 'ইচেম্মা'গী ইদিটরবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

**ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী**

# হীরম লামায়

অহানবা পন্দুপ

# য়ূম্ফম

ঐখোয়গী লৈবাক অসি য়েলহৌঙৈদগী হৌনা লাই-তীন্দা য়াম্না থাজবা লমদম অমা ওইরকই। লাই-তীনশিংবু য়াম্না থাজবম্না মশক, লাই-তীনশিংগী মরমদা থিজিনবা অমসুং ৱাখল খন্থবদগী ফংলকপা লৌশিং, লাই-তীনশিংবু পেল্লহন্নবা নৎত্রগা মখোয়দগী ঙাকথোক্লবা থৌবম ইরাৎ-থৌনি, লাইনীং লাইশোন, লীচৎ-শাজৎ অসিনচিংবা ৱাফম কয়ানা লৈবাক অসিগী অরিবা মতমদগী ঙসি ফাওবগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মপূং ওইবা শক্তম কয়া ওইরি। লাই-তীনগী ওইবা য়ূম্ফমদা লৈবাক অসিগী য়েলহৌঙৈদগী লৈরক্লবা অরিবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী শক্তম লৈবাক অসিগী মশীং য়াম্লবা অরিবা 'পুয়া' লাইবিকশিংনা ময়েক শেংনা তাকই। লমদম অসিগী সমাজ অমসং সংস্কৃতিগী শক্তম শাগৎলকপদা লাই-তীনদা য়ূম্ফম ওইদুনা লাক্লিবা অসি করম্বা মওংদগী অমসুং করি মরম লৈবদগী ওইরক্লিবনো হায়বা তারবদি ঐখোয়না মখাগী উৎলিবা তাঙ্ককশিং অসিদা নৈনবা য়াই:

১। হয়িঙৈগী তাঙ্কক নিংথৌ পান্দ্রিঙৈগী মতম।

২। লাইনা লাংওন্দুনা নিংথৌ পাল্লক্লবা মতম।

৩। চক অমা ওল্লক্তুনা পোইরৈতোন অমসুং নোংদা লাইরেন পাখঙবা লাকপা মতম।

৪। পামহৈবা নিংথৌ হাক্তক্তগী লৈপাক্কী লাইনীং অমা হোংদুনা হান্না লৈজরম্বগা লোয়ননা শেমগৎলকপা মতম।

## ১। হয়িচৈংগী তাঙ্কক নিংথৌ পান্দ্রিঙৈংগী মতম :

হয়িচৈংদা তেংবানবা মপুনা মতোমতা লৈবন্নদগী তাইবঙপানবা শেমগে হায়দুনা নুমিৎ-থা, মৈ, ঈশিং-নুংশিৎ, লৈপাক ওকপুরোই তাওহুইরোই থবা তোংলেন লেঙলি পাল্লিবা পূম্নমক শেম শাবে, খোইয়ুম লাইয়ামশিং শেম্বীবে, শা-ঙা পূম্নমকপু শেম্বীবে; উচেক-রায়া পূম্নমকপু শেম্বীরে। ইকোন কোনবদা শেম্বা নমু তাইবঙ ওইবশিংনা মালেম অসিদা লৈরকপদগী পাবি-পুবি, চাবি শুথাং তত্তনা ঙসি ফাওবা পাল্লক্লি। অসুম্না পাল্লকুবা অসিদা মচিনচৈংদগী মীওইবগী ব্রাখল লৌশিং, ফিজেৎ-চাকচা, য়ুমলৈ-কৈবৈ, লাইনীং-লাইশোল মরাং কায়না লৈবমদে। অসিগী মতুংদা মীওইবশিংগী মরক্তা অহোংবা ব্রাখল লাকপদগী চৌন শোনচৎ, লাইনীং-লাইশোল, লীচৎ শাজৎ, য়ুমলৈ- কৈবৈ খবমখৈদি হোংলকলে। মতম অসিদা লৈরমলিবা মীওই কাঙলুপশিং শিবা মনিং তল্লম্মী, মংনাই থংনাইবমদে।[১]

অসুম্না তেংবানবা অসি শেম্বীরকপদগী নমু মীযাম পাল্লকে। নমু মীয়াম পাল্লকলবদা লাইনীং লীচৎ, লাইনীং লাইশোনগী থৌবম্না সংস্কৃতিগী মশক মপূং ফানা তাকপা ঙমলমদ্রি। অদুবু অতিয়া গুরু শিদবনা লাংওন লাকপনা নিংথৌ কাংবা পোকলে। লাইগা মীগা তাইনবদা কাংবনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে।[২]

## ২। লাইনা লাংওন্দুনা নিংথৌ পাল্লক্লবা মতম :

লৈবাক অসিগী অহানবা নিংথৌ কাংবনা মপা অতিয়া শিদবনা লাইনীং পরৈ কয়ামরুম তাকপীরম্মী হায়বসি পুয়া কযানা ময়েক শেংনা পল্লম্মী। উমংলাই মাপন লিংখৎলগা নিংথৌ কাংবদগী চৌনা মচা মশুশিংনা উমংলাই মাপনমক্তা লাইনীং পরৈ চেৎনা পুন্সি লেন্নখিবগী শক্তমসু পুযাশিংনা ময়েক শেংনা উৎলম্মী। নিংথৌ কাংবা যোইবেলগী হাক্তক্তগী চৌনা লৈপাক অসিদা উমংলাই মাপনমকপু লিংখৎলগা চাবি শুথাং ফাওবা কায়দনা লাইনীং পরৈ চেৎনরম্মী। থৌশিল থৌরাং পূম্নমক অসিমক্তনসু চক মরি হায়বদি হয়িচক, হয়া লাংবচক, খুনুংচক অমসুং

---

১. নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ (সম্পাদক), **থিরেন লায়াৎ** (ইম্ফাল : সম্পাদক মশা, ১৯৮২), লা: ৪।

২. চোংথামচা ইবোতোম্বী (সম্পাদক), **নিংথৌ কাংবলোন** (ইম্ফাল : সম্পাদক মশা, ১৯৭৫), লা: ১।

কোন্নচক অসিদা লৈপাক অসিগী খোইয়ুম লাইদা থাজবগী সংস্কৃতিগী শক্তম মযেক শেংনা তাহল্লম্মী। খূদম ওইনা উমংলাই মাপনগী মমিং নীংশিংবা যাই। মদুদি :

১। চিংখৈ যাইমক উমংলেন।

২। সির্মবি উমংলেন।

৩। থম্মবি উমংলেন।

৪। লিমবি উমংলেন।

৫। অমবি উমংলেন।

৬। নিম্বি উমংলেন।

৭। শিনবি উমংলেন।

৮। পাতং কাইনা শুপ্পা উমংলেন নিপানমক্তা লাইনীং পবৈ চেংখিবা মফম (ফংলা যাইকোন্নুং অমসুং উমংলেন নিংথান)

৯। এব্রাং ঈর্মবি উমংলেন।

উমংলেন মাপন অসিদা কাংবা মহাকথক্তগী হৌনা লাইনীং পবৈ চেংখিবগী সংস্কৃতিগী শক্তম মখাদা অসুম্না যেংবা য়াই।

**(১) চিংখৈ যাইমক উমংলেন :**

হয়িচৌগী মতমদা অতিয়া শিদবনা মপাবি নিংথৌ কাংবা যোইবেনবদা তাকপি তম্বীখিবা লাইনীং পবৈ অমদি লাইনীং মবমচৎপু চিংখু অতিথাগুক শিদবগী। মনা মখোঙখাদা উনবী পল্লিং চেৎনা নিংথৌ কাংবা যোইশেলবদি চিংখৈ যাইমক উমংলেনদা খুৎ তাং তাবুম খুনা হয়ি হৈবোম মিংশেলেন হৈবোম শিদবা 'ক', সনা হৈকু থাক লিনকৌই মিংলেন অথম আসবু ওন্না-ওন্না চৎনা লাইনীং পবৈ চৈঙময়ে।

**(২) সিমবি উমংলেন :**

নোংমাই চীংশাদা কাংবগী নপাবি তাবি লৌশিংবদা যিংন মতেং লৌমন লাইনীং পবৈ চেথাংময়ে।

**(৩) থম্মবি উমংলেন :**

কাংগ্রেন খনা চাউবগী মশাইগোন মহৈচীংদা শাকাপ্পদি মৈবম লাইচি পাংবা থম্মবি উমংলেন্দা লাইনীং পবৈ চেংখি।

**(৪) লিমরি উমংলেন :**

শাপাইবগী মপাবি ব্রাংকাপ্পদি খ্বা থংবা নিমবি উমংলেনদা হয়া খুনুংচক মতোন লোয়া লাইনীং পবৈ চেৎখিযে।

**(৫) অমবি উমংলেন :**

ব্রাংকাপ্পগী মপাবি নিংথৌ ককশুবদি শনথোং লাইচি পাংবা অমবি উমংলেন্দা লাইনীং পবৈ চেৎখিয়ে।

**(৬) নিমবি উমংলেন :**

নিংথৌ ককশুবগী মপাবি তোলোম্বদি নোংচুপ থংবা নিমবি উমংলেন্দা লাইনীং পবৈ চেৎখিযে।

**(৭) শিমবি উমংলেন :**

পিতিংকোইগী মপাবী লান্দীচানা লীক্লম লাইচি পাংবগী লুপা চুদানবা শিমবী উমংলেন্দনা লাইনীং পবৈ চেৎখিযে।

**(৮) কংলা যাইকোন্নুংনচিংবা উমংলেন নিপান :**

তোলোংবগী মপাবি পিতিংকোইদি লৈপাক মীযাম পূম্নমক্না লোয়ননা কংলা যাইকোন্নুংদতা নত্তনা উমংলেন নিপানমক্তা লাইনীং পবৈ চেৎখিযে।

**(৯) অব্রাং হীমবি উমংলেন :**

লম্বীচাগী মপাবী সাপাইবদি অব্রাং হিমক, যাইমক উমংলেন্দা লাংবচক লোইগদবা ফাওবা লাইনীং পবৈ চেৎখিয়ে। অদুবু মহাক্কী মতুংদদি পোইবৈতোন নোংদা লাইবেন খুনথোক্লকপদদি অহোং অচাউ হেল্লকখি।[৩]

অসুম্না হযিচক মতমদগী উমংলেন মাপনমক অসিদা নিংথৌ কয়ানা পূক্রিং চেৎনা লাইনীং লাইশোন তৌদুনা লাইনীং পবৈ চেৎনা নীংনবকখি। হযিচক্কী মতমদা ‘হ’ লাইমক ‘ব’ লাইবেম্মা ‘স’ শিদবা অসিনি।

হযালাংবচককী মতমদা শোন্নবম্বা লাইশোন্দি হৈবোম মীংখৈবেন অসিনি।

খুনুংচককী মতমদা শোন্নবম্বা লাইশোন্দি হৈবোম মীংখৈবেন অসিনি।

---

৩. শগোলশেমচা বাজমুহন সিংহ, **পুব্রাবী খাবী থিবেন থৌনিবোল** (ব্রাংজিং শগোলশেম ওংবী মঙ্গি, ১৯৭৪), লা: ১১৬-১১৮।

কোন্নচক (কলিযুগ)কী মতমদা শোন্নবা লাইশোন্দি হ-য়ি লাই-মরু, ক-সনা, মপু-রেন হৈরোম শিদ-বা, মিংখৈ অসিনা লাইনীং পরে ওইনরম্মী। অসিগী মতুংদা ইয়ু নোংদা লাইরেন পাখঙবা মহাক্তগীদি মাঙলমচত্তগী হৌনা লৈরকলিবা লাইনীং লাইশোন মিংখৈরেন অসিবু পাক-শন্না অহোং অচাউ নাইহনবীরকলে।[৪]

## (৩) চক অমা ওল্লক্লুনা পোইরৈতোন অমসুং নোংদা লাইরেন পাখঙবা লাকপা মতম :

কোন্নচককী মতমদা পোইরৈতোন অমসুং নোংদা লাইরেন পাখঙবা লাকপদগী লৈপাক্কী ঈরাৎ থৌনি লাইনীং লাইশোন, থৌদৌ-লাংদৌ অয়াম্বা লাইগী তীনগী মরী লৈনবা থৌবমশিং ঈরাৎ-থৌনি, ফিজেৎ-চাকচা, লমচৎ-শাজৎ, লাইনীং কাঙলোন, লৈঙাক-লৈকনলোন পূম্নমক অহোং অচাউ নাইরক্লে।[৫]

পোইরৈতোন্না অমসুং নোংদা লাইরেন পাখঙবনা পুথোক্লকপদগী লৈবাক অসিদা চাকচা ফিজেৎ লাইনীং লাইশোন ঈরাৎ থৌনি অয়াম্বা থব্রায় হকচাং য়াওনা শেমগৎনরকলে।

মতাং অসিদগী হৌনা লৈপাক অসিগী মীয়াম্না লৈশেম নোংশেম্বগী ব্রারী শিংবুন অমসুং খোইয়ুম লাইগা নমু তাইবঙ ওইবগা মরী লৈনবা খুদিংমক খন্ন-নৈনদুনা ব্রাখল লৌশিং লৈনরকলে। লাই-তীনদা য়াম্না থাজবা লৈপাক অসিদা লাই-তীনগী তঙাইফদবা মশীং য়াম্বা থৌরমশিংবু পাঙথোকপদা তম্পাক লৈহৌ মাইবা অমসুং তম্পাক লৈহৌ মাইবী অনীনা অচৌবা থৌদাং, শীনথোং লৌবা হৌরকলে। য়েলহৌঙৈগী ব্রাবু মরী মখোঙ খঙনা নমু তাইবঙ ওইবশিংদা অমাইবা অমাইবী অনীমক্না লৈশেম নোংশেম্বগী মরী খাক্না খোইয়ুম লাই ওইবশিংগী মরমচৎ মশক খঙহন্না নমু তাইবঙ ওইবশিংনা অসুমনা চৎকদবনি হায়বগী ময়েক লারবা খুদমগা লোয়ননা থৌদোকশিংবু উত্তুনা তাকপীরে। ব্রাখল লৌশিং লৈরবা লৈবাক অসিগী খুনাইচাশিংনা অচুম্বা মরী খঙনা চৎনরমলিবা লাই-তীনগী থৌরমশিংদা থা-থাগী ঈরাৎ থৌনি, অপোকপা খুরুম্বা, মায়কৈ ঙাকপা লাই তরাগী লাইনীং থৌরম

৪. শগোলশেমচা বাজমুহন সিংহ, **পুব্রারী খাবী খিরেন থৌনিরোল** (ব্রাংজিং: শগোলশেম ওংবী মঙ্গি, ১৯৭৪), লা: ১২৮।

৫. খুমল্লম্বম য়াইমা সিংহ, **পোইরৈতোন খুনথোক**, (ইম্ফাল : অইবা মশা, ১৯৭১), লা: ১।

শিং-শৎপা, শিং-কাইবা থৌরম, লমতাইবা (কুরাক লমতাইবা), চুকশাবা অসিনচিংবনি।

মতম অসিদগী হৌনা মরান য়ুমকাবা, নুমিৎ ঈরাৎপা, লাইনীংথৌ পাখঙবা খুরুম্বা লাইহরাওবা অসিনচিংবা লাইথৌ পূম্নমক অসি মীপুম খূদিংমক্না লাই-তীনদা থাজবা থমদুনা পাঙথোকনরক্লিবনি।

নিংথৌশিং মথং মথং শমথনরকপনা নাওফোংবগী মতমদা সনা শঙ্গাই শাবগী উরেপ য়ুংবদা ইবুধৌ পাখঙবগী য়াংবী শোকপদগী শাবা য়াদ্রবদা লাইনিংথৌ পাখঙবনা লৈপাক্কী হী-য়াই লাই-তীনগী অরুবা লীচৎ থৌরমশিংবু, মশক খঙহল্লগে হায়বগীদমক লাংওনহনবা অশাংবম লাইবনা তাউবোইনাই নুংশেৎপা মীংখৈ শোন্দুনা উবেপ উয়ুং অদু পাইহন্দুনা লোক্তাক্তা থাদখি। অসুমনা মতম অসিদা কুরু লাইবনা লৈপাক মীযাম অমসুং নাউফোংববু ইবুধৌ পাখঙবগী মতিক ময়াই খঙহনখি।

নিংথৌরেল নাউথিংখোংগী মতমদা মঙাং লাইনীংশিংদা নাউথিংখোংনা তাইবঙ করম্মা পোকলক্লগা শিরিবনো শিদ্রিবনো হায়না হংজবদগী নাউথিংখোংদা মীওইবগী থৱায় হকচাংদা শিবা চঙবসি থৌরমতনা মশক তাক্কদবনি হায়না তাকপীবদগী লৈপাক্কী মীপুম খূদিংমক লাইনীং খুদা চেৎনখি।

নাউথিংখোংগী মতমদা পোং নিংথৌ সুখানফাগী মনাও শামলুংনা পাসা য়ৌনা লোইচল্লুবগা হল্লকপদা মৈতৈ লৈপাক্তা চঙলক্কুনা পোং ইখোলদা লৈরম্মী। মহাক্না নিংথৌদা লৈপাক অসি লাইগী কুরুগী খাবি অচেৎপা মফমনি হায়না তাকপিবম্মী। মতম অসিদা লৈপাক্কী লাই-তীনদা থাজবনা য়ুম্ফম ওইবা সংস্কৃতিগী শক্তম ময়েক শেংনা লৈরি।

নিংথৌরেল মৈদিংঙু লোইয়ুম্বনা পাননা মতমদা ঔগ্রী শকপা হৌদোকলে। মহাকথক্তা য়ুম্নাক পূম্নমক মখোয় মখোয়গী মশিল শিল্পা পীদুনা তৌহল্লে। মতম অসি ফাওবদসু লৈপাক অসিগী সংস্কৃতিগী শক্তম অহোংবা লৈতনা চৎনরকলি।

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈপাক অসিগী লাইনীং লাইশোল ঈবাৎ থৌনিনচিংবা মমাঙঙৈদগী চৎনরক্লিবশিংদা অহেনবা খব হাপচিল্লম্মী। খুদম ওইনা, সনামহিনা মচা ওইনা লাংওল্লকপা, সনামহিগী কোল্লু হৈদুনা লাৎলকপা, লাইফম শেমগৎলকপা, লৈকাই লৈকাইদা অমাইবা অমাইবী লোয়শঙ লিংখৎলকপা, লৈকাই লৈকাইগী অমসুং শাগেগী উমংলাই পীদুনা ঈবাৎ থৌনি তৌহনবা, লাই তীনদা

থাজদুনা লৈপাক্কী য়াইফনবা তৌরকপা অসিনচিংবা। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা সংস্কৃতিগী শক্তম অসি চীনবুংগী য়ারী শিংবুন্না খঙহনবদগী হেন্দোক্তুনা মৈতৈ লাইরিক পুথোকহন্দুনা ময়েক শেংনা মীপুম খূদিংমক্তা খঙহন্নবা হোৎনখি।

## ৪। পামহৈবা নিংথৌগী হাক্তক্তগী লৈপাক্কী লাইনীং অমা হোংদুনা হান্না লৈজরম্বগা লোয়ননা শেমগৎলকপা মতম :

মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদদি লৈপাক্কী য়েলহৌঙৈদগী কায়দনা চৎনরকলিবা লাই-তীনগী ঈরাৎ থৌনিশিংদা অচৌবা অওনবা লাকখি। অওনবা লাক্লবসু লৈপাক্কী হান্না লৈজরম্বা সংস্কৃতিগী শক্তম মাঙখিবদি লৈতে। মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদা য়েলহৌঙৈদগী নোংদা লাইরেন পাখঙবগী মতমদগী চৎনরকপা মৈতৈগী ওইবা লাই-তীনদা থাজবনা যূম্ফম ওইববা সংস্কৃতিগী শক্তমদা হিন্দু ধর্ম্মগী য়ূম্ফমদা শাগৎপা অনৌবা লীচৎ শাজৎ অমসুং লাইনীং লাইশোলগী থৌওং খর হাপচিল্লকপদা নত্তনা অনৌবা হিন্দূ ধর্ম্মগী লীচৎ-শাজৎ অমসুং লাইনীং লাইশোনবু লৈপাক্কী চৎনবী ওইরকখি। মসিগীদমক পামহৈবনা লৈপাক্কী উমংলাইশিং অমসুং অতৈ লাইফম তীনফম কযা থুগাইরক্লবসু মাইচৌ চীংঙু খোংনাংথাবনা নিংথৌগা মায়োক্নদুনা লৈপাক্কী মাঙহৈদ্রবা উমংলাইশিং কয়া, ঈরাৎ থৌনি, লাইনীং-লাইশোন অমদি সনামহিগী মতিক-ময়াই মাঙহন্দনা লৈপাক অসিগী হান্নগী নাৎকী শক্তম ময়েক শেংনা থম্লকখি।

নিংথৌবেন ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা পামহৈবা নিংথৌনা হোংহল্লম্বা লৈপাক্কী অনৌবা লাইনীং লাইশোনদা অনৌবা ইনোৎ থোকখি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেখাওদা শামু ফাকৎরগা হল্লকপদা কাইনদগী থৈবোং য়াল্লগা গোবিন্দ নিরূপণ তৌখি। মহাক্না রাসলীলাবু লৈপাক অসিগী সংস্কৃতিগী শক্তম অমা ওইনা লৈপাক শিন-থুংনা মশক খঙহল্লম্মী। মতম অসিদগী হৌনা মীপুম খূদিংমক্না ধর্ম্মনীতিগী ফজবা লীচৎ-শাজৎ অমসুং লাইনীংবগী তত্ত্ব পাক-শন্না চৎনরকপসি ঙসি ফাওবা উবা ফংলি।

যেলহৌঙৈদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা লৈপাক নিংথৌ পাল্লকপগী মতুং ইন্না পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক অসি লাইনা শেম্বা লৈপাকনি হায়না চেৎনা থাজবগা লোযননা নিংথৌশিংনা অঙম অথৌ অমাইবা অমাইবী থমদুনা লৈপাক্কী য়াইফনবগীদমক্তা ঈরাৎ থৌনি তৌহল্লি। আসিদসু নত্তনা লৈকাই লৈকাই, খুঙ্গং খুঙ্গংদা লৈবিবা শাগৈ শলাইশিংগী উমং-লাইশিং থা-থাগী হরাওরকপা মতমদা নিংথৌশিংদা অমাইবা-অমাইবী লোইশঙদগী অমাইবা-অমাইবীশিংবু থাদুনা হরাওহল্লি।

নিংথৌ পানবা লৈপাক ওইবনা খোইয়ুম লাইশিংগী মথৌ মঙমশিং পাঙথোক্তবা য়াদে হায়না য়েলহৌঙৈগী ব্রাবু নীংশিংলগা লৈপাক্কী পাঙথোক্লকপা লাই-তীনগী থৌরমশিংবু অমাইবা-অমাইবীশিংনা লৈপাক নিংথৌগী য়াইফনবগীদমক্তা পাঙথোকই। উমং লাই হরাওবা নত্তবা মখোয়না পাঙথোকপা অতৈ মরু ওইবা লাইথৌশিংগী মনুংদা কুরাক লমতাইবা, কোংবা লৈথোং ফাৎপা, শচিফু লৈফুন ফুনবা, চৈরাওবা (চৈথাবা), মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং খুরুম্বা, সনামহি পাখঙবা চেঙহোংবা অসিনচিংবা থোইদোক্লা পনবা য়াই।

অসিদসু নত্তনা নিংথৌশিংগী অমাই মনাওয়োকশিংদা নিংথৌগী অমদি লৈপাক্কী অব্রাবা তারক্লবা মতমদা খোমলেন মঙচঙহন্দুনা অফ-ফত্ত খঙনা ঈরাৎ থৌনি তৌহল্লি। অমাইবীশিংবু লাইগী লাইপাউ চেলহল্লি। লাইগী লাইপাউ তারগা লাইপাউ অদুগী অফবা-ফত্তবা মতুং ইন্না ঈরাৎ-থৌনি তৌই। অসুম্না য়েলহৌঙৈদগী লীক্লমবু থাকাউদনা ঙসি ফাওবা চৎনরকলি। লাই-তীনগী ওইবা থৌরমশিং অসিগী মনুংদা নুমিৎ খূদিংগী ওইনা থোইদোক্লা ময়েক শেংনা অমসুং মপূং ওইনা লৈপাক অসিগী খুন্নাইচাশিংনা চৎনরকপদি লৈপাক অসিগী মৈতৈ য়ূমথোং খূদিংদা সনামহি লাইনিংথৌবু তাইবঙ শেম্বা মপুনি হায়দুনা মথক্তা পানথ্রবা লাইওইথ্রবা ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্বা অমদি তাকপিরম্বদগী ঙসি ফাওবা লাৎনরিবা নীংনরিবা অসিনি। ঙসিসু করিগুম্বা মরু ওইবা থৌদোক অমা থোক্লবা মতমদা সনামহি লাইনিংথৌদা হান্না থৌনিনরি। পূম্নমক অসিনা লৈপাক অসিগী লাই-তীন্দা থাজবা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী শক্তম ঙসি ফাওবা ময়েক শেংনা উহল্লি।

--( )--

অসুম্না মখক্কী পরেংশিং অসিদা অমাইবা অমাইবী অনী পূন্না মথৌ পাঙথোকমিন্নবনা নুংঙাই-য়াইফবা পুরকই হায়বসি ময়েক শেংনা উৎলি।

লৈবাক অসিগী থৌনি-থৌরমশিংদা মহৌশা ওইনা কৃপ্ল-কৃপ্লবা কাঙলোন কয়া য়াওরি। কাঙলোনশিং অসিগী মনুংদা নুপা ওইবশিংনা পাঙথোক্কদবা অমসুং নুপী ওইবীশিংতনা পাঙথোক্কদবা তোঙান-তোঙানবা মখল কয়াসু য়াওরি। মরম অসিনা থৌবমশিং অসি মপূং ফানা পাঙথোকপদা অমাইবা অমসুং অমাইবী অনীমক্কী তঙাইফদবা মথৌ চঙলকই। নুপা নুপী খায়দনা অমনা হেক্তা য়াবা থৌনিরোলশিংদদি অমাইবা নৎত্রগা অমাইবী অমনা হেক্তমক পাঙথোকপা য়াই। করিগুম্বা লাই হরাওবগুম্বা লৈবাক মীয়ামগী অচৌবা লাইথৌশিংদি কাঙলোন য়াম্না কৃপ্পা থৌবম মশীং য়াম্বা অমসুং অখন্নবা ওইবা মরম্না অমাইবা অমসুং অমাইবী অনীমক চঙদবা যারক্তে। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমদি নুপাতনা তৌগদবনি হায়বা অকক্লবা ৱাফম লৈত্রবদি কনাগুম্বী কাঙলোন খঙবী অমাইবীনা অমাইবগী মহুৎ শিন্দুনা অমাইবগী থৌরমশিং পাঙথোকপসু য়াই।

লাই হরাওবা লাইথৌদা লৈপাক্কী মশক নাইবা সংস্কৃতিগী মশক তাক্কুনা মথৌ পুমিন্নবদা লাইরমলেনগী হৌনবী মতুং ইন্না অমাইবনা থৌরমগী অহানবদা শরুক য়াই। মথংদা, অমাইবীনা লাইগী থৌবম তৌরকপদা তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা লাইগী ফিবোল হোংবা, শেম্বা শাবা, হৈকৎ লৈকৎ তম্বা অসিনচিংবা ইমুং অমগী থৌপুবী অমগুম অমাইবীনা থৌবম পাঙথোকই। মতুংদগীদি অমাইবীনা মপূং ওইনা অমুক লাইগী থৌরম তৌই। অমুক অখন্নবা পুংফম থৌরম অসিনচিংবদা অমাইবনা মপূং ওইনা শরুক য়াই। মতৌ অসুম্না মতাং মতাংগী কাঙলোন মতুংইন্না অমাইবা অমাইবী অনীমক্লা অহান অকোন নাইনা থৌ পুমিন্নবগী ৱাফমনি। করিগুম্বদা মতম অমত্তদা পুংফম অমত্তদা লাইগী থৌনিরোলদা অমাইবা অমাইবী পূন্না চঙদবসু য়াবক্তে। খুদম ওইনা, লাই ঈকৌবা অমসুং লাইরেন মথেক চৎপগী থৌরমশিংদা অমাইবা অমাইবী অনীনা পূন্না থাদোক্লবা য়াদ্রবা থৌদাংশিং পুমিন্নে। মসিনা তাকলিবদি খোইমোম লাইরেম্মা লাইরেম্বী অনীগী মথৌবু থৌরম অমত্তদা নুপা নুপীগী শিন খায়দোক্কুনা কাঙলোন নাইনা পাঙথোকই হায়বসিনি।

অসিদসু নত্তনা লাই হরাওবগী লাইগী ফিজেৎ, চৎনবী, থকশি-খাশিগী মতুংইন্না হোংবা তারবদি, লাইনিংথৌগীনা অমাইবনা হোংগনি, লাইবেম্বীগীনা অমাইবীনা হোংগনি। লীক্লম অসিদা থকশি-খাশিগী মনুং চন্না অমাইবা অমসুং

অমাইবী অনীমক তোঙান্না উজরবসু সমাজ অসিদা লাইরেমলেনগী চৎনবী শিল্পাগা পুনবা মরম্না অমাইবা অমাইবী অনী অসি অমগা অমগা মতেং পাঙনদুনা মথৌ তঙাইফদনা পাঙথোকমিন্নগদবা লৈ। মরম অসিনা ঙসিগী সমাজ অসিদা অমাইবা অমাইবীনা খোইয়ুম লাইগী থৌরম খূদিংমক্তা লাইরেমলেন্দগী চৎনরকপা শিল্পা লেঙদনা পাঙথোকমিন্নরি।

৫। অমাইবী হৌরকফম :

'অমাইবী' মশক তাকপগা লোয়ননা তাইবঙদা অমাইবীনা মতৌ করম্না ওইরকপগে হায়বগী মতাংদা **থিরেল মৈরম লীবা** পুয়াদগী থেংনজবা শন্নপ্পা ৱারী খরদং লৌখৎচরি :

*"তাইবঙপানবা অসিবু করিসুং লৈতরিদৈ তাইবঙপানবা মপু লাই অথোইবা অদুনা তীন লাই থৱায় পানলিবা অচৎ অরেপ্পা খৈবিক্তো মহাক তাসিনদুনা মতুম অমতগী ওইদুনা লৈরবদা মমিং থিবেল কৌএ। মচু অঙৌবনে অসুম্না চহী কুমশীং য়াম্না হৌখিরবদা তাইবঙপানবগী মপু লাইগী লাই সিদবনা মতৌ নেংদম ওল্লবদা মতুমগী মশক ওন্না অসিবা কোনচিন তুথোকপা অমতগী খোঙহৌ সানখিরে। মতুম অঙৌববু হান্না কায়খিবা খোঙসানখিবা অদুদা লাই নামুংবা অঙৌবা অদুগা লাইরেম্মা নামুংবী অতাংবী অদুগা থক লাউবা পোকখায়খিবা খোঞ্জেল অদুদগী পোকখায়খিদুনা নোংলোন তরেৎ লৈখারোন তরেৎ অসিদা পাফনলে। অকোনবগী নিঙনরিবা থিরেন মহাক য়াওনা পেং লাউবা খোঞ্জেলদা পোকখিবদগী খোঙসানখিবা অদুনা লাইয়িংথৌ ওইদুনা পাফনমন্নরে। অসুম তৌরবগী ঈসিং তমলেন অমম্বা মসক ওইনা লাক্লে। অমম্বা অদুগী নুংকাংগী মসককুম তরংচীং কৌবা অদুগী মথক্তা অত্যা সিদবনা মসক অনী ওইদুনা লয়হৌ মাইবা কৌনা লংখৎলকলে লংমাইবা মহাক্তি পানথোইবীগা, নোংপোক্তা অনিমনা লাই অনিমবু ওইনা তরংচীং অদুগী*

*মথক্তা তোংদুনা অমম্বদা লৈপাক সেমগে হায়দুনা ফাওরক্লে। অদুগীদমক ব্রাগী মরীবু হৌথোক্লে হায়বগী লয়হৌ মায়বী লয়হৌ মাইবা কৌএ।*[১০]

লৈশেমলোন অরিবা পুয়াদা অমাইবী হৌরকপগী মরমদা অসুম্না পল্লম্মী:

*... নিংথৌ কোংতিংলেলনা লাই ওইনা থুপখিবা মতুংদা মচা পোংথাংনা লৈমা পীয়াইনু পান্নদুনা মচা অমা থাকমদা পোক্লে মমিং হৈরোংঙাংখা ঙাংলেন কৌয়ে। মতম অদুদা মচিন মনাওনা নাবা শিবা য়েনগদবদগী হায়নখিবা মতুং ইন্না তাইবঙলেন্দা পোকলগে হায়না কোইজাইনরকলে ...। পীয়াইনু কৌবীগী শিনয়োমনুংদা ব্রাইথুংফম ওইরুরে। মীগী চহীদা মশিং কুল্লাং খংদনা নুংশাংনা মীরোল্লম্লগা কোরৌ নোংমা অমদি অয়ুক্তা পীয়াইনুনা ইশাইফু পুদুনা লাইজ ইপাল লাংলুই অদুদগী ইশাইফু অদু মপাল থেলোংদা খিনলম্লগা ইমুংনুংদা চংই মতুং ঙাইহাক শাংনা লৈঙম্লুরগা থেম্লোংদা থমলিবা ইশাইফু অদু লৌশিনগে হায়না মপান লাংদা থোকলকলে। ইশাইপুল মনাক য়ৌবগা ইশাই-পুন্নুংদা য়াওরিবা ঈশিং অদুবু য়েংবদা ঈশিং মনুংদা মমি তাবা অদুবু হি করিনো হায়না মখুৎ অনি খুদাং লেংশৌনদুনা ব্রাংলেন-ঙাইহাক য়েংলবগা ঐগুম্মীদা হায়না খল্লি। অসুম তৌনা লোত্তুনা য়েংলিঙৈদা মফম ইখং খংহৌদনা য়াংলমদগী লব্রাই লেমফু থংবদগী মশা অনীমক খুৎশম্নদুনা চোংথোকলকলে অমনা নুপীনি অমনা নিপানি... থোরকলিবা অদুনা ব্রাহৈ অমা হায়রম্লগা মাংখি ঐখোয় লাকখিনি হায়রম্মী মীগী মপোক্তগী মপোক লাংওন তোপনা পোকলকই হায়বগী মমিং পোইরৈতোন; অনিফাংনা ফাইবোক পোকই হায়দুনা খোংফাং অতোনবা মমিংনা তানথোং কৌখি। নুপী অদুনা মীনা লাইগী*

১০. নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ (সম্পাদক), খিরেন মৈরম লীবা (ইম্ফাল: সম্পাদক মশা, ১৯৮২), লা. ১-২।

মপোক্কুম পোকলমই হায়দুনা লাই তাইবঙ লাইস্না থোনখি। পোকপদগী মফম খঙদনা চংখি হায়বদগী তাইবঙ কোইজাইনখিবা হায় ... অসুম্না মিংবু তাইবঙ কোইজাইবা পোইরৈতোন লৈনাও তাবী থোনখি।

... ... ... ...

পোইরৈতোন খোনফাং অতোনবা তানথোংপা মচন লাই তাইবঙ লাইস্নাগা অনি অসিনা ব্রা তান্নদুনা অমুক হন্না নোংচুপ হারমদা লাংওনচককী য়াথোকলমলে; অমসুং নাব-শীব পান্নবগী ব্রা সুং পোইরৈতোন তানথোংনা মমীং চেংপাক খুৎলৌ অমাইবা কৌনা চেংমীং তমদুনা তাইবঙশীংগী হৌখ্রবা তুংদা লাককদবা থবক অসিগুম্বা পোৎমাং চৈমাংবগী ব্রা তাইবঙমীগী মপুক নুংঙাই নুংঙাইবা ব্রা অসিদা হায়দুনা য়ুমথোং খুদিং কোইনা চংতুনা অমাইবা খুৎলৌ মপাওবু চেল্লমলে।

লাই তাইবঙ লাইস্নানা মমিং শবিক লাইনৌ-তাবী কৌনা লমথোং য়ুমথোং খুদিংদা মশম মনা ইফা ইফা ফা মফি মরোল ইচোন চোন শরীক কন্না শীংদুনা লৈপাকতা কোইনা চেন্দুনা পাও অমা চেল্লি মদুদি পলেম ইনুং শিয়োমনুংগী নমু পোংথোকপা ব্রাখল ব্রাথি মুন্দবা পাইমা ঈরৈচন অব্রা পোংথাহন্দনা ব্রাইথুং ফম্বী খঙদনা তাইবঙ করি কোইজাইনবনো। ফমলেন লুচিংফংবা, চৈনৌস্না ফানথোং য়াইরংচানগুম্না। য়াইথুং ফমবী ফংঙম্ববু পামলৌএ। ব্রা অসি হায়না কোইনা পাওচেল্লে। মতম অসিদা শারিক মখোল কোলোই পাওজেল অসি তাবা মতৌ মওং অদু উবদা, তাইবঙ কোইজাইনরিবা পূম্নমক অসি অমাইবা অমাইবী অনিমক্তা কোইশিন্দুনা লাইরোল লাইবাও তাবনি হায়না কোইনা কোইনা ইন্নরে।

মতুং অদুদা তাইবঙ কোইজাইনরিবা মখোয় অদুনা শারিক লাইনৌ তাবগী মফমদা ব্রা হংখি- নাব-শীব তমবীবা চীংঙু লাইগী লাইপাওদো নোংদম অমত্তা

*অবীশুবা পন্দূপ*

# অমাইবীগী শিনফম

## ১। অমাইবী মশক তাকপা :

লৈপাক অসিদা অমাইবীগী শিনফমগা মরী লৈনবা ব্রাফম কয়া নৈনদ্রিঙৈগী মমাঙদা অহানবদা অমাইবী হায়বসি করিনো হায়বা নৈনজরি। 'অমাইবী' হায়বগী মতাংদা হান্না স্না কোনুংগী অমাইবী লোইশঙগী অশুপ্পী ওইবীরম্বী অমসুং জে. এন. মণিপুর ডান্স একাডেমীগী ভিজিতিং গুরু ওইবীরম্বী শ্রীমতি যুমশংবী অমাইবীনা অসুম্না মশক তাকপিরম্মী:

*চকপা লমলাং অমাইবী খারী মঙজুম্বী*
*অমাই মঙদা হৈবী মাগী মদাইরেম।*

হায়বদি মঙজং মঙদানচিংবা তৌদুনা লাইগা শম্মনা ব্রা ঙাঙনবী লাইগী মনাই ওইবী মদাইরেম্বু অমাইবী কৌই।

মত অসি মোইরাংথেম ধেনু অমাইবী (ফুরা) অমুসনা অমাইবী, পণ্ডিত এম. ইবোচৌবা অমসুং পণ্ডিত ও. ভোগেশ্বরনা পীবিরকপা মতশিংগা মান্নে।

থৌরমগী মীৎয়েংদা লাইগী থৌরম খাজং তৌদুনা লাইগী কোলোয় মপাউ চেনবগী শিনফম নাইবী নুপীবু অমাইবী হায়না খঙনৈ। অমাইবীগী শিনফম অসি নুপানা পাঙথোক্লবদি মহাকপু অমাইবী হায়না খঙনৈ। অমাইবীগী শিনফম নুপানসু পাঙথোক্লে।

মতৌ অসুম্না অখন্নবা নুপী নৎত্রগা নুপা অমনা লাই-তীনগীনি হায়না লৌনবা তোপ তোপ্না শক্তি খর চেন্দুনা মীচম নুপী নুপাশিংদগী থোইদোক্না তোঙানবা

মশক অমসুং মীচম নুপা নুপীশিং অসিগীদমক লাই-তীনগী পাউজেল চেনবীদুনা পৃক্লিং হকচাংগী অৱা-অনা লায়েংবিবা ঙস্বা মশক অনী অসিনা অমাইবীশিংবু শক্তাকই।

মৈতৈ 'অমাইবী' গী শক্তম অসিমক অঙ্গ্রেজী ৱাহৈ 'শামান' গী শক্তমদা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানবা লৈপাকশিংনা মান্ননা শকখঙনৈ। ষ্টেন্দার্ড ডিক্সনারি আফ ফোকলোর মিথোলোজি এণ্ড লিজেন্দগী ৱাহৈদা:—

> The term Shaman is usually used by Americanist ethnographers in reference to men or women who, through the acquisition of supernatural powers, are believed to be able to either cure or cause disease.[6]

মতাং অসিদা পনবা য়াই মদুদি অমাইবীশিংনা তাইবঙ মীগী অৱা- অনা অমসুং অনা-অয়েক তাকপি-কন্নবিবতা নত্তনা তাইবঙ মীগী অশি-অনানচিংবসু থোকহনবা ঙমই হাযনা মৈতৈশিংনা থাজনৈ। অমাইবীনা শিবা-নাবা থোকহনবা মশক অসি পন্দুপ অসিগী মতাং চাবা অতোপ্পা মফম অমদা শন্দোক্লা নৈনজবি। অৱা-অনা পোকহনবা ঙস্বা অমাইবীগী শক্তম অসিদগী চাংদম্নবদা লাই-তীনগী শক্তি শীজিন্নদুনা তাইবঙগী অৱা-অনা কনবিবা ঙস্বা অমাইবীগী শক্তম্না হেন্না মরু ওইনা লৌনৈ। মবম অসিনা অৱা-অনা তাম্থোক কম্থোকপিবদা অমাইবীগী শক্তম্না হেন্না মপূং ওইনা পীনৈ। হারকোভিৎসকী ৱাহৈদা:—

> The shaman is an individual endowed with supernatural power to hear, or one who can call his spirit to find out what is beyond time and space.[7]

---

৬. Maria Leach (ed ) **Standard Dictionary of Folklore, Mythology and Legend** (New York Funk and Wagnalls, 1950) rpt 1002

৭. Melville J Herkovits, **Cultural Anthopology** (1947, rpt New Delhi Oxford & IBH, 1974), p 228

## ২। 'অমাইবী' অমসুং 'মাইবী'

'অমাইবী' হায়বগা 'মাইবী' হায়বগা ৱাহৈ অনী অসি অর্থ মান্নবা মতম খেন্নবগী মতুং ইন্না হান্না ওইরম্না অমসুং কোন্না হোংলকপা ৱাহৈশিং ওইরবসু ৱাহৈ অনী অসিবু কনা কনাগুম্বনা তোঙান তোঙান্না শীজিন্নবসু য়াওই। মখোয়না 'খমুং চঙবা' হায়বসি লাইগী থৌরম তৌবিবু, 'অমাইবী' অমসুং 'মাইবী' হায়না খঙনৈ। লৈশেমলোন পুয়াদা অঙাং উন্নবগী মাইবীবু 'অমাই নাওশুবী' হায়না পল্লম্মী। অসুম্না অরিবা মতমদা 'অমাইবী' অমসুং 'মাইবী' হায়বা ৱাহৈ অনী অসি থৌবমগী মীৎয়েংদা ওইনা লৌবগী মওং নম্না চৎনৈ। 'অমাইবী' হায়রগা হান্নগী অরিবা মতমগী ৱাহৈগী মশক্তা লাইগী থৌরম পাঙথোকপগী শিনফম নাইবী নুপীবু খঙনরি।

মিংথোলগী মতাংদা চয়েৎনবা উজরবসু খুন্নাইচাশিংনা মখোয় মখোয়না পাঙথোকদবা থৌরমগী মতুং ইন্না 'মাইবী' কৌবা মতমদা লাইগী থৌরম তৌগদবা ওইরগনা লাইগী থৌরম তৌবী মাইবী (অমাইবী) বু অদুম কৌনৈ, চাবোক নাওশুবীগী মতাং ওইরগনা খমুং চঙদবা মাইবীবু অদুমক কৌনৈ। থৌরমগী মীৎয়েংদদি খমুং চঙবা অমসুং খমুং চঙদবা মাইবীশিংগী মশক ময়েক শেংনা তোঙান-তোঙান্না লৈ।

## ৩। 'অমাইবা'

অমাইবীগী মশক তাকপগা লোয়নন্না 'অমাইবা' গী মশকসু খঙদবা য়াদে, মরমদি অমাইবগা অমাইবীগা অনী অসি থৌরম কয়াদা ইথা থানবা য়াদে। অমাইবা হায়রগা মপুং ওইনা লাইগী থৌরম খাজংগী শিনফম পায়রিবা নুপা অদুবু খঙনৈ। অমাইববু 'মাইবা' হায়রগনসু খঙনরি। তশেংনমক মাইবা হায়বা তারবদি অশি-অনাগী থবক থৌরমদা শরুক য়ারিবা অমসুং অনাবা লায়েংলিবা নুপা অদুবু খঙনৈ। হৌজিক্কী লোন্দাদা মহাকপু 'বৈত' (বৈদ্য) হায়রগসু খঙনৈ।৮ অমাইবা ওইবশিং পুম্নমক লৈপাক নিংথৌগী ওইবা নৎত্রগা লৈকাইগী ওইবা থৌরমশিংদা তোঙান তোঙানবা মাগী মাগী ফম্ফম নাইনা পুনৈ। লৈকাইগী অমাইবা ওইবনা মতিক ময়াই ৱাৎপগী ৱাফম নত্তে। হৈরু হৈরুবা শিনফমগী মতুং ইনবনি।

---

৮. তাকপীরকপশিং : **শ্রী ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, শ্রীখম্বালঙৌ সিংহ** অমসুং **শ্রীয়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র**।

## ৪। অমাইবা অমসুং অমাইবী অনীগী তেংবাংনবা মশক

লাইগী থৌ অমা তৌবদা অমাইবা নৎত্রগা অমাইবী অনীমক পূন্না তঙাইফদনা থৌ পুমিন্নদবা য়াদবা লৈ। অমাইবা ঙাক্তনা তৌবা য়াবা থৌরমশিংদা অমাইবী য়াওহন্দ্রবসু য়াই অদুবু লৈশেম খুনশেমঙৈদগী অমাইবা অমাইবী হায়দনা অনী পূন্না খুনথোকমিন্নবকপনিনা থাদোক্লবা য়াদবা ঈচেলদি লৈ। অদুবু মতাং মতাংগী মতুংইন্না তোঙান্না, অমাইবগীসু অমাইবনা পুগদবা থৌরমশিংদা অমাইবীনা পুই।

শরিক পায়বা অমাইবীগা লোয়নরিবা অমাইবদি নিংথৌনা মশক খঙলবা মীওই ওই। অসিগুম্লবা অমাইবা অসি 'লাই হরাওবা' থৌরমবু মশক মূন্না খঙবা অহৈবা ওইগদবনি হায়বগী চৎনবী লৈ।

অমাইবা অমাইবীগা পূন্না থৌরম পাঙথোকমিন্নবদা লৈবাক্লা শকখঙনবিবা থৌরম খরদি লাই হরাওবা, কুরাক লমদাইবা, কোংবা লৈথোং ফাৎপা, শচিফু লাকয়েন তাইবা, চৈরাওবগী থৌনিবা অশিনচিংবনি। য়েনহৈঙৈদগী ঙসি ফাওবদা পাঙথোকমিন্নবকপগী লেঙদ্রবা খুদম পীবা তারবদি "অনোয়রোল" দগী ব্রাহে খরদং লৌখত্তুনা য়েংবা য়াই:

*... কোন্দে খুৎচুম মাইবা*
*খাবী লেংনৌ মোম্বী মপল লাইবু য়ুকৌঙৈদা*
*হনবা হনু লুকথুংদরে হনু লুকথুংতরবগী নহানুবী শিংদা।*
*লিনকাম লাইকামত্তবু পাক্লা তাইনা লাইথুংলে।*
*... ... ... ...*
*খাবী লেংনৌমোম্বী তোইবী তংকানুপীনা*
*খিংলৌ নিঙনা তেনা মপল লাইবু য়ুকৌরে,*
*হনবা হনু, লুকথুংদবসু হে লুকথুংলে,*
*নহানুপীশিংদা লিনকাম লাইকাম*
*পাকনা তাইনা লাইকোক্লে।*[১]

---

৯. খুমল্লম্বম যাইমা সিংহ, (সম্পাদক), মৈতৈ জগোই অনোইরোন (অহুমশুবা) (ইম্ফাল : সম্পাদক মশা, ১৯৭৩), লা: ৮-১১।

*তমবীরমমু তাইবঙ ঐখোয় অসিবু মতৌ করম্না তৌরগা নুংঙাইবা হায়বদু য়াগদগে শারিক লাইনৌ অবীনা হায়খি-তাইবঙ পাইমা শিম্লে লোমবা ইবৈ চনবদা নমু পোংথোক নখোইগী নুংঙাইবা শরুক। রাইথুং ফম্বী ওইজগদৌবদি তৌরাংফক্তা ওন লুতুং শমলাং খোইপাক খোইবাশা অমাইবা অমাইবীনা খবাই লাইকম্না লাংবন কাওবেন খোমসেনবগুম নমু পোংখোইবা নখোযবু কোনশনবীবগা নখোয়গী নুংঙাইবা শরুক ওইগনি।"*

অসুম্না অমাইবী হাযবসি লাইমক্না লাংওল্লক্নুনা ওইরকপগী ঈচেল অমা ওইনা মথক্কী পুযা অসিদা য়াওবিবা অসিনা তাকলিবদি হযিচক্কী মতমদদি তাইবঙ মীওইবশিং অসি শিব নাব লৈরমদবগী মওং ওইনা ওইহল্লি। তাইবঙ মীওইবদা শিবা নাবা তম্বীবম্নবগীদমক খোইয়ুম লাইনা অমাইবী ওইনা লাংওল্লকপনি হায়বসি পুয়া অসিনা মযেক শেংনা খঙহল্লি।

মথক্কী পুয়াশিংগী য়ারোলশিং অসিগী ঈঙ্গিৎ মতুংইন্না অমদি মৈতৈ খুন্নাইগী থাজনবীগী মতুংইন্না অমাইবী চঙবা নৎত্রগা ওইব' হায়বসি খোইয়ুম লাইগী অনিংবা নৎত্রগা অপাম্বগী মখা পোল্লি।

## ৬। অমাইবী চঙবা :

যেলহৌঙৈগী মতমদদি মীশিং যামদ্রিঙৈগী কাঙলুপ ওইবনিনা 'খোইয়ুম লাইনা লাংথাকপা' অমাইবী অমত্তনা লৈপাকক্কী শিম্বা পুবিবা, তাকপিবা ওইনা লৈবম্মী। মীশিং যাম্লকপগী মতুংইন্না মখোযনা শিবা নাবগী মবমদা কাঙলোন কযা তম্বীবম্বদগী মীযাম্না পাম্নদুনা লৌহৌবা কাঙলোন কয়া অমা মীয়ামগী মবক্তা পাকশন্না মঙাল তাহৌই। অমবোমদসু মফম মতম মবম অহুম অসিগী পবম মতুংইন্না তাইবঙ মী ওইবনা তাইবঙ ফাওবকপদা খোইয়ুম লাই ওইবী অমাইবীগী মতিক ময়াই ঈদা, লুদা, তোংদা নুমিৎ-থাগী মতিক ময়াই য়াওনা চঙদুনা ফাওবকই। (মসিদি ঐখোযনা পাক শন্না নৈনদুনা উৎপদি ঙমদে; লাইনীং খুদাগী মখা পোন্না

১১. চোংথামচা জয (ঙানবা), (পুয়া থম্বিবিবা) **লৈশেমলোল** (অহুমশুবা ফোঙদ্রিবা পুয়া।

অমম নোংলোন মশক খঙবা নত্তনদি ৱাখলনা লাম্বা ফংবা ঙমখৈ মনুংদা মপূংফানা উৎপা ঙমদে)। লাইগী শক্তি অমা নৎত্রগা অমা চেনবা মীওইশিংনা মফম মফমগী মতম মতমগী ওইনা তাইবঙনা পোকপগী থাঙ্গৈশেংবা ৱারী কয়া ঐখোয়না তত্তনা থেংনরি, তানরি।

মথক্তা পঞ্জত্রিবা অসিনা অমাইবী হায়বসি মীচম অমনা চঙনীংবা মতমদা হেক্তা চঙবা য়াবা নত্তে। মসিদি পোকপদগী মথন্তা য়াওজরক্কবা গুণ অমনি। অমাইবী ওইরক্কদবা মী অদুদি অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদগী চাবা থকপদা ঙা মচি পানবা চাবা পক্লদে। খুদম ওইনা ঙাক্রা ঙক্মাইনচিংবা অসি চারুরগা তীন পংশিৎতা শিৎলি। মখোয়গী মশাদা য়াম্না হঙ্গৈইবা পোকই। লাইওং খঙদনা মতম শাংনা নাই। মবুক্তা মতুম্নচিংবা নুংশিৎকূম্বা অমনা তাশিন্দুনা লৈ। মচিন্দা খঙহৌদনা লাইরোন্নচিংবা য়াম্না লোল্লি। তম্বীরুবা লৈতনা ঈশৈ শক্লকই; জগোই শাই। য়েংবদা অঙাওবীগী পাংখক্লি। লম্বীদা ফানবা ঙমদবমখৈ চেল্লি। মশা মথন্তনা 'মমা গুরু' থিবকই মমাগুরু হায়রিবসি মখোয়বু অমুক পোকপীদুনা লাইবোননচিংবা তম্বিদুনা অমাইবী ওইবগী লীচৎ কায়দনা লৈনবগী তাকপী তম্বিরিবা অহানবা মীশক অদুবুনি।

কনা কনাগুম্বী অমাইবী নৌনা চঙলকপীনা মমাগুরু ওইগদৌবিবী অদুগী মশক মমিং লৈফম্নচিংবা মচীনদা হায়রকই। মহাক্কী মমিত্তা মমাগুরুগী শক্তম অদু উরকই। অরাপ্পদা নৎত্রগা অনকপদা লৈবা ওইরবসু মমাগুরু অমাইবীগী মনাক্তা অয়ুক ওইববসু অহিং ওইরবসু অহিং নুংথিল খঙদবমখৈ চেল্লি। মাগী মশাদা চাক ঈশিং চাবা চাদবদা থোইদোক্লা খল্লুবা লৈতে। তরং অমদা ইতাউ তাউদুনা লৈ। করিগুম্বদা মানা লাইতোংদুনা ঙাও ফৈবগী মওংদা চেনথোরকপা অমদি চেনথিবদা মাবু ফাননবা হোৎনবকপা মতমদা মী অমা, অনী, অহুম্না মাবু ফাবা ঙম্নদে। মমা অমাইবীগী মনাক্তা চেল্লক্লগা জ্ঞান য়াওদনা তুথৈ। 'মমাগুরু' হায়নসু খঙনবা অমাইবী অদুনা অঙাং মচাদা তৌবগুম মমায় মমিৎ তাথোকপি। মখোঙ মখূৎ হাম্বী। ময়াদগী তারকপা তীল অদু তৈথোকপী। তাইরেল মনা পীজৈ মতুংদা, মমাগুরুনা 'লৈনুংলোন', 'খুনুংলোন'নচিংবগী লাইরোল তম্বিবা হৌই।[১২]

---

১২. তাকপীবকপীশিং : **য়ুমশংবী অমাইবী**, লমদেং; **লাইবী অমাইবী**, ফযেং; **কংলাঙানবী অমাইবী**, ঙাবিয়ান।

মতাং অসিদা পনবা য়াই মদুদি মমাগুরু অদুগী লাইগা নৌনা অমাইবী চঙলকপী অদুদা তোংলিবা লাইগা চানদ্রবদি মমাগুরু ওইবা য়াদে। মমাগুরু অদুগা মচা অমাইবী অদুগা **লাইশক** মান্নগদবনি।

**লৈনুংলোল, খুনুংলোল** লাইরোনগী চাওরাকপা মশক :

*অতিংকোক অতিয়া শিদবা হুংঙা ইরোল খঙদে হুংঙা ইরোল পীয়ু। চীংঙু খোইয়ুম ইরোল খঙদে চীঙ্ঙু খোইমোম ইরোল পীয়ু। কোরৌ নোংথৌ ইরোল খঙদে। কোরৌ নোংথৌ ইরোল পীয়ু। লৈনুং ইরোল খঙদে লৈনুং ইরোল পীয়ু। খুনুং ইরোল খঙদে খুনুং ইরোল পীয়ু।*

... ... ... ....

*তরেৎ শেস্মীৎ ইরোল খঙদে তরেৎ শেস্মীৎ ইরোল পীয়ু। চেংবা খুৎলৌ খঙদে, কাইবী ইরোল পীয়ু য়াংকোক পোকখায়লোন খঙদে য়াংকোক পোখায়রোল ইরোল পীয়ু। য়াংকোক পানম ইরোল খঙদে য়াংকোক পানম ইরোল পীয়ু। হুইত্রি পাদম ইরোল খঙদে হুইত্রি পাদম ইরোল পীয়ু। হুংনা নুংশিয়ে, কপ্পা নুংশিয়ে কনুংশিয়ে। চারোৎ লাংনা পাদম ইরোল খঙদে চারোৎ লাংনা পাদম ইরোল পীয়ু। ককচেং খোইয়া ইরোল খঙদে ককচেং খোইয়া ইরোল পীয়ু। শেকপি সেম্বাং ইবোল খঙদে শেকপী শেম্বাং ইরোল পীয়ু। অব্রা পাইখুলোল ইরোল খঙদে অব্রা পাইখু ইরোল পীয়ু। কপ্পা নুংশিয়ে কনুংশিয়ে। শিংপাক শিংদম ইরোল খঙদে শিঙপাক শিংদম ইরোল পীয়ু। খমনুং ইরোল খঙদে খমনুং ইরোন পীয়ু।*[১৩]

লাইরোল অসিগী শম্লপ্পা মনুংগী অর্থদি—

মপু নোংদম্বা নহাক্লা ঐগী মপোকসিদা জগৎ সংসারদা তাইবঙ পানবা হায়বসিনা থোকলিবশিং অসিগী মরোল খুদিংমকপু খঙহনবীয়ু। হুংঙা ইরোল চিংঙু

---

১৩. তাকপীরকপা : **চরোইবম ইবোহল অমাইবা, ললাম্বুং মখোঙ।**

খোইয়ুম লাইগী মরোল, শেকপীগী শেম্বাংগী, ককচেং, ঋাহি, মুনু, চরোং লাংনা পাদম, হুইহিত্রি পাদম, অসিনচিংবা জীব জীবনা লোল্লিবা মরোল অমসুং শীজিন্নরিবা ঋারোল পূম্নমকসিগী লৌশিং পীবিয়ু হায়না থৌনিবনি।[১৪]

মথক্কী লাইরোল অসি লৈমরেলগী মমাঙদা শোল্লগা খুত্তুম তাশিন্দুনা লৈবাক্তা তক্কুনা হায়গনি। ফারবা মতমদা অমাইবী মহাক্কী মমীত্তা শেনমিৎ পীরক্কনি। লাইবাও চেনবা চুল্লক্কনি। লাইরোল অসি ফাদ্রবদি শেনমিৎ য়েংবা চুমলোই, লাইবাও চেনবসু চুমলোই।

মথংদা 'কানধা ইপাল থাবা' হায়দুনা নৌনা অমাইবী চঙলকপী অদুনা লোইশঙদা অপোক অশা তম্মী। থৌরম অসি পেনা লোইশঙদা অমা, অমাইবী লোইশঙদা অমা অমসুং অমাইবা লোইশঙদা অমা শুপ্পা অমাইবা লোইশঙদা পাঙথোক্কনি। অমাইবীনা ঈশিংনি, অমাইবনা মৈনি অমসুং পেনানা নুংশিৎনি হায়না লৌনদুনা অহুম অসিবু পূন্না 'মৈ ঈশিং নুশিৎ' হায়রগা খঙনৈ।

কানধা ইপাল থাবা হায়বা থৌরম অসি অঙাং পোক্লগা ইপাল থাবা (ষষ্টী পূজা) অদুগী মওংনি। কানধা ইপান থাদ্রিবমখৈদি অমাইবী নৌনা চঙলকপী অদু চামাং চারিবনি ফিমাং শেৎলিবনি হায়দুনা অমাইবী অতৈগা নক্লবা য়াদে, মানা পায়বা ঈশিং ফাওবা অতোপ্পা অমাইবীশিংনা থক্লবদি মাংই হায়দুনা থক্লদে।[১৫] অসিদা নত্তনা মমাগুক ওইরিবা অদুনা ফাওবা মচা অমাইবী অদু কানধা ইপান থাদ্রি ফাওবদি মাংই হায়দুনা লাইবুংদা চঙহনদে। থৌরম অসি পাঙথোকপ্রবা মতুংদগীদি নৌনা অমাইবী চঙলকপী অদুনা পায়বা পোৎ-চৈ চাবা য়াগনি। চামিন-থকমিন্নবসু য়াগনি। কানধা ইপাল থাবা মতমদা মহাক অদু অঙৌবা ফিজোলতনা লৈতেংগনি। কানধা ইপাল থারবা মতমদা লাইগী শক্তি অসি হেনগৎলকই হায়না লৌনৈ।

## ৭। অমাইবী মথল খায়দোকপা :

মমাঙঙৈ নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি অমাইবী অসি পানাগী ওইনা খায়রম্মী। খুদম ওইনা—

(ক) খাই অমাইবী,

---

১৪. তাকপীবকপী : য়ুমশংবী অমাইবী, লমদেং।

১৫. মথক্কী মীশকসিমক।

(খ) য়াইস্কুল অমাইবী,

(ই) অহল্লুপ অমাইবী,

(ঈ) নহারুপ অমাইবী,

(উ) খাবম অমাইবী, অমসুং

(ঊ) লাইফম অমাইবী।[১৬]

পানা পানাগী মতুংইন্না অমাইবীশিংনসু মাগী মাগী মথৌ পুনরম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতমদদি পানা মতুংইন্না খায়বগী নিয়ম অসি লৈনদ্রে। অদুবু অমাইবী লোইশঙনা নিংথৌগা তান্নদুনা পানাগী মহুত্তা অমাইবী লোইশঙগী থৌ পুবা মখল অহুম থোক্লা খায়দোক্লক্লে। মখল অহুম থোক্লা খায়দোকলিবা অসি লাইশক খেন্নবগী মতুংইন্না অমাইবীশিংনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মথৌ পুনরকলে। মখলশিং অদুদি—

(ক) শঙলেন অমাইবী

(খ) নোংমাই (লংমাই) অমাইবী, অমসুং

(গ) ফুরা অমাইবী।

**(ক) শঙলেন অমাইবী :**

সঙলেন অমাইবীনা পাখঙবগী থৌরম থোকপদা থৌগল তৌগনি।

**শঙলেন অমাইবীনা পুবা লম :**

শঙলেন অমাইবীনা পুবা লমদি কাংচুপ চীংখোংদগী নোংপোক্তা কংলাগী থোঙ হায়বদি ইম্ফাল তুরেলগী অরাংথংবা লম মখৈ অসিনি।

**লৈহুন :**

লৈহুনগী মতাংদা অমাইবী মখল অহুম অসিগী হায়বদি শঙলেন লংমাই অমসুং ফুরা লাইশক মান্নদবা মরমনা লৈহুননচিংবসু মখোয় অসি মান্নদে। শঙলেনগী লৈহুনদি ৭, ৫, ৯ নি; লৈপোপ ২১ নি।

১৬. তাকপীবকপী : থম্বালমচা অমাইবী, রাঙ্গোই।

**শঙলেন অমাইবীগী লৈহৌরোল :**

লাইশক খেন্নবগী মতুংইন্না শঙলেন অমাইবী ফুরা অমাইবী অমসুং নোংমাই অমাইবীগী লৈহৌরোলসু খেন্নে। শঙলেন অমাইবীগী লৈহৌরোল মখাদা শন্নপ্না লৌখৎচরি—

*হুং হৌনা রি রি রি হয়া হয়া হয়া মালেম তম্পাক সনা লৈমারোল অনেমবা, মালেম চীখেক ৪, শুংদাই ৮ অমা কাইরে শিংথাই ৬১ মক, চহুম য়াইবী মরোলনুং খোইয়ুম মাপনবু মালেম তমপা মরোলনুং মালেম মারোল অনেম্বা লংশুংনা লিরি হৌরকপা, খোইয়ুম মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্মক, লিকলাং য়াগা ওইরিবা, থাবানা ঙাংখোমনরিবা, অয়ুককী য়েনদা অঙনবা ইপল থরক্ক অশৈবনা চৈচিং য়েৎতা পাই শামৈ অনি কারননা লু রু য়াকা কাইবকলে হৌ, রি রি রি য়াগা ...*

... ... ... ...

*চেকলা মমানলৌ পোমবী মওং তমলকয়ে, ইপল মদোম য়াকাইদেদো খাবি ওইয়ু নোংদমখিবা ইপন হৈনা নতুং ইনজরকএ, মপু ইবুংঙো মপু ইবেম্মা নতাইরেমগী কোকপি কোয়রেল থক্তা ফম ব্রায়েনবীয়ু, শমলাং তাবুল লক ফৈজা পোপতেকলৈ খোইদৌ মরু ওইবীয়ু। যামফক চনিং ওইবিয়ু, লৈবাকপু ফাহায়না তাইরমগে নিংথৌবু ফাহায়না তাইরমগে হয়ুম হয়ুম হয়ুম ... ।*[১৭]

**(খ) নোংমাই (লংমাই) অমাইবী**

নোংমাই অমাইবীনা যুমজাও লাইরেম্বীগী থৌগল তৌই।

**নোংমাই অমাইবীনা পুবা লম :**

নোংমাই অমাইবীনা পুবা লমদি ইম্ফাল তুরেলগী ব্রাংমদা( নোংপোক্তা) লৈবা লম মখৈ অসিনি।

১৭. তাকপীরকপা : **চরোইবম ইবোহল অমাইবা, ললাম্বুং মখোং।**

**লৈহন :**

নোংমাই অমাইবীগী লৈহুনদি ফুর অমসুং শঙলেন অমাইবী অনিদগী তোঙাল্লি। মাগী লৈহুনদি ৩।৩।৩ নি, লৈপোপ মাপননি।

**নোংমাই অমাইবীগী লৈহৌরোল :**

নোংমাই অমাইবীগী লৈহৌরোল অসি শঙলেন অমাইবীগী লৈহৌরোলগা খেন্নে। মখাদা নোংমাই অমাইবীগী লৈহৌরোল পীজরি :

*হৌনা লি রি লি মায়কৈ ৪ শুংদাই ৮ অৱাং কোরৌ নোংমদোন ৯মক্তুগী লৈপাক্তা ইপা য়াগা তাইরমলগে ...। নিংথৌখোং ইপা য়াগা তাইরমলগে ...। হুং শোর মরি তিন, চিংঙু ইবুংঙো খোইয়ুম ইবেম্মা তিললে, তিললে তিললে, য়িপানা থরুক অশৈবা থবানা তাখোম ইমৈমক্তনা অয়ুক য়েনদা অঙনবদা পেনা চৈজিং য়েংনা পাই, ইমৈ অনি কারন্ননা ইনুংবা শিখোং য়াকৈরকলে, অনেম ইমা ইবেম্মগী কোলোয় ময়াথং অথুম্ববু কোরৌ নোংমদোল কাফদে, মালেম লৈদসু মাংফদে ঙাহাক ফমফম ৱায়েল তমবীয়ো শিংলেন লৈরাং অমনবনা পাউতাকনবীগনো ... লোইশং ফাললোলনুংগী চেকপ মরু ইন্না ৱায়েল তম্বীয়ু।*

*থাককল চোমলাং লৈনা ইংথম ফিচুপ ময়োন কাংলকলে ফিচি ফিতোন কাংলকলে তা .. মালেম খাবী করি তুগা চুংবনো অমাই করি শোংগা কাংবনো নবুরেল খোইয়ুম শিদববু লৈয়ে লাইবুংথৌ ৯মক লাইনুরা ৭ মক ঙাইরমখিও ...।*[১৮]

(গ) **ফুরা অমাইবী :**

ফুরা অমাইবীনা গুরু নোংশাবগী থৌগল তৌই।

ফুরা অমাইবীনা পুবা লম :

ফুরা অমাইবীনা পুবা লমদি ইম্ফাল তুরেলগী নোংচুপ অদুগা নম্বুল তুরেলগীনা মখা থংবা লম মখৈ অসিনি।

১৮. তাকপীরকপা : **চরোইবম ইবোহল অমাইবা, ললাম্বুং মখোং।**

**লৈহল :**

ফুরা অমাইবীগী লৈহুনদি— ৭।৫।৯ নি; লৈপোপ ২১ নি। লৈহুন অসি শঙলেন অমাইবীগী লৈহুনগা মান্নে।

**ফুরা অমাইবীগী লৈহৌরোল :**

*হৌনা কুরু রি রি নহাননোং কোরৌ*
*নোংমদোন মাপলমক্তগী লৈমুরোল ৬মক*
*লৈহৌরোল ৫ মক মালেমদনা চিথেক ৪ মক*
*মাইকৈদনা ৮মক শুংদাইদনা ১৬ মক শিংখাইদনা ৬১ মক ..*
*হৌনা কুরু রি রি রি সমলা লাকোননুং*
*ইব্রাং কোরৌ নোংমদোল মাপলমক্তগী লৈখাবোল*
*১৭ মক্তগী খোইয়ুম মৈ, ঈশিং নুংশিং অহুম্মক*
... ... ... ... ...
*থাবাল চোমলাং লৈনা কাংজরে এ।*
*নিংথম ফিথূপ ফিচিন তোনসুং*
*শিদবা মপা ব্রাইনা কাংজরকলে*
*মপুরেল হৌরো শিদবা হৌরো।*
*আ মালেম খাবী করি তূ চুংবনো*
*অমাই করি শোংবু কাংবনো*
... ... ... ... ...
*পারি ইবুংঙো খোইয়ুম লৈকোকঅহনবা*
*ইমোম লাংলেন ইবেম্মা চেংলৌ শক্লা হেনবী*
*উমা সানা (সনা) শকহেনবী*
*লাইবুংথৌ ৯ মক লাইনুরা ৭মক ঙাইবমখি-ও।*
*মালেম ... তাইবঙ ...।*[১৯]

## ৮। অমাইবীগী লাইপাউ :

অমাইবী খুদিংমক্লা মখোয় মখোয়গী মশাগী লৈহৌরোল লাইশোন অসি হায়রবা মতুংদা অমুক অমাইবীনা লাইপাউ চেনবা হৌরক্কনি। লাইপাউ পীরকপা মতমদা মীচম, লৈমা, নিংথৌ, যুবরাজ, মচাইবেম্মা, ব্রাহ্মণী অমদি

১৯. তাকপীরকপা : **চয়োইবম ইবোহল অমাইবা**, ললাম্বুং মখোং।

নিংথেমচানচিংবা লাইপাউগী মবী লৈনবা মীশক অদুগী মতুংইন্না ৱাহৈগী মকোক খবদদি খেন্ননা হায়বক্কনি। খুদম ওইনা মীচমগী ফাওবকপা লাইপাউ চেল্লকপা মতমদদি অসুম্না হাযগনি—

"হে হে তাইবঙ নোংযাই চাউদবী (নুপী) চাওদবা (নুপা)।"

লৈমা (মহাবাণী) গী ফাওবকপা মতমদনা অসুম্না হাযবক্কনি—

"তাইবঙ মৈতৈলৈমা মৈতৈ চনু খোংবু যোইবী লুবু মেনবী মৈতৈ চনু।"

যুবরাজ (মচাইবুংঙো) পাউজেল তন্নকপদা অসুম্না হাযবক্কনি—

"তাইবঙ সোবাবেনগী মপাবী অকেৎপা অকেৎপী (মচা ইবেম্মা)"

ব্রাহ্মণগী লাইবাউ চেল্লকপা তাবগনা অসুম্না পাউজেল পীবক্কনি—

"খোইযুম মৈ, ঈশিং নুংশিং, ব্রাহ্মণনুবী (নুপী) ব্রাহ্মণনুবা (নুপা)।"

অমাইবীশিংনা লাইপাউ চেল্লকপা মতমদা তোঙান-তোঙানবা লাইনা তোংলকপগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা লাইবোল লাইপাউ চেল্লি। চেল্লক্লিবা লাইবোল লাইপাউশিংদগী তোংলিবা লাইগী লাইচৎশিং মশক মূন্না খঙবা ঙম্মী।

**পাখঙবা নোংগাবোল** লাইবিক্তগী খুদম খবদং পঞ্জবি--

*থোংনাং লিশিং চাইপা ওইনা।। শানওললক লাপাতা।।*
*মযাং লৈমনাই নিংথৌ লাইবোননুবু লোললকএ।।*
*ৱাংবেল খানা চাউপা ওইনা লোললকলাপাতা।। কোম*
*মকখেৎ লোন।। অনান নামফৌলোন।। মাবেম*
*থাকুপলোন লোইপি থৱাইলোনপু লোনথোকলকলো।।*

*থংথং লাইমক ওইনা সানওল লকলাপাতি থোংনাং তখন*
*লে নপু লোনথোকলকলে।।*

. . ...

*তম্পা মৈবা পোনচেনপী।। তোইপি তাংক চনু।।*
*পুইতিংঙাকা চনুপি।। তমপা পানপা ফাপী।। ৱাংঙম*
*কৈবনতোংপী।। তুপী ঙাংযেক চনুনা।। সমাই তাঙলে*
*লৈতোননা লোললাপাতি। খাবম সমপুমলোন।।*

২০ তাকপীবকপী : য়ুমশংবী অমাইবী, লমদেং।

*মোংনুকাপুইরোন।। কোয়রেং থবুলেল লোল।। লুহপ তাংখুল লোলপু লোলথোকলক এ।।*[২১]

অসুম্না অমাইবীশিং অসিদা তোঙান তোঙানবা মখলগী খোইয়ুম লাইশিংনা পীবিরকলিবা লাইপাউশিং অসিদগী অমাইবীশিংগী মতিক ময়াইবু সমাজনা খঙবতা নত্তনা খোইয়ুম লাইশিংগী তোঙান তোঙানবা হৌফম লীচৎ খঙহল্লি।

অমরোমদা, হান্নগী চৎনবীগী মতুংইন্না অমাইবীশিংগী অসুম্বা লমশিং অসি নৈনরম্লবসু হৌজিক্কী মতমদদি অমাইবীশিং অসিগী অকক্নবা লমগী মশক লৈনদ্রে। লৈবাক মীয়াম্না মখোয় মখোয়না লাইগী থৌগল তৌহন্নীংবা অমাইবী অমবু হেক্তা কৌনরে। অসিদা নত্তনা, অমাইবীশিংগী মখল খায়দোকচরবসু কনাগুম্বা অমাইবী অমনা অমাইবী অহুম্মক্কী (সঙলেন নোংমাই ফুরা) থৌবমশিং নীংথিনা খঙলবদি অমসুং লাইশোন তীনশোন হৈরবদি সনাগী মহুত্তা য়াইঙংনা শীনবগুম তঙাইফদ্রবা মতমদা অমাইবী অমনা করিগুম্বা মতমদা লাইশক অহুম্মক্কী থৌরম তৌবা য়াই। হৌজিক্তি চৎনবী অমা ওইনসু তৌনরে।

## ৯। অমাইবীগী ফম:

সনা কোনুংগী অমাইবী লোইশঙদা অমাইবীগী ফমশিং অসি মখাগী অসুম্না খায়দোকই :

(ক) হিদং অমাইবী

(খ) হঞ্জবী অমাইবী, অমসুং

(গ) শঙলাকপী অমাইবী।

হৌজিক্কী মতমদদি শঙলাকপী অমাইবীবু 'অশুপ্পী' হায়রগসু খঙনৈ।[২২]

### (ক) হিদং অমাইবী :

হিদং অমাইবী অমনা লাই ৫ চাই। লুপা ১।১। খাজনা ওইনা অশুপ্পীদা পীগনি।

২১. নোংথোনবমচা অঙৌ (মশামক), পাংখংবা নোংগারোন (ইম্ফাল : সম্পাদক মশা, ১৯৮৩), লা: ১১-১২।
২২. তাকপীবকপী : **য়ুমশংবী অমাইবী,** লমদেং।

**(খ) হঞ্জবী অমাইবী :**

হঞ্জবী অমাইবীনা লাই ১৫ চাগনি। নুপা ২।২ খাজনা ওইনা শঙলাকপীদা পীগনি।

**(গ) শঙলাকপী অমাইবী :**

শঙলাকপী অমাইবীগী লাইচাদি লাই ৩০ চাগনি।[২৩]

অমাইবীশিংনা ফংলিবা লাইচাশিং অসি অমাইবা লোইশঙনা মখোয় মখোয়গী থৌগল ফংগদবা উমংলাইশিংগী লাইশীং কক্লা পীবনি।

মমাংগৈগী মতমদদি নিংথৌ পানবগী হৌনবী চৎনবী মতুংইন্না হিদং অমাইবীনা তৌগদবা অমসুং হঞ্জবী অমাইবীনা তৌগদবা হাযদুনা ফম ফমগী মতুংইন্না লাইগী মথৌ মঙম খাযদোক্লম্মী। হৌজিক্কী মতমদদি নিংথৌনা লৈপাককী থৌ পুদ্রবনিনা অমাইবীগী ফম অসি থকশি খাসি চৎনবীগী মমি তাদবগুম উবে। লৈকাই নৎত্রগা খুন্দুনা যাবা অমাইবীনা হৌজিক্তি লাইগী মথৌ মঙম পাঙথোক্লবে।

## ১০। অমাইবীগী কাঙলুপ অনী

অমাইবীগী কাঙলুপ অনী লৈ। মদুদ— শবিক পাযবী অমাইবী অমসুং শবিক পায়দবগী অমাইবী।

**(ক) কাঙলুপ অনীগী খেন্নবা মশক**

**(অ) শবিক পাযবী অমাইবী**

শবিক পাযবী অমাইবী হাযবগা লাইপাউ চেনবনচিংবা লাইগী থবক থৌবম পাঙথোকপদা শবিক হিংহইবু খুৎলাই ওইনা শাজিন্নবী অমাইবীশিংবু খঙনৈ।

'শবিক' অর্থ হুবি নিংথাং খোইমু অমসুং নোংশাবিক[২৪] অহুম্মক্কী খোঙ্জেল থোকহনবা ঙম্বা অমাইবীগী খুৎলাইনি। এসি অতিযা শিদবনা অমাইবীদা পীখর্বনি। খুৎলাই অসিনা লাইখ্ন খদিংমক্ত লাইগী পীবদা মতেং ওইদুনা লাইপাউ শেংনা পীবা

ঙম্লবা নোংদম্বীখিবা খুৎলাইনি। মবমদি শরিক অসিগী মপান্তনা শরিক পায়রিবী অমাইবীশিংগী ওইনা খোইয়ুম লাইনা। [illegible] পুন্সিমী শিল্পা ওইবি।

মথক্তা পঞ্জিত্রিবা ৱারোল অয়াম্বা শরিক পায়বী অমাইবীশিংগী মরমদনি।

### (আ) শরিক পায়দবী অমাইবী :

শরিক পায়দবী অমাইবীশিংদি করিগুম্বা লাইগী থৌরম অমতদা শরিক লাইহুই শীজিন্নদে। মরমদি মখোয়দা খোইয়ুম লাইনা শরিক পায়ননবগী নোংদম্বীরক্তে। অসিনা মরম ওইদুনা মখোয়দি পুন্সি চুপ্পা শরিক পায়দনা লাইগী থৌবম পাঙথোকই।

শরিক পায়দবী অমাইবীশিংদি শরিক পায়বী অমাইবীগুম্লা লাইগী লাইপাউ চেনবা ঙম্বগী অশেংবা মতিক ময়াই য়াওদে। অদুবু মখোয়দি অমাইবী অমা ওইরবা মরম্লা খোইয়ুম লাইপাউ চেনবা ঙম্বগী মসেক মঙাল খরমখৈদি ফংই। মখোয়না পীবা লাইপাউ চুমদবমক্তি নত্তে; মতম খরতগী ওইনা চুম্মী। মখোয়না পীবিবা মতিক ময়াইদি নুংশাগী মঙান্না তাবা অদুদগী থক্তোবকপা মঙালগা অমুক মফম অমদা তারগা ঙানবা অদুগুম্বনি হায়না লৌনৈ।

শরিক পায়দবী অমাইবীশিং অসিগী মনুংদা লাইপাউ চেনবা ঙম্বগী মশেক মঙালগী মতিক ময়াই খব ফংবা অদুনা পেল্লক্তবদগী অখঙ অখঙবা অমাইবীশিংদা হংজরগা মখোয়গী তুং কোইনবা মরম থি। মখোয়না থিরিবা মরমদি করম্বা লাইবু করি মিংখৈনা শোঞ্জদুনা নীংজরগা মখোয়গী মতিক ময়াই খর হেনগৎকদগে হায়বসিনি। অসুম্লা মখোয় মখোয়না পামজনা নীংজবা খোইয়ুম লাইগী নৎত্রগা খোইমোম লাইরেম্বীগী মিংখৈগী মতিক ময়াইনা মখোয়গী মশাদা মঙাল মশা খর পীবিবদগী মখোয়না লাইপাউ চেনবা ঙমজে।

শরিক পায়দবী অমাইবীশিং অসিগী তোঙান তোঙানবা মখলগী ঙমখৈ নাইবা নাইদবা মতিক ময়াইগী শক্তম কয়ামরুম লৈ। খুদম ওইনা মখাদা খরদং পল্লি—

১। লাইপাউ পীরকপদা হীকাপ যাইকাপ, পোৎশেম যাদু, লাই ওক্লবা, ভূত-প্রেত ওক্লবা অসিনচিংবা হায়বা ঙম্বা। মখোয়শিং অসি কোক্লবগী মরম হায়না ঙমদবা। তীনকোক লাইকোক্লবগীদমক ঈরাৎ থৌনি, লাই তাইনবা অসিনচিংবা পাঙথোকপা অমদি লৌথোকপদি ঙম্বা।

২। অনা-অয়েক্কী মরমদা হায়বা ঙম্বা। হিদাক পীবা ঙমদবা। অনা অয়েক্কী ফননবা হিদাক মশক্তি তাকপা ঙম্বা।

৩। মাঙদা হোখ্রবা খোদোক [illegible] [illegible] ঙম্বা।

৪। হৌজিক ওইরিবা অৱা-অনা থৌদোক্কী মরমদদা হায়বা ঙম্বা। তুংগী ওইবা থৌদোক্কী মপূং ফা[illegible] হায়বা ঙমদবা।

শরিক পায়দবী অমাইবীশিং অসি অয়াম্বা মতমদা মখোয় মখোয়না হৈনবা হীরম অমমমদদি মখোয় মখোয়না ফংজরিবা মতিক ময়াই অদুগী ফলনা য়াম্না হৈথোই শিংথোইনা লাইপাউ পীবা ঙম্বা ঙাক্তনি। মখোয়দা তোংলিবা খোইয়ুম লাইনা মখোয়গী শিল্পা হীরম অমমমগী ওইনা পীবনিনা মখোয়না অমনা অমগী শিল্পা হায়বদি লাইপাউ লামশিন্দুনা পীনদে, পীবসু ঙমদে। মখোয়গী পুন্সিগী শিল্পা ওইনা ফংজরিবা মতিক ময়াই অসিমক্তনা লৈপাক মীয়ামগী মরক্তা থোক্লি থোক্লিবা অৱা অনা খুদোংথিবা থৌদোকশিংগী মরমদা চান-চানবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগী মরমদা তাকপিদুনা মখোয়না মীওইবগী য়াইফবা থৌদাংদা তেংবাংই। অসুম্না মীয়াম্না শরিক পায়দ্রবসু মাইবী অসিমদি হীরম অসিদা য়াম্না অখন্ননা হৈথোই শিংথোইবনি হায়না লৌনদুনা চানবা হীরম অদুগীদমক লাইপাউ লৌনৈ। অখন্নবা হীরমগীদমক্তদি শরিক পায়দবী অমাইবীবু থৌওইনা থিনৈ। খুদম ওইনা, হীকাপ য়াইকাপকুম্বা লৈরে নৎত্রগা পোৎশেম যাদু লৈবে হায়দুনা শরিক পায়বী অমাইবীনা লাইপাউ পীরকপদা চিংনজবা মীওই কনাগুম্বনা মরী মখোং থীদুনা হীরম অসিদা অখন্নবা হৈথোই শিংথোইবা শরিক পায়দবীগী অমাইবী থিনৈ অমসুং মঙোন্দা থৌরম পাঙথোকহন্দুনা হীকাপ য়াইকাপ পোৎশেম্মচিংবদু লৌথোক্লে।

মতৌ অসুম্না শরিক পায়দবী অমাইবীসু খোইয়ুম লাইনা চানবীবদগী তাইবঙ মীওইবগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক চাউরবা থৌদাং অমা লৌবিদুনা সমাজ অসিদা মখোয়গীসু শিংথানিংঙাই ওইবা লেঙদ্রবা য়ূম্ফম অমদা পুন্সিল্লি। অদুমকপু শরিক পায়দবী অমাইবী অয়াম্বদি শরিক পায়রিবী অমাইবীশিংনা লাইপাউ পীরকপদা মাঙগী হৌজিক্কী অমসুং তুংগী থৌদোক কয়া ময়েক শেংনা পূন্না পীবা ঙম্বা অদুগী মতিক ময়াইদুমক্তি খোইয়ুম লাইনা মখোয়দা নোংদম্বীরমদে। কনা কনাগুম্বী শবিক পায়দবী অমাইবীশিংদা মখোয়না লোয়নজরিবা নীংজরিবা লাৎচরিবা খোইয়ুম লাইরেম্মা অদুগী থৌগন্না মাঙগী, হৌজিক্কী অমসুং তুংগী ওইখ্রবা ওইরিবা অমসুং ওইরক্কদৌরিবা থৌদোক হীরম কয়াবু লাইপাউ পীরকপদা মীয়ামনা খঙতনবা ঙম্বগী

মতিক ময়াই খরদি লৈবা য়াওনৈ। মখোয় অসি শরিক পায়দবীশিংগী মনুংদদি মীংচৎ খর লৈনৈ। মখোয়বু মীয়াম্মা শীংথানৈ মীয়াম্মা মখোয়বু তান্নৈ। লম লাপ্লবসু লাপত্রবসু মীপুম খূদিংমক্না মখোয়গী মনাক্তা লাইপাউ তাবা চৎনৈ।

**(খ) কাঙলুপ অনীগী লৈনবা মরী :**

শরিক পায়বী অমাইবীগী মতিক ময়াইদি করিগুম্বা লাইফম অমগী লাইমাঙ ফম্বদা হৈকৎ লৈকৎ তম্নরিবা মীয়ামশিং অদুদগী নৎত্রগা লৈকাই খুন অমদি লৈপাক্কী থোরক্কদবা অব্রা-অনা, অশি-অনাগী মরমদা মায়কৈ মফম থাদুনা মীশক থাদুনা পাউজেল পাউতাক্লকই। শরিক পায়বী অমাইবীগী পাউজেলদি লাক্লিবা মীশক অমমমতগী ওইনা চীংঙু লাইপাউ পীরকপনা মায়কৈ কদোমদগী লাকপনো হায়বা অদু তশেংনা থারকই অমদি হৈকৎ লৈকৎ তল্লদবা মীওইগী অব্রা-অনাগী য়াইফনবা থৌরম তাকপিবগা লোয়ননা শিগদবশিংগীদমক 'চিংঙুগী ফাংখোং পাযররে কনবা ঙল্লরোই' হায়না পাউজেল্লকই। হায়রিবা অসি মহাক্না উরু খঙলুদুনা হায়রকপদি নত্তে। চীংঙু লাইনা পাউজেলবীরকপদগী হায়রকপনি। অসিগুম্বা লাইপাউ অসি মীয়াম্না চুম্না লৌনৈ।

শরিক পায়দবী অমাইবীগী মতিক ময়াইদি লাইগী লাইপাউ লৌবা লাকচরিবা মী অদুগী অমসুং মাগী ইমুং-মনুংতগী ওইনা ফাওরক্কনি। মী অদুনা হংলুরবা মতমদসু ফাওরক্কনি। অদুগা মহাক্না অতোপ্পা লাইমাঙ অমদা ফম্লুবা মতমদা লাইপাউ পীরকলোই। লৈকাইগী নৎত্রগা খুনগী ওইনসু লাইপাউ পীদে। মহাক মতোমতগী ওইনা খঙজবা লাইনা পীবা মহৈদি লৈ। খুদম ওইনা পল্লবদা, করিগুম্বা লৈবাক্কী থৌদোক অমা থোক্কদৌরবা নৎত্রগা লৈকাইগী ওইনা থৌদোক ব্রাথোক অমা থোক্কদৌরবা মতমদা মশা মতোমতা খঙজবা মহৈ অমদি লাইনা পী। শরিক পায়দবী অমাইবীদি লাইগী লাইপাউ লৌবা লাক্লিবা মীওই অদুগী লৈফম অমদি মায়কৈনচিংবা পীরক্তে নৎত্রগা ফাওরক্তে। শরিক পায়বী অমাইবীগী মতৌগুম্না হৈকৎ লৈকৎ কৎলদবা মীগী লাইপাউ পীবসু মহাক্তি তৌদে।

শবিক পায়দবী অমাইবীনা তৌরিবা মওং অসিমক্কা মান্নবদি শরিক পায়বী অমাইবীগীসু ময়ুমদা অমদি লমদা শেনমীৎ হুন্দুনা লাইপাউ পীবা মতমদা উবা ফংই। খুদম ওইনা হাযববদা অনা অয়েক্কী য়েংবদা অফবগীসু ফনা, ফত্তবগীসু ফত্তনা অদুগা ফত্তবসু ফহন্নবগী ঈরাৎ থৌনি লাই-তীন খুরুম্বা হৈকৎ লৈকৎ তম্নবা অসিনাচিংবা কয়া অমসু তাকপি। মতাং অসিদা শরিক পায়দবীগা শবিক পাযবীগা মান্নবা য়ুম্ফমদা

থৌদাং য়ান্নরি। তশেংনা খেন্নবা হায়ববু শরিক পায়না লাইপাউ চেল্লকপা মতমদা খেন্নবদনি অমসুং লৈপাক নিংথৌনা চৎনবীগী মখা পোন্না ফমফম মফম অরেপ্পা অমা লৈহন্দুনা মখোয়গী মথৌ পীবা অমদি পাঙথোকহনবনি। করিগুম্বদা শরিক পায়দবী অমাইবী ওইনা মতম খর লৈরম্লবসু শরিক পায়বী ওইগদবী (লাইগী মতিক ময়াই লাকপা, মতম ঙাইদুনা লৈবী) ওইরবদি লৈপাক নিংথৌনা মশক খঙনবগীদমক খোইয়ুম লাইনা থৌজালবীদুনা শরিক পায়বা তারকই। মহাক্লা শরিক পায়ননবা হোৎনবদা মমা গুরুনা তাকপী তম্বীবগী থৌরম পাঙথোকই। হায়রিবা অসি লৈবাক অসিদা য়াম্না তোয়না থোকপদি নত্তে। থৌদোক মওং অসি তাঙনদি থোকই। (মওং অসিদা কোন্না শরিক পায়বী ওইরকলিবী অমাইবী অমগী খুদম মাকলংগী (সনাজাওবী)।

## ১১। অমাইবীগী ফিজেৎ :

অমাইবীনা শেৎপা ফিজেত্তি পুমঙৌনি। মসিগী মতাংদা পঞ্জনীংবা ব্রাফম অমনা অমাইবী অহানবা চঙলকপা মতমদদি ফি অঙৌবা শেত্তে। মাইবী অহানবা চঙলকপগী হৌনবী কানথা ইপাল থারবা মতুংদদি ফি অঙৌবা শেৎকনি। হরাওবা মতমদদি নিংথৌনা পীবা মনা ফি লৈরবদি মদু শেৎ-ইনগনি। মখোয়না শেৎলিবা ফিজেৎ অসিনা মখোয়গী মশক তাকপগা লোয়ননা মখোয় অসি অতৈ মীচম প্রজাশিংদগী থোইদোক হেন্দোকপা মগুণ লৈরবা মীশকনি হায়বসি তাকই।

অমরোমদা, অমাইবীনা ফি মচু অতৈ শেৎ-ইনবা য়াদে হায়রিবসিদি মখোয়না অতোপ্পা মচু শেৎ ইল্লুরগা মখোয়গী পূক্লিং ব্রাখলদা হৈনদবা থোকহল্লি। মরমদি মখোয়দি অতোপ্পা মীচমগী পুন্সিগা মান্ননা চৎপা য়াদে। মখোয়গী অখন্নবা চেকশিনবা পুন্সি মরেল অমা লৈ। মীচম মীয়ামগী পুন্সিগা মান্ননা চৎপা তারবদি মখোয়গী পুন্সিদা অকায়বা লাকই অমসুং পুন্সি তেল্লি হায়না চেৎনা থাজনৈ। অঙৌবা ফিজেৎনা অরু-অপান ওইদুনা শেৎলগা মখোয়না খোইয়ুম লাইগা হকথেংনরিবনি। মরম অসিনা অতৈ মচু মবাংগী ফিরোল শেৎপা ইনবা তৌনদে। লৈবাক নিংথৌগী বিচারগী অকনবা চৈরাক্লা পুনখিবা লৈবনা অমাইবীশিংগী তোপ তোপ্পা মশক তাক্লবগীদমক ফিজেৎ অসি য়েলহৌঙৈদগী খোইয়ুম লাইগী পরিং পথাপ কায়দনা শেৎন ইন্নরকপনি।

অমাইবীনা যুমদা লৈবা মতমদা অতোপ্পা মচুগী ফি শেৎচরবসু লাইগী থৌরম তৌবা মতমদদি ফিডৌ শেৎ ইনগনি। অমাইবীগী ফম ফমগী মতুংইন্না মখোয়গী ফিজেৎ অসিসু খেন্নৈ।

হিদং ওইরবী অমাইবীনা পুমডৌ ফনেক, ইন্নফি অঙৌবা, ফুরিৎ অঙৌবা (খুদাং ককপী) অমসুং শারোং শেৎকনি।

হঞ্জবী অমাইবীদি হিদং অমাইবীনা শেৎলিবা অসিগা চপ মান্না শেৎকনি, শেৎলিবা ফিজেৎ অসিগী মথক্তা হঞ্জবীনি হায়বা খঙননবগী নিংথৌগী মনা খূজি তান শিগনি।

শঙলাকপী অমাইবীগী ফিজেত্তি হঞ্জবী অমাইবীনা শেৎলিবা ফিজেৎ অসিমক শেৎকনি। খেন্নবা হায়ববু ফুবিত্তদি 'খুদাংচোনবী চাংক্রিক খায়বী' লিৎলি। শারোংগী মথক্তা নিংথৌগী মনা লমথাং খুল্হৎ (খুল্লক) ফংগনি। রেশম ফুরিৎ খুদাংচোনবী নৎত্রগা পাম্বোম য়াওবী লিৎকনি। লাই হরাওবদা খামেন চৎপা (খুমু চৎপা) ফি নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি অমাইবীনা শেৎনরমদে। হৌজিকী মতমদদি শারোংগী মহুৎশিন্না করিগুম্বা মতমদা খ্বাংদা য়েৎনরে।

মতাং অসিদা নীংশিংজনিংবা অমদি মমাঙঙৈগী মতমদা রেশম ফুরিৎ লিৎনরমদে। অমাইবীনা রেশম ফুরিৎ লিৎপা হৌখিবসি শ্রীযুৎবোধচন্দ্র মহারাজম্না হাক্তক্তগীনি।[২৫]

শ্রীযুৎ চূড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা লাই হরাওবদা নুপা অমাইবীশিংনা ফৈজোম শেৎলগা হরাওনরম্মী। শ্রীযুৎবোধচন্দ্র মহারাজ হাক্তক্তগীদি নুপা অমাইবীশিংনা চামার শেৎলগা হরাওনরম্মী। হৌজিক ফাওবা নুপা অমাইবীশিংনা চামার ফিজেৎ অসি শেৎনরি।[২৬]

২৫. *তাকপীরকপী* : **যুমশংবী অমাইবী**, লমদেং অমসুং *তাকপীরকপা* : **ফুলেন্দ্রো সিংহ**, মোইরাংখোম।

২৬. চোংথামচা জয় (ঙানবা) (পুয়া থম্বিরবা), **লৈশেমলোন অহুমশুবা পন্দুপ** (ফোঙদ্রিবা পুয়া) লা: ২১ গী পবেং ৯।

## ১২। অমাইবীগী মথৌ শাজৎশিং :

অমাইবীগী শিনফমদা অমাইবী অমনা পাঙথোকপা মথৌ শাজৎশিংবু চাউরাক্লা মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই, মদুদি—

(ক) লাই-তীনগা মরী লৈনবা, অমসুং

(খ) লাই-তীনগা মরী লৈনদবা।

### (ক) লাই-তীনগা মরী লৈনবা :

অমাইবীনা মীওইবগী নুংঙাই-য়াইফনবা অন্না-অনা কোক্নবা পুন্সি নুংশাংনবা লাই-তীন থৌনিবীরিবা অসিবু লাই-তীনগা মরী লৈনবা হায়না খঙনৈ।

লাই-তীনগা মরী লৈনবা অমাইবীশিংনা লাই-তাইনবগী এমুক শেমগৎ-শাগৎপগা মরী লৈনবা' অমসুং 'য়েখায় থিনগায়বগা শাগোন্নবা' হায়বা মখল অনী থোক্লা খায়দোকপা য়াই।

লাই-তীন খুরুম্বগী ওইবা অমাইবীগী মথৌ শাজৎশিংগী মনুংদা লাই হরাওবা, চাকলোন কৎপা, লাই ঈকৌখৎপা, স্নামহী পাখঙবা চেঙহোংবা, লাই ফত্তবা খায়দোকপা, শরোই খাংবা, কুম চনবা, থৌদৌ লাংদৌ তৌবা, খয়োম লাকপা অসিনচিংবা লাই-তীনশিংগী মফমদা তাইবঙমীগী নুংঙাই য়াইফনবগীদমক থৌনিবা থৌরমশিং চল্লি। লাই-তীনগী খুদম য়েংবগী ওইনা অমাইবীগী মথৌ শাজৎশিংগী মনুংদা মিংশেল কাওলোন য়েংবা, মঙদাবা, শেনমিৎ য়েংবা, চেঙবা হৈবা, চেংমিৎ য়েংবা, শিংগাই হুনবা, লাইমাং ফম্বা, শিং পাখায়বা, পাদমবা অসিনচিংবা খোইয়ুম লাইশিংনা তাইবঙ মীওইবদা মতম মতমগী ওইনা পীবা অফ-ফত্ত খুদমশিংগী অর্থ হনবা থৌরমশিং চল্লি। য়েখায় থিনগায়বগা শাগোন্নবা লাই তীনগী ওইবা অমাইবীগী মথৌ শাজৎশিংগী মনুংদা হীকাপ য়াইকাপ তৌবগী মরী লৈনব অমদি কনাগুম্বা তাইবঙ মীওইবা অমদা অশি-অনা, অশোক-অপন, শেৎনা খায়নবা, অমাং অতা অসিনচিংবা য়েখায় থিংগাইবা মখল কয়া থোকহনবগী মতাংদা অমাইবীশিংনা কোক্নবা লাই তাইনবগী থৌরমশিংগী মনুং চল্লি।

### (খ) লাই-তীনগা মরী লৈনদবা :

অমাইবীশিংগী মথৌ শাজৎশিংগী মনুংদা মহাক্লা চীংঙু লাইকোন নৎত্রগা লাইমাঙ নত্তবা ময়ুম ইংখোলনচিংবা অতোপ্পা মফমশিংদা পাঙথোকপা থৌবমশিংবু

চনবা য়াই। মসি 'অমাইবীগী শিনফমগা হকথেংননা মরী লৈনবা নত্তে, মহাক্কী পুন্সি থৌদাগী ওইবা অতৈ মথৌ শাজৎনি।

হৌজিক্কী মতমগী অমাইবীশিংগীদমক মশাগী অমাইবীগী শিনফম পাঙথোকপদা নত্তনা পুন্সি থৌদাগী ওইবা তোঙানবা অতৈ শিন্থাশিং মরু ওইনা পাঙথোকপা তাবগী ফিভম অমা লাক্লি। ফিভম ফৎলক্তবগা লোয়ননা অমাইবীশিংবু মীয়াম্না অতৈ লুনা খল্লক্তবা ময়ামগী চন্নফম চাউনা লৈরক্তবনা অমাইবী অয়াম্বনা অতৈ শেনথোক লম্বীগী পাম্বে থিদুনা হিংবা তারকই। অমাইবীগী শিনফমগী মথক্তা অতৈ অতোপ্পা শেম্থোক লম্বীগী শাগৈশিং ওইরিবশিংদি মরু ওইনা ফক শাবা, ফি (পাংয়োং) শাবা, কান্থা তুবা, ঙা ফাবা অসিনচিংবনি। ইমুং মনুংগী শেল থোকপা মচা মশুশিং য়াওরবদি অমাইবীগী শিনফমদা থোইদোক্লা অকায়বা লৈনদে। অতৈ শিনফম পায়দ্রবসু লাই-তীনগী থৌরম পাঙথোক্লবগী বার্ত্তন লাক্লবদি পাঙথোকপা যাদবা লাইগী থৌনি-থৌরম অদুম্মক মহৌশা ওইনা পাঙথোকই।

অতৈ মথৌ শাজৎশিংগী শিন্থা শিল্লম পাঙথোকপা মতমদা অমাইবীশিংনা মখোয়গী অমাইবীগী শিনফমদা অকায়বা লাক্তনবগীদমক অকক্লবা অথিংবা নিয়ম খরদি তঙাইফদনা ঙাক্তবা য়াদে। খুদম ওইনা খ্বাংগী ফি শাবদা শউনগী শনম মশাদা থেংনবা য়াদে; শনমগী শউনগী শনম্না মশাদা থেংলুরবদি তীন্নম্মী লাইনম্মী হায়দুনা মশাদা থেংনদে। অমাইবীগী লব্রাইদা ( কোকথক্তা) থোঙ্গৎলগা পোৎলুম পুবা য়াদে। কোক্তা অরুম-অরাক পুরুবগা মখোয়গী মশাদা অকায়বা ওই হায়না চেৎনা থাজনৈ।।

--( )--

*অহুমশুবা পন্দূপ*

# অমাইবীগী পুন্সি মরেল

অমাইবী অমা ওইনা থৌ হেক পুখিবা নুমিত্তগী মহাক্কা শিদ্রিবা ফাওবদি মাইবী অমগী মতিক ময়াই লৈ। পাঙ্গল শোল্লক্লবা লাইপাউ পীবদা নীংশা চনিং চাম্মাং শম্মরক্ত্রবা মতম অসিবাইদদি অমাইবীগী ফম থাদোক্লরক্লে। অদুবু মহাক্কী মতিক ময়াই অদুদি শীঙথানে। অমাইবী অমা ওইনা মশাগী মপাঙ্গল কন্না লৈরিঙৈ মতমদা মহাক্কা কোয়চৎ চত্তুনা মচা সেবকশিং থিরুদে। মহাক্কা কল্লিঙৈগী মতমদা মচা সেবক ওইগদৌরিবীশিং অদুনা অয়ুক নুংথিল নুংদাং খঙদনা মমা-গুরু থিদুনা চেল্লকই। উন্নরগা মমা গুরুদুবু শকখঙনদ্রিঙৈদা 'ঈমা' হায়দুনা খুরুম্মী। অদুদগী মমা গুরু অদুনা মচা অদুবু য়োখৎপী, শেপ্পী। লাইগী কাঙলোন, লাইপাউ অসুম্না চেনগদবনি হায়না তাকপি। তাকপি-তম্বিবা লোইরগা লাইগী থৌরম কয়াদা পুদুনা চৎলি। মদুদা খঙহল্লি উহল্লি, থৌরম্না মশক তাক্তুনা তম্বী। মচা গুরু অদুনা হৈরক শিংলক্লগা মমা গুরুগী মতেং ফজনা পাংই মমা গুরু অদুনা অহল ওইরদুনা পোৎথারবা মতমদা মচা গুরু অদুনা অমুক মমা গুরু ওইদুনা অতোপ্পা মচা সেবকশিং শেমগৎলি। শেমগৎলিবা অসি মানা কোয়থি থিরুবা নত্তে। অসাইগী মচা গুরু সেবক্তুগী মতাং অসিদা কনাগুম্বী অমাইবী ওইগদৌরিবী অদুনা মশাদা লাইগী ইহুল লাক্লদুনা চোইরোল পারোন মান্না লাইপাউ তীনপাউ মশা নিক্তুনা হায়রক্লবা মতমদা মহাক্কী মমা গুরু অদুগী মমিং মথা পন্দুনা হায়রকই।

অসিগুম্বা মওং অসি লাক্লবা মতমদা মমা মপা ওইবশিংনা অহৈবা অমাইবশিংগা তান্নদুনা লাই নমশিন্নবা হায়বদি মাইবী ওইহন্দনবা হোৎনৈ। মতাং অসিদা অহৈবা অমাইবা-অমাইবী তান্নদুনা নীংথিনা য়েংবীহৌদ্রবদি শিবা ফাওবা

য়াওরিবনি। অদুবু হোৎনবমখৈ হোৎনরুরগা য়ারক্ত্রবা মতমদদি মমা মপাদুনা মহাক্না হায়রক্লিবা মমা গুরু অদু লাক্লগা মচাবু তাকপী তম্বীরে। অসিনি মৈতৈ অমাইবীশিংগী শিক্ষা। অসিবু ঐখোয়না য়েংশিল্লগা হায়বা তারবদি মশক উদবা খোইয়ুম লাই মহাক্না লৈপাক অসিগী য়াইফনবগীদমক শিনথোঙ শীল্লম অমা শিনবীদুনা অমাইবীশিংতনা পুগদবা মথৌ-মঙম কায়াৎলোল কয়া লাক্তুনা তাইবঙপানবা অসিদা থম্বীরম্মী। অসুম্না খোইয়ুম লাইনা মশাগী মতিক ময়াইবু শরুক খর খায়দোকপীরগা নমু তাইবঙ ওইবা অমাইবীশিংদা শিন্নবিরিবা মতিক ময়াই অসিনা উৎথোরকলিবা মীওইবগী থৌদৌ-লাংদৌশিং অসি কয়াদা মশীং য়ামথ্রবনো অমসুং থৌদাং চাউথ্রবনো? পুম্নমক অসি খন্থজরগা অমাইবীশিংনা খোইয়ুম লাইবু কিজবা অমদি মখোয়গী মফমদা থকসি-খাসি কায়নিংদবদগী লমচৎ-শাজৎ, চিঞ্জাক চাকহেন-য়েনহেন, চাহৈ-চীনহৈদবা পুম্নমক ঙাক্তুনা লৈপাক্কী থৌ পুই।

মীওইবা অমনা খঙদবা য়াদ্রবা মচাক কয়ামরুম অমাইবীশিংনা মহাক্কী পুন্সিদা খঙদবা য়াদ্রবনি। অমাইবী অমনা খঙদবা য়াদবা মচাকশিং অদুদি নীঙশা কাঙলোন, লাইরা-তীনরা, খম্মোই য়াম্মোই শেকনিং অমম-নোংলোল, হকচাং কায়াৎলোন, অসিনচিংবনি। অমাইবী অমনা য়ামদ্রবদা চহী খরদি মহাক্না লাইগী থৌ পাঙথোকপা ঙল্লিঙৈ মতম অসিদ অখঙবা অমাইবগা লোয়নরগা পুন্সি অসি করম তৌনা নুংঙাইনা লৈগদগে হায়বা কাঙলোনশিং মশাগীতা নত্তনা মচা সেবকশিংদা তাকপি তম্বীবা ঙম্নবগীদমক খঙনবা হোৎনৈ।

অমাইবীগী পুন্সি চেংজেন শাংবা তেনবা মীয়াম্না কৃপ্না খঙদ্রবসু চাংচৎ অমদা অমাইবীশিংগী পুন্সি চেংজেল শাংনা লৈ। অমাইবীশিংগী পুন্সিদা খোইয়ুম লাইগী শিক্ষানা মতম খর লৈপাক্কী ওইবা থৌরমশিংদা শরুক য়ারম্লগা লেমহৌরিবা পাঙ্গল ময়েং তারকপা পুন্সিদা খোইয়ুম শিক্ষা মতুংইন্না মীচম পুন্সিগী থৌদাংশিং পাঙথোক্তুনা পুন্সি পোল্লোই তাল্লি। মখোয়গী লেমহৌরিবা লাক্কদৌরিবা পুন্সিদা খোইয়ুম নোংদম অসি ওইগনি হায়বদি মখোয়সু নমু তাইবঙ মীনিনা খঙবা ঙমদে। তাইবঙ পুম্নমক্কী পুন্সি পোলোইদি চপ মান্নে। মরম অসিনা অমাইবীগী পুন্সি অসি শেম্বীবা মপুগী অনিংবা ফৌরোয় তুংইন্না লেনবা তাবনি। মরমশিং অসি খঙবনা অমাইবীশিংগী পুন্সিদা তেক্ত-কায়দনা লৈপাক্কী থৌগল মপৃং ফানা তৌবা ঙম্মী অমদি হৌরক্লিবা মচা সেবকশিং তুংগী চারোল শুরোল ফাওবদা কান্নহনবগী মমি অসি মখোয়না মপান্দা ফোঙদোক্তনা মনুংদা চেৎনা ঙাক্তুনা থল্লিবা পুন্সিগী মমল

য়াল্লবা শিন্থানি। অসিগুম্বা শিন্থাশিং অসিনা পুন্দুনা অমাইবীনা লেপ্লিবা পুন্সি অসিদা মখোয়দি লাইগা শাগোন্নরকপনি হায়না খঙনা খঙনা মখোয়না চেকশিন্না ঙাক্লা চৎলিবদি শরুক্ক খরদংদনি। লোয়নমক ঙাক্লা চৎপদি ঙম্বনি অদুবু লৈপাক্কী থৌপুবদা মথৌ চিনবনা হায়রিবা কাঙলোনশিং অসি লোয়নমক ঙাক্তুনা চৎপদি ঙমদে। পুন্সিনা ময়াই চনশিল্লক্কবা লৈপাক্কী থৌপুবদা খর ব্বারক্কবা মতম অসিদগীদি হায়রিবা কাঙলোনশিং অসি ঙাক্লা চত্তুনা লাইগী খুয়া তান্দ্রিবা ফাওবা অঙম্বা থৌদাং লৌদুনা চেৎনা হীরমশিং অসি ঙাক্লা মতম লেনবনা অমাইবীশিংগী লেঙদ্রবা থৌদাংনি। অহল ওইশিল্লক্কবা মতমদদি মখোয়গী মশাগী পুন্সি অদু শিদ্রিফাওবগী অঙম্বা শিন্থা পাঙথোক্তুনা অনৌবা মপোক অমা পোক্লকপদা অফবা মতিক ময়াই লৈবা মীওই মপোক্তা পোক্লক্কবা অমদি খোইয়ুম লাইনা তম্বা শিন্থা অদুমক ইননবা লাইনীং চেৎতুনা পুন্সি লেনবা তাবনি।

## ১। অমাইবীনা চৎকদবা লমচৎ শাজৎশিং :

অমাইবীশিংগী থোইদোকপা পুন্সি মরেলদা মখোয়না করম্বা লমচৎ চৎকদগে হায়বসি অমাইবী খুদিংনা তঙাইফদনা খঙদবা য়াদ্রবা ব্বাফম অমনি। মখোয়না চৎকদবা লমচৎ শাজৎকা অতৈ মীচম নুপা-নুপীশিংনা চৎনরিবা লমচৎকা খেন্নে। অমাইবীশিংনা মখাদা পঞ্জরিবা লমচৎ নিপান অসি তঙাই ফদনা চৎকনি। মখোয়শিং অদুদি —

১। মরাল য়িমনুংশেংবা (পূক্লিং হকচাং শেংবা)

২। শমু মহাকথকহন্দবা (মশা নান্না লৈবা)

৩। উনপি পূক্লিং লেপ্পা (অচুম-অরান মশক খঙনা লৈবা)

৪। য়াথং ব্বাচুম শুবা (অচুমবদা হায়বা)

৫। য়াইপি থব্বায় (মশাগী থব্বায়গী মতিক ময়াই ঙাক-শেনবা)ঙাকপা।

৬। তরা চাতংশেংবা (মচং ওইবা অশেংবা চিঞ্জাক চাবা)।

৭। মপুরোই লুমতিন থৌবু অথৌ হুপু ওইরকপা (য়ূম্বালোন মশক খঙবা)।

৮। পথুপ লৈনেম পকপা ( খোইয়ুম লাইবু চেৎনা থাজবা)।[২৭]

২৭. চোংথামচা জয় (ঙানবা) (পুয়া থম্বিরিবা), **লৈশেমলোন অহমগুবা পন্দুপ** (ফোঙদ্রিবা পুয়া) লা: ২১ গী পবেং ৯।

অসুম্না মথক্তা পনখ্রিবা লীচৎ নিপাল অসিবু অমাইবী ওইবীশিংনা ঙাক্লা চৎলবতদা মখোয়গী মতিক ময়াই হেনগৎপদা নত্তনা লৈপাক্কীসু থোইদোক হেন্দোক্লা য়াইফবা ওইগনি। অমাইবী খূদিংমক্লা মতম খূদিংমক্তা হায়রিবা লমচৎ নিপাল অসিবু ঙাক্লা চৎকদবনি। য়ুম্নাক শাগে হোংলবী অমাইবীশিংসু লমচৎ মখল নিপাল অসি ঙাক্লা চৎকদবনি।

## ২। অমাইবীশিংনা থাদোক্কদবা লীচৎ :

অমাইবীশিংনা মখাদা পল্লিবা লমচৎ শাজৎশিং অসি চৎহৈদে :

১। উনপি পূক্লিং য়াংপা (হায়নি হায়রোই খঙদনা হায়বা)

২। কলচাউ মৈরা থোকপা (অশাউবা ঋাহে খোনফম কনবা)।

৩। লনপাম ঈখৌ লাংবা (শেল য়াম্না পাম্বা)।

৪। পূক্লিং অঙক চঙবা (মশাগী অনিংবা থুংনবা হোৎনবদা ফংহৌদ্রগা নুংনাংবা)।

৫। য়েক্লু পাওনাই চেনপা (ঋা অকনবা ঙাঙবা)

৬। নাপল ময়াই কাবা (ঐনা মহেল্লে হাযদুনা চৎপা)

৭। মীনম খুরান হৈবা ( লৌনম তৌদুনা ওইজবা থিবা)।

৮। লৌশিং লাংথাক কনপা (ফত্তা লৌশিং তৌদুনা মীগী মাঙনবা তৌবা)[২৮]

মথক্কী শাজৎশিং অসি অমাইবী ওইবীশিংনা তঙাইফদনা থাদোক্কদবন। ফত্তবা লমচৎশিং অসি চৎলবদি মখোয়দা খোইয়ুম লাইনা পীনবিরিবা মহৈ অমসুং মতিক ময়াই অদু মমি শামথরকই। মসিনা মখোয়গী পুন্সিদা অমাঙবা ওইরকই। মরম অসিনা মখোয়না মতম পূম্নমক্তা চেকশিনবা পুন্সি মরেল অমা লেনগদবনি।

অমাইবীশিংনা লমচৎ নিপাল অসিবু ঙাক্লা চৎলবদি মীওইবগী অফবা যাইফবা ওইনৈ হাযবসি মঙাং গুরু লাইনিংশিংনা লুঋাং শলাই হনবদা তাকখিবা ঋারোল খবদগী খঙবা ঙম্মী :

২৮. মথক্কী নং ২৬ কা মান্নে।

*তাইবঙ নোংশাপানগী নমু পোংওইবা অসিদা খোইয়ুম লাইরমলেনগী খাখন লমচৎ হৌনবা অসিনা থৌরম মরু ওইরিবা অসিদগী য়াইফবা মতিক অথোইববু চাউখৎনরিয়ে। তাইবঙ নোংশাপান অসিদা খায়েন লমচৎ অচুম্বা অসিবু নত্তনা য়াইফ মহৈ পান্নববু পুন্না লৈতে।*[২৯]

হায়রিবা লমচৎশিং অসিবু ঙাক্না চত্তুনা অমাইবীশিংনা লেল্লকলিবা পুন্সিগী মঙাল অদু লৈপাক অসিদা পাকসন্না শন্দোকলি। লমচৎশিং অসিগী মপান্না ঙসিগী তাইবঙদা অমাইবীশিংগী লেল্লিবা পুন্সিদা থাদোক্লবা য়াদ্রবা মশক্কী লৈতেং অমগুম্না শাগোন্নরি। শাগোন্নরিবা অসিমক্না অমাইবীশিংগী লেল্লিবা পুন্সি মরেনগী শক্তম উৎলি। লমচৎশিং অসিগী মপান্না অমাইবীশিংনা লেল্লিবা পুন্সি মরেল ওইরক্কদৌরিবনি।

## ৩। অমাইবীশিংনা থা থাদা পাঙথোকপা থৌরম :

অসিদা নত্তনা অমাইবীশিংনা থা থাগী ওইনা লৈপাক্কী থৌরম কয়ামরুম পাঙথোকই। পাঙথোকলিবা থৌরমশিং শন্নপ্না লৌখৎচরি।

শজিবু থাদা কোংবা লৈথোং ফাৎতুনা শজিবু লৈফুন ফুন্দুনা কুমগী লাকয়েন তাইবগী থৌরম পাঙথোকই। অমাইবা অমাইবীশিংনা শরোই খাংদুনা তীনমু লাইমু তাম্থোক্তুনা থৌনি। উমংলাই মাপল (৯) মায়কৈ ঙাকপা লাইফম পূম্নমক ঈরাৎ থৌনি তৌই।

কালেন থাদা লাইয়িংথৌ নোংশাবা, লাইনিংথৌ পাখঙবা অনীগী চেঙহোংবদা অমাইবীনা ঈরাৎ থৌনি তৌই। নিংথৌ অমসুং অঙম অথৌনা লাইথোং খূদিংদা লৈ কক্তুনা থৌনিয়ে।

ইঙা থাদা লৈপাক শীনবা থুংনা কুরাক লমতাইয়ে। মঙাঙ শলাইগী অপোকপা খুরুমএ। লাইয়িংথৌ সমামহী চেংহোঙএ। কুমগী লাইজ ঈনিদুনা, নোংজু নোংশা ফবা মহৈ মরোং চূম্ববু থৌনিয়ে।

২৯. ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র (সম্পাদক), **খগ্নাংপা খারী অছইরোন** (ককচিং, সম্পাদক মশা, ১৯৭৭), লা: ৩৬।

ইঙেল থাদা পোইরৈ খুলগং খূদিংমক্তা কাওরেন সন লাই তাদনবা ঈরাৎ থৌনি তৌদুনা শামি কৌহ।

থবান থাদা কোরৌ ঈনোং থৌবু ঈরাৎ থৌনি তৌহ। খোইয়ুম লাইফম খূদিংমক্তা হৈ- হৈ কৎনা থৌনিয়ে।

লাংবন থাদা পোইরৈ শাগে শালাই পূন্নমানা অপোকপা খুরুমএ। নিংথৌনা অঙম অথৌনা খোইয়ুম লাইফম খূদিংদা, হৈ- লৈ কৎনা থৌনিয়ে। কবো মরমসুনা লৈয়াম পুরক্তুনা নিংথৌদা অঙম অথৌদা লৈপাক্তা লৈ য়েল্লে। লাইজ ঈরৈমাবু ঈরাৎনৈ।

মেরা থাদা অমাইবা অমাইবীনা লৈমা নিংথৌ লৈপাককী পুনসি নিয়ে।

হিয়াঙ্গৈ থাদা কোংবা হী মরুদা শীংলেন মনম নাইবা কত্তুনা তাঙজা লিনবু ঈরাৎলি। অমাইবা অমাইবীনা হি তোংদুনা লাইফমশিং কোইনা চত্তুনা ঈরাৎলি।

পোইনু থাদা নিংথৌগী অমাইবা অমাইবীনা য়েন অমুবী ওক্লচিংবা য়াওনা ঈরাৎতুনা ফৌওইবী খুরুম্মী। ফৌমী কৌহ।

বাকচিং থাদা লৈপাক পূন্নমক্রা ইমোইনু অহোং অচাওবীবু ঈরাৎ থৌনি তৌহ।

ফাইরেন থাদা অঙম-অথৌশিংনা থেনকৌরোন শাদুনা লৈপাক নিংথৌগী পূন্সি নুংশাংনবা থৌনি। অমাইবা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাইপাউ চেল্লি।

লমদা থাংজা অহানবদা অমাইবা অমাইবীনা শরোই খাংদুনা তিলমু লাইমু তাল্লি।[৩০]

৩০. য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র (সম্পাদক), থালোয় নোংখায়রোল (ইম্ফাল, সম্পাদক মশা, ১৯৮৬), লা: ৩-৪২।

### ৪। থাবানগী মতুংইন্না চাহে চিলহৈদবা পোৎলমশিং :

অসিদা নত্তনা থাবান থাবানগী চাহৈ চীলহৈদবশিং কযামসু লৈবি। মখোযশিং অসি অমাইবী ওইবীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না ঙাক্কদবনি। থাবানগী ওইনা চাহৈদবশিংদি :—

| *থাবান* | *চাহৈদবা পোৎলমশিং* |
| --- | --- |
| নোংমা পানবা | যেলাং, মাইবেল চাহৈদে |
| নিনি পানবা | খোযা খোইদোংবা (উশোয) চাহৈদে। |
| হুমনী পানবা | যেলাং তোনাবা (চৈশা)* চাহৈদে। |
| মবিনি পানবা | মপাল খোংনাং পশোৎ পাযগুম্বা সাঙ্গৌই মৌইশাযাঙ্ব মালেম মবোন চৎপা য়েনবু চাহৈদে। |
| মঙানি পানবা | তাউচিং পন্দোম হৈ শ্রীফোন* তাউচিং হৈবা চাবু চাহৈদে। |
| তরুকনি পানবা | কোংযাং উশোয চাহৈদে। |
| তরেৎনি পানবা | যেলাং হাপু* চাহৈদে |
| নিপান্নি পানবা | পামেল উতোনথক্কী তাউজিং মীকোয থোংবু চাহৈদে। |
| তর্ব্যানি পানবা | কোমলা অমসুং লফোই চাহৈদে। |
| তবামাথোই পানবা | চাব চাহৈদে। |
| তবানিথোই পানবা | হঙ্গাম চাহৈদে। |
| তবাহুমদোই পানবা | উযেন নাপাকপা শঙলৌ সুংনাইপবু চাহৈদে। |
| তবামবিনি পানবা | শঙলৌ নোংমানখা চাহৈদে। |
| তবামঙানি পানবা (থানিল/থাশি) | শঙলৌ নোংমানখা চাহৈদে।[৩১] |

* **য়েলাং তোনাবা**- চৈশ্রা তীল, শ্রীফোন- হৈখাগোকুম্বা হৈ অমা, যেলাং হাপু- যেলাং তাকুপ্পা।

৩১. নাম্বৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ (পুয়া থম্বিবিবা) **থাবানগী চাহৈদবা** (ফোঙড্রিবা পুয়া)।

চাহৈদবশিং অসি চারবদি পুন্সি ময়েং তাবা, হকচাং লাইথুং পকপা, শাগৈ ময়েং তাবা পূক্লিং খাম্বি মৈশা লাংবা, অসিনচিংবা থোকই হাযনা লৌনৈ।

খোইয়ুম লাইনা পীনবীবকপা মতিক মযাই ঙাকচনীংবা অমাইবীনচিংবা মী অথোইবীশিংনা ঙাক- শেনগদবা থাবান-থাবানগী ওইবা চাহৈ চিলহৈতবা পোৎলমশিংগী পল্লম্মী। পুযা অসিগী মতুংইন্না থাবানগী ওইবা চাউবাকপা চাহৈ-চিলহৈদবশিংদি:

মাকমৈ মবেং হাংদনা চাহৈ চিলহৈদবা

| থাবান | য়েন্নাংঙা (যনা-যমীং) | শা | হৈলাং | লৈলাং (হৈ) | (লৈ) |
| --- | --- | --- | --- | --- | --- |
| ১ | হৱাই থাংপাক মান | ঙালেন (ঙরেন) | শা তংহৈতে (শা খুদিংমক) | হৈরিৎ | চাহই লৈনামান |
| ২ | য়েনা, থাংখা | ঙাপূম | থালিসা | হৈ মমিং থালমদে (হৈ খুদিংমক) | লৈপাকলৈ |
| ৩ | থামেন | ঙা তংকদে ঙা খুদিংমক) | শা তংকদে (শা খুদিংমক) | হৈতোই (হৈত্রোই) | লৈহাও |
| ৪ | হৈবাক | ঙাকিচালৌ, (ঙাকিচৌ) | বুথুম | মোকতোক ( মোকতোক হৈ) | কবোকলৈ |
| ৫ | ককচাক | ঙাপূং থলাও | কাইলৈ য়েনশা (য়েন) | হৈচাং নমপোনপি (হৈশাং) | কোনপিলৈ (কোম্বীরৈ) |
| ৬ | কপোং য়েন্নাং (কম্বোং) | ঙালেন (ঙারেন) | ঙানূ | কুমপাহৈ (চূহৈত্র) | নুংকালৈ (নুংপারৈ) |
| ৭ | চিংকুমনালিন (অনানবা চিংকুম) | ঙাশেপ | পোলোম (পোরোম) | হৈলাংথোই (হৈরাংথোই) | লৈশং |
| ৮ | লোকলৈ | ঙা তংকাতে (ঙা খুদিংমক) | শা তংকাদে (শা খুদিংমক) | হৈ লাংকাতে (হৈ খুদিং.) | লৈ লাংকাতে (লৈ খুদিং.) |

| থাখাল | ম্রেল্লাং (মনা-মশীং) | ঙা | শা | হৈলাং (হৈ) | লৈলাং (লৈ) |
|---|---|---|---|---|---|
| ৯ | হৈকক ম্রেম্রি | শালেং খোইপি (শারেংখোইবী) | থালোই (থরোই) | তাওচিং তু চুপা থূদিং | তিংথৌ |
| ১০ | কেচোই | ঙাচিং (ঙাজিং) | ম্রাইথু | নূলাহৈ (নূলাহৈ) | লৈশোক্রে |
| ১১ | চাকহ্রাই (চাকহাউ) | ঙানপ | ম্রাহি | হৈলুকোকতোং (হৈককোথোং) | লাংথে |
| ১২ | হংকাম (হঙ্কাম) | ঙালিন (ঙারিন) | থুনু | হৈপোং (হৈবোং) | থমপ ন (থম্বাল) |
| ১৩ | ম্রেলতেম (ম্রেন্দেম) | ঙাশমশেৎ (উকাবী) | মকু | চম্পা | মচু ও |
| ১৪ | হবাই পান হৈথৈশিক (হব্রাই) | ঙাতুপ | নাওশেক | হৈজাং, হৈক্রু | মোতোম্রে |
| ১৫ | মাইলেন (মাইরন) | ঙা তংকাতে (ঙা থূদিংমক) | শা তংকাতে (শা থূদিংমক) | হৈ তংকাতে (হৈ থূদিংমক) | লৈ লাংকাতে (লৈ থূদিংমক) |
| ১৬ | পেলুক (পেরুক) | ঙামু (ঙমু) | শেনতাং (শেঞ্জাং) | হৈমাং | ক্লি লৈ |
| ১৭ | হব্রাই তুংনাইপা থৈশিক) | ঙামু (ঙমু) | লংহৈশো | হৈ ওংকাতে (হৈ থূদিংমক) | অম্রা লৈ |
| ১৮ | ম্রেল্লাং | ঙাশেপ | খেপা (খেবা) | কাংগ্রো | কপোকলৈ (কবোকলৈ) |
| ১৯ | কংলাম্রেন | ঙাজেল | উলোক (উরোক) | থাাপ (থবি) | অম্রা লৈ |
| ২০ | ম্রেলথুমাং | ঙাকালা (ঙাক্রা) | তোকথা হোতোং (হোদোং) | পেলাপ কানহৈ | থাকি লৈহাও (থাম্বীলৈহাও) |

| থাবান | মেয়াং (মনা-মবীং) | ঙা | শা | হৈলাং (হৈ) | লৈলাং (লৈ) |
|---|---|---|---|---|---|
| ২১ | জাবুমান | ঙাশাং | চালোই (চরোই) | হৈয়িৎ-হৈলি (হৈরিৎ-হৈরি) | থোবুকলৈ |
| ২২ | চেংক্রুক | ঙমহাই | শা-শল | পোংহৈডোন (পোংদোল) | সনালৈ |
| ২৩ | চেংক্রুক (লকু) | ঙাখি | কাংচু | লাকোই (লকোই) | নুবিৎলৈ |
| ২৪ | খোমজুম (খোংজুম) | ঙালোই (ঙানোই) | রোকলেন | হৈজুগ | নুবিৎলৈ |
| ২৫ | য়োংচাক | পেংগা (পেংবা) | রোকলেন (ওক) | হৈনৌচোম (হৈনৌজোম) | নুবিৎলৈ |
| ২৬ | পানথোক পান | ঙাচৌ | য়িলোই (ইরোই) | হৈনৌ | শংকোংলৈ (শাংগোংলৈ) |
| ২৭ | কৌবা | ঙাহৈ | চোংঙা | হৈলি (হৈরি) | কুয়াওমশাল (কুয়াও মশাল) |
| ২৮ | হোৎলু ভুমশা (মরী চৎশা ভুমশা) | ঙাথা | কৌচেং (কৌজেং) | লকোই ওয়াপোৎ | লকলিক (লক্রিক) |
| ২৯ | মংক্রা মনা, (মন্ত্রা) | ঙা ভংকাডে (ঙা থুদিংমক) | শা ভংকাডে (শা থুদিংমক) | হৈলাংকাডে (হৈ থুদিংমক) | পেক্রুকলৈ |
| ৩০ | হয়াই-থাপাক মডোন (হয়াই থয়াক মডোন) | ঙায়াংচাক | শেকপি মালহৈ | হৈথা | কুসুমলৈ |

৫। থাবুম ১২ মক্কী চাহি চীনহৈদবা অমসুং থাগী মাকমৈ নামুংনবা, থাবানগী মাকমৈ নামুংবা লৈশেমলোন[৩২] পুয়ানা থা থাগী লাইনা চাহৈ-চিনহৈতবা পোৎলমশিংগী মবমদা পল্লম্বশিংদু লৌখৎচরি:

| থাবান | য়েন্নাং (মনা-মশীং) | ঙা | শা | লৈনাং (লৈ) | চাক্সবদা হংবা মতৌ |
|---|---|---|---|---|---|
| সচিফু (শজিবু) | লম্বু, লম্বুখয়ো ফুনিল | ঙাসেপ শমপাংগী | য়ালো শচি (শজি) | লাংবা লাংডোন (লাংমবা লাংমডোন | পাঙ্গল মন্নেং ডানা শকলেন কুচু মাংলে। |
| কালেন | লোকলৈ, পুলৈ শংলৌ য়েলথুমাং | ঙাকালা (ঙাক্রা) | শাঙাই থানিসা | শীংলেন কোনপিলৈ (কোম্বীরৈ) | মনু নুংশিৎ লাইখুং থুংঙে |
| মিঙা (ইঙা) | কোমপ্রেক, য়েন্নাং | ঙাশেকপা | কাংঙা ঙকসাংশী (কাংঙা) | শীংলেল সংকুলৈ সেং-কুপলৈ লৈপাক্লৈ | শীংলেল মাইখিপা মাইখিপা হুনা পোকপি লাইখুংঙে |
| মিঙেন | ককয়েন উয়েল, উচিনা | ঙালেন (ঙামেন) | কাইলেয়েন (য়েন) | হাওলৈ, ইঙেম্লৈ | লাইলেল মিশিয়েকও ওইনা লাইখুংঙে |
| থৱান | লোকলৈ, পুম্লৈ কোথা | শলেঙখোইবি (শরেং-খোইবী) | শলঙঙ (শম্বং) | য়েকমলৈ কমোক্লৈ | খোইমুম রুপা লাইশূলাইখুংনা শামু হকচাং নিকপনে। পুকলাই লমপূন থুংঙে। |
| লাংবন | পানথোক য়েনপম ভেকওা | ঙালিন ঙাম্লাংচাক | ঙানু থানা লৈতুংঙা | উলিলৈ, নুংখালৈ (উবিরৈ, নুঙ্গারৈ) | |

৩২. চোংথামচা জয় (ঙানবা) (পুয়া থম্বীবিবা), লৈশেমলোন অরিবা ফোঙড্রিবা পুয়া, লাতম ১৬৮)

| থাবান | য়েন্নাং (মনা-মনীং) | চা | শা | কৈনাং (হৈ) | চাক্সবা ফংবা মহৈ |
|---|---|---|---|---|---|
| মেরা | মাইলেল (মাইরেল) | মনেঙ (মরেং) | ৱাহোং ৱাইনু শঙাই লাগা (শঙাইলাবা) | পেক্রকলৈ খোংথুমৈলৈ (খোঙঙমেলৈ) | শীংনি লিনি ভংবা পুনসি লাইথুং থুংঙে |
| হীয়াংকৈ | হংকাম পেলুক রুরেল | ঙেহাই, ঙাক্রব | ইরোই, রুলিং | থরো (থরো) নুমিৎলৈ | লাইঙাগী চাঙম লাইথুং থুংঙে |
| পোইনু | শেগোৎ (শেবোৎ) | ঙাকালা ঙাক্রা) | শাকুলাংহৈ | লাংথ্রে কবোকলৈ | য়াগী চাগুম লাইথুং থুংঙে। |
| ৱাকচিং | রুশোয় শোয়চিন হয়াই গুংনাইপি | ভাড়ুপ ঙাগাং | ঙেকপি য়োকচাও | (লৈনি, লৈশঙ (লৈয়ি, লৈশং) | খোইলাই কোকচিক লাইথুং থুংঙে। |
| ফাইরেল | কৈচা ককচেং য়েনগৎ | ঙাখা | থীংজু (থেঙ্গু) | ফাকলৈ | পামন য়োহৌ লাইপু লাইথুংঙে |
| লমতা | হয়াইখাংপাক কেঙোই, হয়াইলিনাইপা | ঙাকিচালো (ঙাকিজো) | খেবালোইশো শয়োন শমফাপি | নোংগোকলৈ মোতোকলৈ (নোংগোকলৈ মোদোলৈ) | কামপি ফুগাম লাইথুং থুংঙে। |

অসিদসু নত্তনা লোইজিংলোন৩৪ কৌবা পুয়াদসু থাবুম ১২মক্কী চাহৈ চীনহৈদবা অমসুং থাগী মাকমৈ নাবুংবা, থাবানগী মাকমৈ নাবুংবনচিংবসু পল্লম্মী:—

| থাগী মমিং | নাবুংবা | চাইথেবা | চিনথৈবা | মহৈ |
|---|---|---|---|---|
| শজিবু | ৮,২১ | লমুঙরো, মুনিল | লাংবডোন | পুক্লিং য়াই, পাক্কল কুচু মাংলে। |
| কালেন | ১৪, ১৯ | লোকলৈ, পুন্নে, য়েংথুমান | কোমথীলৈ | পুনসি মরেং ভাই নুংশি কমবা পোকই। |
| ইঙা | ৩, ২৩ | কোমগ্রেক | শংত্রে, লৈপাক্নৈ | হয়া লাইথুং পোকই। |

৩৩. তখেল্লম্বম কুমাব সিংহ (পুয়া থম্বীবম্বা), লোইজিং লোন পুয়া।

| থাগী মমিং | নাম্বরশিং | চাহৈদবা | চিনহৈদবা | মহৈ |
|---|---|---|---|---|
| হিয়েন | ৮, ২১ | য়েনশৎ, ককলা, কোবলা | হাওবৈ, থয়ো | য়াহৌদা য়ায়াম্মে লাইরেল ঊশিং লাইথুংঙে। |
| থয়ান | ১, ২৫ | লোকলৈ, পূপ্লে | য়েক্রুবলৈ, থয়ো | ঊপরাই লাইথুং পোকই। |
| লাংগন | ১, ২৪ | পানথোক ডেকপ | উরিবৈ, নুঙ্গাং | পুকনাই লমহুন পোকই |
| মেরা | ১২, ২৭ | মাইরে মতোন তোকনিংকোক | থায়ম লৈপোক পেক্রুকলৈ | শিংলি শোক্লা লাইথুং পোকই |
| হিয়াঙ্গৈ | ৯, ২৫ | হয়াম, পেক্রুক | নুমিৎলৈ | য়ারি লৈথাদা চুম্ব লাই পোকই |
| পোইনু | ১২, ২৭ | শেবোৎ, শেবোৎ লিনমানবী | লাংথ্রে, করোকলৈ | য়ারিদা চুম্ব লাই লাইথুং পোকই। |
| য়াকচিং | ১২, ২৭ | উশোয়, খোয়জিন তেংনৌমানবী | লৈরি-লৈশং | লাইনা শা ওই কৈনা তাথি খোইরাই কোক চিকপা পোকই। |
| ফাইরেল | ১৪, ২৯ | কৈজা-ককচেৎ | মনালৈ | অহোরাই লাইথুং থুংএ |
| লমদা | ১২, ২৭ | হয়াই থাংপাক কেংতোই | নোংপোক লাংথ্রে মতোন | লংকৈদা শি কশীরাই লাইথুং থুংই। |

মাকমৈ থাবান ৩০মাদা চাহে চিনহৈদবা

| থাবান | চাহৈদবা | চিনহৈদবা |
|---|---|---|
| ১ | হয়াই থাংপাক, হৈয়িৎ তোয়বোৎ চাহেদে | লৈশং |
| ২ | য়োংথুমান, লৈপুং থাংজা | লৈশাকলৈ |
| ৩ | থামেন হৈত্রোই | লৈহাও |
| ৪ | হৈকক মোতোক হৈ, মূলা | করোকলৈ |
| ৫ | ওকচাকথোম্বী, হৈজাং নমপোমবী, হৈ থাথোক | কোমবীরৈ |

| থাবান | চাহৈদবা | চিলহৈদবা |
| --- | --- | --- |
| ৬ | কমবোং মোলজামহৈ নিম | নুংথাম্বৈ |
| ৭ | চিঙ্গুম, হৈখামোক, কোনা | লৈশং |
| ৮ | লোকচৈ, মুখী, হৈ পুম্নমক | লৈ পুম্নমক |
| ৯ | মণিং কোনথোল, চুমরৈ | চীংগ্রাও |
| ১০ | কেকোই নুম্নাহৈ, খোংক্রুম | থাম্বম লৈশোক |
| ১১ | হম্নাই চুমী | চম্না চাকহেন থা |
| ১২ | য়েম্নাং, হম্নাম হৈবোং | থম্বাল |
| ১৩ | য়েনদেম চন্দ্রা থাবেন | হলুবৈ |
| ১৪ | কাছারী, হৈবা শয়োলহম্বাই | মোদোম্লৈ |
| ১৫ | মাইরেন, হৈয়ুং চাহৈদে | লৈ থাম্বমদে |
| ১৬ | য়াংগল হৈয়াং, ভোমবোং | উম্নিবৈ |
| ১৭ | হম্নাই, ভেংনোমানবী, লৈপুংথাংগা | অবাম্বৈ |
| ১৮ | মোমুন, কাংগ্রো | কবোকলৈ |
| ১৯ | কোমপ্রেক, কোমপ্রেক ভাউৱা, খবী, মম্না | মম্নাম্বৈ |
| ২০ | য়েংখুমান, হৈখামোক | থাম্বী লৈহাও |
| ২১ | চমুমান, শমংভম্বৈনিম | মুমুকলৈ |
| ২২ | হম্নাইমকল, হম্নাইমভোন হৈখা, কোপা | কুশুমলৈ |
| ২৩ | চেংক্রুক, পুংভোল | সনাম্বৈ |
| ২৪ | লমু, হৈবোংকাক, খোংক্রুম | নুমিৎলৈ |
| ২৫ | খোংক্রুম, হৈতুপ, কোলমথি | মমিং থাম্বমদে |
| ২৬ | শমীৎ, হৈনৌজোম, হম্নাই চুমি | নুমিৎলৈ |
| ২৭ | পাংখোক, পাক্ষোং, হৈনৌ | মমিং থাম্বমদে |
| ২৮ | কোথা, হৈবী, থাবেন | কুম্নাওমাপাল |
| ২৯ | হোংকু, মকোই, শযোলহম্বাই | লকুমিৎ |
| ৩০ | মম্না, য়েনমুম | পেক্রুকলৈ |

৩৪ তখেল্লম্বম কুমার সিংহ, (পুয়া থাম্বিবম্বা), লোইজিংলোন পুয়া, ফোঙদ্রিবা পুয়া।

হাযবিবা য়েলহেন্নশিং অসিদগী অমাইবীশিংনা মকুওইনা চাবোইদবশিং অদু মথং মথং ওইনা লৌখৎচবি:—

**মনামশিং** : কেঙোই, ফুনিল, পালং শাক।

**ঙা** : ঙাকল্লৌ, ঙমহাই, ঙাক্রো, ঙাসেপ, শবেংখোইবী, ঙানপ অঙাংবা, ঙাখা মৈতাংবী, ঙাচিক, ঙাশেকশা, ঙাপ্রুম, নাওশেক অমসুং ঙাপং।

ফুবা অমাইবীগা লোংমাই অমাইবীগদি খজিং অমসুং ৱাইখু চাবা যাদে। শংলেন অমাইবীদি চাবা যাই। মসিগী ফলদি চাকুবগা মিৎ শোকই অথিন-অবেং হৌই। মবৈ লৈযেং ফাই। শেনমিৎ যেংবা চুমদে। তীনমন লাইমন কাঙই।

**শীং** : হৈমাং, চবোৎ শীংনাং, কৌপী, তৌ, উতং, অমদি লাইবুঙৌনচিংবা শীং ওইনা মৈ থাবা যাদে। শাযগা উযুংগা শীজিন্নবনা খ্বাইদগী ফৈ।

**হৈ** : হৈবোং, হৈমাং, কাংগ্রৌনচিংবা চান্নদে।[৩৫] লাইপাউ চেনবা চুমদে।

চেঙহী ফুৎপদা শংব্রে চবোৎ মবা, হৌনানচিংবা থাপ্পা যাদে হাপ্পুববদি তীনমন লাইমন্নচিংবা কাঙই।[৩৬]

মৈতৈ অমাইবীশিংগী পুন্সি মবেল আসি যেংলুববদি মখোযনা লেল্লিবা পুন্সি মবেল অসিগা অতৈ মীচমশিংগী পুন্সি মবেল অসিগা মান্নদে। মখোয়গী পুন্সি মবেল অসিনা অতৈ মীচমশিংগী পুন্সদগী তোপ তোপ্পা লৈ হাযবসি মথক্তা নৈনখ্রিবা অমাইবীগী চৎনবী চাকচা ঈথক চাকহেন যেলহেলনচিংবা কযাসিদগী খঙবা ঙম্মী।

-- ( ) -

৩৫. তাকপীবকপশিং **অমুস্না অমাইবী**, ৱাংখৈ, **যুমশংবী মাইবী**, লমদেং।

৩৬. তাকপীবকপী . **যুমশংবী মাইবী**, লমদেং।

*মরিশুবা পন্দুপ*

# লাই-তীনগী শাজৎ

লাই-তীনগী শাজৎশিং নৈনদ্রিঙৈগী মমাঙদা অহানবদা 'লাই' কবিনো অমসুং 'তীন' কবিনো? হায়বা মশক তাক্লম্বনা হেন্না খুদোং চাগনি। মবম অসিদগী লাই-তীনগী মবমদা মখাদা শম্লপ্না পঞ্জবি।

## ১। লাই-তীন

যেলহৌঙৈদগী হৌনা তাইবঙ মীওইবন নুমিৎ-থা, থৱানমিচাক, মৈ, ঈশিং-নুংশিৎনচিংবা মালেমদা লৈবিবা অবেঙবা লেঙদবা, থৱায পানবা পান্দবা জীব অমসুং পোৎলম পূম্নমক অসি তাইবঙ মীওইবনা উবকপা থেংনবকপা হৌবকঙৈদগী মখোযশিং অসি কবম তৌনা ওইবকলিবনো, কদাযদগী থোবকলিবনো? কনানা শেমলকলিবনো হাযবনচিংবা কযা খন্থদুনা খঙবা ঙম্নবা থিজিনবা হৌবকলি। থিজিনবা যাবমখৈ থিজিল্লুবগা মীওইবা ঐখোযনা মশক মশা উদবা, লৈফমসু অবেপ্পা খঙদবা, মশাগী মপাঙ্গলদি মতৌ তম্বা ঙমদবমখৈ অঙকপা ফংনা লৈবা, মালেমগী পোৎলম পূম্নমক অসি শেমহন লৈহনবা অমসুং মাংহনবা ঙম্বা হাযবসি চেৎনা থাজনবকলি। অসিদা নত্তনা, তাইবঙ মীওইবা মপোকতা পোকখ্রবা থক্কী লাই ওইখ্রবা চীংঙু মাইচৌশিংনা তাইবঙ মীওইবা অসি কবম্না কদায়দগী কনানা শেমলকলিবনো কবম তৌনা ওইবকলিবনো হাযবনচিংবগী

মরমদা উনবী পূক্লীং চঙনা কূপ্না নৈনরবা মতুংদা ফংলকখিবা ব্রাখলগী অরোইবা পংখৈ অদুগী ব্রারোলশিং তুংগী মীরোলশিংগীদমক তাকপিরম্মী। মখোয়না মালেমগী পোৎলম অমসুং মতিক ময়াই পূম্নমক অসিবু ইরায় লায়না শেম্না ঙম্না মপু অমা লৈ হায়বা লেঙদবা ব্রাফম তাকপিরম্মী অমসুং পূম্নমকপু লায়না শেম্না ঙম্মী হায়বগী মহাকপু 'লাই' হায়না কোলোয়নরম্মী। মহাক্না তাইবংপান অসিদা থব্রায় পানবা পান্দবা পোৎশকশিংগী মওং মতৌ লীচৎ শাজৎ খোঞ্জেল থোকপা থোক্তবা অসিনচিংবা পূম্নমক্কী খেন্নবা শক্তমশিং লায়না উহল্লি।

তাইবঙপানদা হিংলিবা থব্রায় পানবশিংনা তাকপিরম্বদি ঈশিংদগী মচি ওইবা মহীবু শেল্লগা মচি ওইরিবা মহী অদুদা থব্রায়পানবা তীনগী মশক ওইবা অমনা য়াওন য়াতাদুনা লৈরগা লৈরিবা তীন অদুনা মিৎনা উবা ঙম্না অরেপ্পা শক্তম অমা ওইরকই। অসুম্না ওইরক্লিবা শক্তম অসিবু খঙলা উরগা অসুম্না ওইবা শক্তম অসিদি লাইদা লাই মাল্লি হায়দুনা পূক্লিংগী থাজবা পঙখৈ অমদা লেপ্লগা, মসিদগী হেন্দোরকপা ঙমদ্রবা থাজবগী শক্তম অমা চীংঙ্ঙু মাযচৌশিংনা শাগৎপিরম্মী। মায়চৌশিং অসিনা, অসুম্না অহিংদা তীন অরেপ্পা শক্তম ওইরক্কদৌরিবা অদুগী মচাক ওইরিবা অসিনা হিংদুনা লৈবা ঙম্নবগী মহীগী মশক ওইবা যূম্ফম অমা লৈতবা য়াদে হায়না তাকপিরম্মী।

অসুম্না মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ অহুম্মক্কী মতেংনা ওইনা শকউ-শাউদবা কদায়দা অমসুং করমতৌনা লৈবনো হায়বা অরেপ্পা খঙবা ঙমদবা পূক্লিংনা থাজরগা ব্রাখলনা শাগৎপা য়াবা থোইদোক হেন্দোকপা মতিক ময়াইগী মশক অদুবু 'লাই-তীন' হায়দুনা চীংঙ্ঙু মাইচৌশিংনা থম্বীরম্মী। মরম অসিদগী ঙসি ঐখোয়না অহল-লম্মনশিংগী খুদুং ইন্না 'লাই-তীন' হায়বা ব্রাহৈ অসিবু কূপ্না খম্মরুবা লৈনদনা হায়নরি। নৈনবা মখৈ নৈনবগনু পঙখৈ অমগী মনুংদা লেঙদনা লৈরিবা শকউ শাউদবা অমসুং শক্তম অরেপ্পা খঙদবা অচৌবা মতিক ময়াই অদুগী তৌবা ঙম্বগী মচেৎ ওইবা মতিক ময়াই খরা উৎথোক্লবা মতমদতা খুদম চাংদমতনা অসিনি হায়না মীওইবগী পানগী লৌশিং কয়াৎশিংনা খঙবা ঙম্না অমসুং মীওইবগী খ্বাইদগী হৈ-শিংলবা নুংগী ব্রাখলদা মসিমক্লা মরোইরে হায়না লেপনা খঙলিবা খ্বাইদগী চাউবা মতিক ময়াই অসিবু 'লাই' নৎত্রগা 'লাই-তীন' হায়বা নত্তনা অতে পাম্বে লৈতে। খুদম ওইনা পনবা তারবদা, লাইয়িংথৌ সনামহীবু খ্বাইদগী চাউবা মতিক মযাইগী মশক্তা ঐখোয়না শুপ্না 'তীনগী মকোক লাইগী মকোক' হায়না মিংঙৌনরি।

## ২। লাই-তীনগী শাজৎ :

তাইবঙপানবা মপুনা লৈশেম খুনশেম্বিরকপদগী ঙসি ফাওবদা থব্রায় পানবা শা-ঙা, তীন-কাঙ, নমু তাইবঙ ওইবা ঐখোয় খ্বাইনা হিংলক্লিবা অসি মপু মহাক্কী মপান নাইদ্রবা থৌজান্ননি। মঙোন্দা থৌজানবিবগী য়োকপিবগী শেমবিবগী পূকচেল চেনবনিনা থব্রায়পানবা পূম্নমক্না মহাক্কী মতিকপু শৈথারি, মহাক্কী মিংখৈতবু শোন্নরি। মীওইবনা পুন্সি অসিদা মহাক্কীদমক্তনি খন্দুনা মহাকী শিন্থানি হায়দুনা মথৌ পাঙথোক্লবি। তেংবানবা মপুনা লৈশেম খুনশেম্বিবকপদা মহাক মশাদগী খোইয়ুম লাই কয়া অমসু শেম্বিরে শাবিরে। অসিদা নত্তনা শকউ-শাউদবা মতিক মযাই লৈবা মপু মহাক্কী শরোই ৬১ সু শেম্বিরে। অসিদগী হেন্দোরক্তুনা পাফল লম্বুবা লাইশিং শাইওন-লাংওন ঙম্বশিং কয়া অমসু শেম্বিরে। হায়রিবা পূম্নমকশিং অসিগা তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়গা তোৎন-তিন্নদুনা লৈমিন্নদ্রবসু অয়াম্বা মতমদা শকউ শাউদনা ইরোয় লোয়নদুনা অদুম লৈমিন্নবনি।

তাইবঙ মীওইবনা হিংবদা চঙলিবা চাকচা ফিজেৎনচিংবা অসিদা নত্তনা য়াইবী থব্রায় অসিবু লম্মাখাংদা তীনয়েৎ লাইয়েৎনদনবা থৌরম কযামকুম তাইবঙ মপুনা তাইবং মীওইবগীদমক খায়দোক্তুনা থম্বিরম্মী। থম্বিলবম্লিবা মচাকশিং অসি লৈশেম্লকপদা য়াওরক্লবা মচাকশিং ঙাক্তনি। খোইয়ুম লাইনা থমবিবম্লিবা থৌরমশিং অসি অমুক খোইয়ুম লাইগী মতিক মঙাল ফংলবা চীংঙু মাইচৌশিংনা তাকপি তম্বীরম্বদগী মীওইবা ঐখোয়না থাদোকপা য়াদ্রবা অমসুং পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা থৌরম ওইনা খঙজহৌই।

থৌরমশিং অসিগী মনুংদা খোইয়ুম লাইগী লাই-তীনশিংগী অফবা অমসুং ফত্তবা শাজৎশিং অদুম ইরোয়ননা লৈমিন্নবনি। ঐখোয় তাইবঙ মীওইবনা লীক্লমশিং অসিবু ঙাক্তুনা চৎপগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌরমশিং লৈ। থৌরমগী মতুংইন্না লাই-তীনগী অফবা অমসুং ফত্তবা শাজৎ তাইবঙ মীতনা মওইহল্লে। খোইয়ুম লীচৎ শাজৎপু তাইবঙ কনানা হায়বা ঙমগদগে তাইবঙ ওইবা (ঐগী ঐগী ওইবা)শিংগী লমচৎ শাজৎ অদুতনা খোইয়ুম লাই অমদি লাই-তীনশিংগী অফবা অমসুং ফত্তবা শাজৎ মওইরে। অদুবু ঐখোয়না পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা হিংলিঙৈ পুন্সিগী থৌদাং খর অসি মপূংফানা পাঙথোকপা ঙম্নবা অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্বা কাঙলোনশিং অসিগী মনুংদা লাই-তীনশিংগী অফবা অমসুং ফত্তবা শাজৎশিং কবম্না ওইবিবনো

হায়না নৈনদুনা য়েংবা য়াই। ঐখোয় তাইবঙ মীওইবা অমনা অফবা থবক অমা তৌননবা হোৎনরকপা মতমদা লাইগী মখা পোন্না তৌবা ঙম্বনি। খুদম ওইনা খরদং লৌখৎচরি।

## (ক) মৈতৈগী তৎনবা নুমিৎ থাবান :

মৈতৈগী তৎনবা নুমিৎশিং হায়বদি শজিবু, থৱান অমসুং পোইনু থা অহুমগী নোংমাইজি অমসুং নিংথৌকাবা নুমিৎশিং। কালেন, লাংবন অমসুং ৱাকচিং থা অহুমগী ঈরাই অমসুং য়ুমশকৈশ নুমিৎশিং। ইঙা, মেরা অমসুং ফাইরেল থা অহুমগী লৈবাকপোকপা নুমিৎ। ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ অমসু লমদা[৩৭] থা অহুমগী শগোলশেল অমসুং থাংজ নুমিৎশিংনি।

হায়রিবা নুমিৎশিং অসিদা অফবা থবক তৌবা ফত্তে। মসিদা কনাগুম্বা অমনা অফবা থবক তৌববদি লাইনা পীখিবা পথাপকী ৱাংমদা তৌবনিনা অফবা থবক অদুগী ফত্তবা থবক অদুম মওইরে।

## (খ) থাশি মায়কৈ থোকপা :

থাশি মায়কৈ থোকপা হায়বদি শজিবু, থৱান অমসুং পোইনু থা অহুমদা চিংখৈ। কালেন, লাংবন অমসুং ৱাকচিং থা অহুমদা অৱাং। ইঙা মেরা অমসং ফাইরেন থা অহুমদা নোংচুপ। ইঙেন, হিয়াঙ্গৈ অমসুং লমদা থা অহুমদা কৌব্রু।[৩৮] থাশি মায়কৈশিং অসিদা চৎথোক-চৎশিন তৌবা অমদি শা-শন পুথোক পুশিন তৌবা ফত্তে হায়না খোইয়ুম লাইগী পাউতাক মতুংইন্না চীংঙু মায়চৌশিংনা তাকপিরম্মী। পাউতাক অসিগী মায়োক্তা থবক তৌববদি খোইয়ুম লাইনা ফত্তবা মহৈ পী অমসুং অৱা অনা নংহল্লি।[৩৯]

৩৭. হুইদ্রোম নীলবীর সিংহ, **জ্যোতিস চিন্তামণি** অহুমশুবা শরুক, ১২ শুবা খৃৎনম (ইম্ফাল : অইবা মশা, ১৯৭০) লা: ৩।

৩৮. মথক্কী নং ৩৮ দা, লা: ৩-৪।

৩৯. মথক্কীসিদা, লা: ৩-৪।

### (গ) লাইজাও লৈবা মায়কৈ :

লাইজাও লৈবা মায়কৈ হায়বদি

১।৬।১১।১৬।২১।২৬ নি পানবা নুমিত্তা নোংপোক

২।৭।১২।১৭।২২।২৭নি পানবা নুমিত্তা মখা।

৩।৮।১৩।১৮।২৩।২৮ নি পানবা নুমিত্তা নোংচুপ।

৪।৯।১৪।১৯।২৪।২৯ নি পানবা নুমিত্তা অৱাং।

৫।১০।১৫।২০।২৫।৩০ নি পানবা নুমিত্তা নোংথক অমসুং লৈখা।[৪০]

হায়রিবা মায়কৈশিং অসিদা চৎথোক-চৎশিন তৌবা ফত্তে অমসুং থক-খাদা লাইজাউ লৈবা থাবান্দা উনচিংবা অৱাংবা কাবা অদুগা পুথ্রিনচিংবা তৌবা ফত্তে হায়না চীংভু মায়চৌশিংনা কাঙলোন থম্বিরম্মী। কাঙলোন অসিগী মায়েক্তা তাইবঙ মীনা শাজৎ অসি চৎলবদি খোইয়ুম লাইনা ফত্তবা মহৈ পী।

### (ঘ) থাবানগী অফ-ফত্তগী মতুংইন্না তৌগদবা :

থাবানগী অফ-ফত্তা মতুংইন্না:

| থাবান | লাইনা চাবা পোৎলম | ঈ খুদেং | লাইগী থৌবম তৌবা |
|---|---|---|---|
| ১ | লাই | লৈতে | ফৈ। |
| ২ | য়েন | লৈতে | ফৈ। |
| ৩ | ঙানু | লৈতে | ফত্তে। |
| ৪ | হূই | লৈ | ফত্তে। |
| ৫ | ওক | লৈতে | ফৈ। |
| ৬ | ষণ | লৈ | ফত্তে। |
| ৭ | ইরোই | লৈ | ফত্তে। |
| ৮ | শগোল | লৈ | ফত্তে। |
| ৯ | শামু | লৈ | ফত্তে। |
| ১০ | মী | লৈতে | ফত্তে। |
| ১১ | লাই, কৈ | লৈতে | ফৈ। |
| ১২ | য়েন, হুই | লৈতে | ফৈ। |
| ১৩ | ঙানু, হামেং | লৈ | ফত্তে। |
| ১৪ | হূই | লৈ | ফত্তে। |

৪০. মথক্কীসিদা, লা: ৪।

| থাবান | লাইনা চাবা পোৎলম | ঈ খুদেং | লাইগী থৌরম তৌবা |
|---|---|---|---|
| ১৫ | ওক | লৈ | ফত্তে। |
| ১৬ | ষণ, হৌদোং | লৈ | ফত্তে। |
| ১৭ | ইরোই | লৈ | ফত্তে। |
| ১৮ | শগোল, মী | লৈ | ফত্তে। |
| ১৯ | শামু | লৈ | ফত্তে। |
| ২০ | মী | লৈ | ফত্তে। |
| ২১ | লাই, ষণগী ঈ | লৈতে | ফৈ। |
| ২২ | য়েন, মী | লৈতে | ফৈ। |
| ২৩ | ঙানু, শামু | লৈতে | ফৈ। |
| ২৪ | হূই, হঙোই | লৈতে | ফৈ। |
| ২৫ | ওক, লাই | লৈতে | ফৈ। |
| ২৬ | ষণ, মী | লৈতে | ফৈ। |
| ২৭ | ইরোই,লাই | লৈতে | ফৈ। |
| ২৮ | শগোল, হূই | লৈতে | ফৈ। |
| ২৯ | শামু | লৈতে | ফৈ।[৪১] |

লাই হবাওবা, অপোকপা খুরুম্বা অসিনচিংবা লাইথৌশিং পাঙথোকপা নৎত্রগা হৌবা ফৈ নৎত্রগা ফত্তে। অফবা থাবানদা অফবা থৌরম তৌদ্রবদি খোইয়ুম লাইগী কাঙলোন থুগায়বগীদমক অফবা শাজৎকী লাইশিংনসু ফত্তবা ফল পীনৈ।

## (ঙ) নামুংনবা থাবান :

নামুংবা থাবান হায়বদি:—

| | |
|---|---|
| শজিবু থাগী ৬ /২১ নি পানবা | কালেন থাগী ১৪ /২৯ নি পানবা |
| ইঙা থাগী ৮/২৩ নি পানবা | ইঙেন থাগী ৬/২১ নি পানবা |
| থৱান থাগী ১/১৫ নি পানবা | লাংবন থাগী ৮/২৩ নি পানবা |
| মেরা থাগী ১২ /২৭ নি পানবা। | হিয়াঙ্গৈ থাগী ১০ /১৫ নি পানবা। |
| পোইনু থাগী ২ /১৭ নি পানবা। | ৱাকচিং থাগী ১২ /২৭ নি পানবা। |
| ফাইরেন থাগী ১৪ /২৯ নি পানবা | লমদা থাগী ২ /১৭ নি পানবা।[৪২] |

৪১. হুইদ্রোম নীলবীব সিংহ, **জ্যোতিস চিন্তামণি** (অহানবা শকক), ইম্ফাল: অইবা মশা, ১৯৭০), লা: ৭-১০।

৪২. অবাম্বম হেবাঙৌ (শুবিকা থম্বিবিবা), **শুবিকা** (ফোঙদ্রিবা)

নুমিৎশিং অসিদা লাইগী-তীনগী ঈরাৎ-থৌনি তৌবা য়াদে। করিগুম্বা হায়রিবা থাবানশিং অসিদা ঈরাৎ-থৌনি তৌরবদি ফত্তবা অকাইবা ওইরকই। খোইয়ুম লাইগীদি পীরমলিবা অফ-ফত্তা কাঙলোনশিং অসিবু মরম মূন্না খঙলগা অফবা ওইরক্কদবা মরম অদুতমক লৌরগা তাইবঙ মীওইবনা চৎকদবনি হায়না থম্বিবম্বনি। খোইয়ুম লাইগীদি, কাঙলোনশিং অসি য়েংলুরগা, ফত্তবা লীচৎ শাজৎ করিমত্তা য়াওদে। তাইবঙ মীওইবা ঐখোযনা লাননা চৎলুবা কাঙলোন অদুতনা তাইবঙ মীওইবগী ফত্তবা মহৈ ফংগ্রবনি। তাইবঙ শেম্বীবা মপু মহাক্নি তাইবঙ মীওইবগী ফনবতনি হায়দুনা থম্বীরম্বনি।

লৈপাক অসিদা য়েলহৌঙৈদগী অহল লমনশিংনা ব্রারী ওইনা লীবিরম্বা অমদি পুয়া কয়াদা ইবিরম্বা ব্রারী শিংবুল কযাদগী লৌথোক্লগা নৈনবা তারক্লবদি খোইয়ুম লাই মহাক্কী খায়দোক্কুনা শেম্বীবল্লিবা শকউ-শাউদনবা শরোই হুম্ফুমাথোইগী অফবা অমসুং ফত্তবা লীচৎ-শাজৎ অনীখক নৈনবা তারকই। লোয়ন-লোয়ননা লম লম পুবা পাফন লাইশিংগী মরমদা নৈনবা য়াবগী মরমসু খন্দোক্লক্তবা য়াদে। ঐখোযনা শরোই ৬১ গী মরম নৈনরকপদা শরোই নুপীশিংগীসু শরুক য়াওরমদবা য়াদে।

মপু মঙোন্দগী থাইদোক্কুনা শেম্বিরল্লিবা খোইয়ুম লাইবুংথৌ, খোইয়ুম লাইরেম্বীশিংগী লীচৎ শাজৎ অমসুং শরোই ঙারোই লাই ওইবশিংগী লমচৎ শাজৎ নৈনদুনা য়েংবা তারবদি মখাগী অসুম্না পুয়াশিংদগী ফংলপগী মতুং ইন্না উৎপা তাই।

## ৩। অফবা লাই :

### অফবা লীচৎ শাজৎকী ওইবা লাইয়িংথৌশিং অমসুং লাইরেম্বীশিং

**১। কুরু অশীবা অমসুং মহাক্কী লাইচৎ লাইওন ওইবা :**

সমতোন অয়াংবা, লোইয়ারাকপা,ময়াং নহা শরৈথেকপা, য়োইমোংবা, সনামহী, খোংনাং নিংথৌ তাউরোইনাই, কুপত্রেং খুমমু তুংইন্নবা ব্রাখা মৈবোইনবা, ব্রাইকোক শারিপা, পাঙ্গনবা, সোরাবেন, হনকোইনিংথৌ তেপাল, ব্রাংবরেন,

ৱাখাল্লাকপা, কৈরাওল্লাকপা, খোংচিল্লাকপা,নুংকাপা অরোননুংনে, লোকনিংথৌনে, ঈশিং চাইবনে, নোংকচেং, ৱালডৌবা, খোংপাহনবা, কৌপরেন, লৈয়োলহনবা, কমপোংপুৎ কেরুল্লাকপা, খোঙাইপা, য়ুচেৎ য়ুহা খোরিফাবা, কৌরৌহলপা, নোংপোক পোকলেল, মোংবা হনবা, কৌব্রু, লৈয়োন পাৎ, কমপোংপুৎ, ওকসুরাকপা, অসিনচিংবা।

২। **লাইয়িংথৌ কোনচিন ভুথোকপা অমসুং মহাক্কী লাইমিং লাইচৎ ওইবা:** উংলৌরেল, অপানবা, পাখঙবা, নাওহল অহনবা,খমলাংবা, মুৱানিংথৌ, থাংচিংনে, শেলত্রেং, ইকোপনিংথৌ,অচংপা, য়াংকোই নিংথৌ, ভুপুনিংথৌ, লাইকাচেং, লাইকাচেংনে, ৱালখেবা, নুংচেংপা, তাওথিংমাং, নাওকল, নোংথিল চাইপা, কোঙাইবা, কোংতীংলেল।

৩। **শিদবা অমসুং মহাক্কী লাইমিং লাইচৎ ওইবা:**

নোংশাবা, চামাপা, মারচিং, লুৱাংনিংথৌ পুনসিবা, লাংপুম নিংথৌ, শমপুম নিংথৌ, থৱারেল পোলপি লুৱাংবা, শীংতাপুং পোইরৈতোন খুনথিবা, পুতাংকোই নুংপোক নুংসাং, মহারাপা, চীংখৈ নিংথৌ, মহৌনিংথৌ, উতিন উকাং নিংথৌ, য়িপুনলেন, য়িতাইরেন, মকুরেন, খোংথাক কারান, অন্দ্রো খুল্লাকপা, চেংঙা, থৱা, কৌব্রু।

৪। **লৈমরেন শিদবী অমসুং মহাক্কী লাইচৎ লাইমিং ওইবী :**

গাবীবোক, হীরৈমা, য়াইরৈমা,হীকুবী, হীপোকপী, য়াইপোকপী, য়ুমজাওলৈমা, নুংখেল লৈমা, য়াওরৌবী, ইরৈমা, পীতঙ্গা, চীংপাললৈমা, নুমিৎ লৈমা, উশোয় লাইরেম্মা, ইরোক লৈমা, নোংথাং লৈমা, খাকপ্রম লৈমা, হূইমু লৈমা, চীংথাং লৈমা, লাইচীং লৈমা, চীংঙালৈমা, ললহামপুং লৈমা, হীয়াংথাং লৈমা, তরুং লাইরেম্মা।

৫। **লাইখুরেলবী অমসুং মহাক্কী লাইমীং লাইচৎ :**

লৈমা লৈনাওতাবী, লাইসনা, চীৎনু লৈমা, খুমনু লৈমা, অহুমনু অরৈনু, থেরেরোংবম চনু, তোনথাংনু শৌবোন লাইবৈম্বী।

৬। **নোংথাং লৈমা অমসুং মহাক্কী লাইচৎ ওইবী :**

পানথোইবী, তানথোং লৈমা, লেমথোং লৈমা, নুংকোই লৈমা, কোলোই লৈমা, খুমন লৈমা, ঙারৈমা, ৱাত্রে শিনহৈবী লৈমা, ফৌওইবী,

য়োৎলৈমা, কোললৈমা, খাকপা নিংথৌ চনু, য়াইপী লৈমা, য়োইনাও লৈমা, পীখেৎ লৈমা, লাইব্রা লৈমা, লাংশঙ থালপী, হুইতোন লৈমা, থবী লুকোক চনু লীকলা পীচালৈমা, চীংচরোইপী, য়াংকোইলৈমা, থারৈমা, চরাং লৈমা, থোঙঙাকলৈমা, শীদনবী, পীথ্রাইবী লৈমা, খোংদ্রাইবী লৈমা, শরীক লৈমা, পুকশ্রীলৈমা, নুংখোং নুংলাওবী লৈমা, খমপা য়াংতে লৈমা।[৪৩]

অসুম্না মথক্তা পনখ্রিবা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ অমসুং খোইমোম লাইরেম্বীশিং অসিগী অফবা অমসুং ফত্তবা লীচৎ শাজৎতি তাইবঙ মীবু য়োকপীবা ঙাকপীবা অমসুং শেম্বীবনি। মখোয়দি তাইবঙ মীওইবনা নীংনফম থোকপা লাইশিং ঙাক্তনি। তাইবঙ মীওইবনা পঙবদগী মখোয়বু ফত্তবনি হায়না শীংনরুবদগী ফত্তবা ওইহনজবনি। পেন্দবগী ওইনজবা নীংঙাই তৌরুবগীদি মচানি মশুনি হায়বগীদমক মখোয়না তাইবঙমীবু অফবা পুকচেন্না অদুমক ঙাকপি শেনবি। তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়দি মখোয়গী শিন্থাগী মতুংইন্না তাইবঙপান্দা হিংবনি; মখোয়গী মখা পোনবনি। তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়গী ফত্তবা লীচৎ শাজৎশিংতনা মখোয়বু ফত্তে হায়না খনবতনি।

## ৪। ফত্তবা লাই-তীন

ফত্তবা শাজৎনা মপূং ওইবা লাই-তীনশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মশীং য়াম্বদি শকউ শাউদবা হাকথী শোইনাইবা শরোই ঙারোইশিংনি। শরোই ঙারোইশিং অসিগী শাজত্তি মীবু খংহনবা, লক্লবা ঙাওহনবা, ফৈহনবা অসিনচিংবনি।

তাইবঙমীনা মফম মতম মরম খঙদবা অমসুং অকায়বা লমচৎ চৎপদগী খোয়না ফত্তবা শাজৎ উৎপগী খুদোংচাবা ফংবনি। ফত্তবা লাই-তীনশিং অসিগী শাজৎ-লমচৎনচিংবগী মরমদা অখঙ অহে ওইবা অমাইবী অমাইবশিংগী মতেং লৌদুনা তাইবঙ মীনা মতিক চাবা হৈকৎ লৈকৎ অমসুং থৌনি-থৌরম তমজরবদি ফত্তবা লাই-তীনশিং অসিনা মখোয়গী ফত্তবা শাজৎ থাদোকই অমসুং তাইবঙমী অদুগী অৱা-অনা কোকই। লাইরেনবু ওক্লরগা লাইথুং থুংই, তীনচু লাইচুই। মখোয়গীসু ঈরাৎ থৌনি তৌরগা তীনকোক লাইকোকই। উমংলাই ওইনা লৈখ্রবা লাইশিংদি

---

৪৩. ইরোম অমুবী সিংহ, **'লাইচন'**, **লৈচ্চৌ লাইফমলোন**, (ইম্ফাল : সম্পাদক মশা, ১৯৮১), লা. ২৭-৩০.

তাইবঙমীগী কান্নবগীদমক ঙাকপী শেনবী। লৈবাক্কী য়াইফনবা পাউজেল পাউতাক পীবি। শারোই ঙারোই ওইনা লৈপ্রবা লাইশিংদি মখোয়গী চাকথা পীদ্রিবা মখে কনাগুম্বা অমদা মখোয়না য়েৎলুবা অদু পাক থাদোকতে। মখোয়না য়েৎপা অসিবু ঐখোয়না ফত্তবা খুদমনি হায়না লৌনৈ। অদুবু হায়রিবা ফত্তবশিং অসিনা য়েৎলবসু ঐখোয়না তীনখোং লাইখোং মশক খঙনা থিজদুনা মখোয়গী মফমদা থৌনিজরবদি মখোয়না অৱা অনা কোকহনবিদুনা য়াইফৰসু পীবি।

উমংলাই ওইখিবদি অফবা খুদম ঙাক্তনি। শরোই ওইনা লৈরিবা লাইশিংদি ফত্তবা খুদমগী মনুং চন্না লৈরে। লৈরিবশিং অদুগী খেন্ন-খেন্নবা ফত্তবা খুদমশিংদি হাওরৈবী শম্বুবী ওক্লবা, হেল্লোই ওক্লবা, নুংশিৎ অপাইবা চঙবা (হিংচাবী চঙবা) লাইরেন ওক্লবা, যোগিনী নোংথাং ওক্লবা, সনামহী অপোইবনা য়েৎপা, সোরেন কাছানা য়েৎপা অসিনচিংবনি। অসিদা নত্তনা উরক ব্রারক্তা লৈবা লাইশিংনা য়েৎপনা মীবু ঙাওহন্দুনা কোয়পু পুদুনা চৎলিবা উজাও উথক্তা লৈবা লাইনা মীবু অকি অখঙ পী। মোংফমদা লৈবা লাইনা মীবু ঙাওহন ফৈহনবদা নত্তনা অশিবসু পী। তাইবঙ মীওইবদা অৱা-অনা পীবা শরোই ঙারোইগী মশক ওইবা লাই-তীনশিং অসিনা য়েৎপদগী ফংবা অৱা-অনা মশক খরা পল্লবদা :

### ১। হাওরৈমা শম্বুবীনা পীবা

হাওরৈম্মা শম্বুবী ওক্লরবদি ওক্লরিবা মী অদু মশা তুচুং মানচুংনা মশা থক থক নীক্লা চোইরোল লোন্দুনা নাগনি। মহাক থেংনরুবা মী অদুদি হাওনম নমগনি।

### ২। হোলোইনা পীবা

হেলোই ওক্লবা মীদি অয়াম্বা মতমদা নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈ। তশেংনা হেলোইনা হেক পুখিবদৈদি মহাকপু কেকু লোৎপীদৌনা হেলোইনা লোৎশিন্দুনা থম্মী। মীয়াম্না থিবদা পাক থেংনগন্দে। হেলোইনা থৈ থৈদুনা লোত্তুনা থম্মী। নুমিৎ হুমনি মরিনি ফাওবা থিবদা ফংদে। থিবা খঙদ্রিঙৈগী মনুংদা হেলোই ওক্লরিবা মী অদুনা চাবদি তীনথ্রোক, ৱাহী, নচিংবা তিন-কাঙশিং চায।

### ৩। লাইরেলনা পীবা

লাইরেল ওক্লরবদি শলাই শলাইগী মতুংইন্না লাইওং খেন্নে। লাইরেল ওক্লদুনা লাইচুবগী খুদমদি মবুক কংখত্তুনা মখোঙ মখুৎ পোমখত্তুনা ফুগ্রি চবাক চবাক থুংদুনা নাই। হায়রিবশিং অসি তৌদ্রগনা মবুক থিনবা নুংশিৎ কাখত্তুনা অরেং

অথিন তৌদুনা নাই। মীশিংনা মবুক কংখত্তুনা মশা পোমখত্তুনা নাই। ময়াং কংশিল্লকই, মমাই চপশিল্লকই। অসিদা নত্তনা লাইরেল ওক্লবা মী অদু ঈংথম চনবদৌনা তৌরগা মশাদু থক-থক নিক্তুনা মমিৎ অদুনা তরাও তরাও পাঙদুনা মমিৎ কুপ্তুনা অহৌবা নাইনা নিক্তুনা লৈ।

### ৪। যোগিনী নোংথাংনা পীবা

যোগিনী নোংথাং ওক্লরবদি মশা মৈ হৌবগুম শারগা মশা ইনম নম্লা মমিৎ মমাই পাঙদনা নাই। করিগুম্বা মতমদা মফি মরোল তাশিল্লকই, খোমজিল্লকই।

### ৫। সনামহী অপোইবনা পীবা

সনামহী অপোইবনা য়েৎলবদি ইমুং মনুং খৎনগল্লি। অনা অয়েক য়াওই। লন থুম ময়েং তাই। চাওখৎনবা হোৎনবদা ইপন পনথৈ। ইমুং মৃৎনা তুমবসু য়াওই।

### ৬। লাই হিংচাবী নৎত্রগা নুংশিৎ অপাইবনা পীবা

নুংশিৎ অপাইবা নৎত্রগা লাই হিংচাবীগী নুংশিৎ ফত্তবা চেনবা কনাগুম্বা মীওই ওক্লরবদি শারৈগুম্লা ব্রাম্ভদুনা ময়াদা কোঙ্গোল কাদুনা চিংথেক্তুনা নাই।

### ৭। সোরেল কাছানা পীবা

কাছা সোরোলনা য়েৎলবদি ইমুং মনুংগী মহী লাংবা, খৎন-চৈনবা, পোৎ-চৈ মাঙবা অসিনচিংবা থোকই। করিগুম্বদা ইমুংদা অশি-অনা তোয়না থোকই। অঙাং পোক্ল-শিরা অসিনচিংবা তৌই।

মীওইবগী য়েক্লবনি হায়দুনা লৈরিবা লাই-তীনশিং অসিনা য়েৎলবা মওংশিং অসি য়েংলুরগা মখোয়বু ফত্তবা লাই-তীনশিংনি হায়না লৌবা য়াই। অদুবু য়েৎলিবা মখোয়গী অপাম্বা পোৎ পীরগা থৌনিজরগা অনাবা ফরিবা অসিনা তাকলিবদি মখোয় অসি ফত্তবা মখলগী লাইদি নত্তে। অমরোমদা কনাগুম্বা মী অমনা লাইচুবা ফুগাম লাইকাম থুংদুনা নাবা য়াওরক্লবদি ইরাৎ থৌনি তৌরগা লাই তাইনদুনা খুরুমজরবা ফাওবদা মপুন্সিগী ওইনা তিনকোক লাইকোক্তবসু য়াওই। করিগুম্বা ফবা তারবসু মহুৎ শিন্দুনা শিনবা য়াওই। অসিগুম্বা মখলগী লাইশিং অসিদি য়াম্না ফত্তবা লাইনি। অসুম্না ফত্তবা লাই-তীনশিংনি হায়না লৌনবা য়াবা লাইমাং ওইবা লাই-তীনশিংগী মনুংদা ফত্তবগী চাং খেন্নবা মশক অমা উবা ফংই। তাইনজরগা হায়জরগা য়াবা অমসুং তাইনজবগী ফল ওইনা চাউখৎপা নুংঙাইবা য়াইফবা পীনবা লাই-তীনশিংদি অদুক হাক্লা ফত্তবা লাই নত্তে হায়বা য়াই।

## ৫। পাফল লাই অফবা-ফত্তবা

লম লম পুবা পাফল লাইশিংগী মনুংদসু অফবা অমসুং ফত্তবা মখলশিং খায়রি।[৪৪]

### অফবা লাই :

১। মাহল তুখুল পাখঙবা,
২। মোইরাং শলাইগী তাওদিংম্না পাখঙবা,
৩। খাবা ঙানবা যবিষ্ঠ পাখঙবা,
৪। লৈনুং কোনচিরেম্বা সনা লীকলাই তগুপ তরেংবা,
৫। অঙোম শলাইগী তাওদিং লৈম্লা পাখংবা লুকাংবা।

লৈপাক অসিদা যেলহৌঙৈদগী তাইবঙ মীওইবগা লোয়নরক্লবা শাগোন্নরক্লবা লাইশিংগী মরক্তা ইবুধৌ পাখঙবগী শাওন লাংওন ওইবা লম পুবা লাইশিংগী মখোয় মখোযগী তৌবা ঙম্বগী মতিক ময়াই অফবা অমসুং ফত্তবাশিং অদু মশক খঙনা অখঙবা অমাইবশিংনা তাকপিবম্মী অমসুং পুয়াশিংদা থম্বিরম্মী। অফবা কাঙলুপকী মখল ওইবা লাইশিংগী খুদম ওইনা খরা মখাদা উৎচরি :



১। মাহল তুখুল পাখঙবা কৌবা পাফল লাই অসি তুরেল তুশাং অচৌবা থৌবাল তুরেল, ইরিল তুরেল, নাগা তুরেল, মাকলং তুরেল, চিঙ্গৈাই তুরেল, খুগা তুরেল, ইম্ফাল তুবেল, লোক্তাক ইরেল পুই। খুমন শলাইনি। তোলোংচিং কুরু পাখঙ বা নৎত্রগা তুবি পাখঙবা কৌই। বর নিবদা অফবা পীনবি।



২। মোইরাং শলাইগী তাওদিংম্না পাখঙবা কৌবা লাই অসিসু অফবা য়াইফবা পীনবি। মহাক্লা পুবা লমদি অঙোম নম্বুল তুরেল মাইয়োকফা মখোং নম্বুল লাকপা লম্মাংদোং শামুবৌ, লৈসাখোং তুশাং মনিংপাৎ লোইয়া অকোইবা তাওদিং সনা লুকাংবা কৌএ

৪৪. নোংগাপ্রবা অমাইবা মুতুম চাউবা, ললাম্বুংদগী অইবগী অপোকপনা ফংহৌবা। ব্রাবোল।

৩। খাবা ঙানবা শলাইনা পুবা পাফল লাই অসি যবিষ্ঠ পাখঙবা কৌই। নিংথৌজা শলাইদগী খাইখ্বিবনি। অফবা য়াইফবা পীনবি। লৈফমনা লোক্তাক হিথাংফমনি। হীংকোক পাখঙবা হায়রগসু খঙনৈ।



৪। নিংথৌজা শলাইগী কংলা য়াইবী লৈনুং কোনচিরেম্বা (কোনচিরেম্বা) সনা লীকলাই তগুপ তরেংবা তাকয়েন লমফেল পুবা লাইনি। নুংজেং পুখ্রিদা লূপ্তুনা বর নিজবদা অফবা পীনৈ।



৫। অঙোম শলাইগী পাফল লাই তাউজিং লৈস্না পাখঙবা লুকাংবা সনা লাইরেল পাখঙবা কৌবা লাই অসিসু ইরাৎ চাবান তৌরগা অফবা য়াইফবা পীনবি। মহাক্না পুবা লমদি নম্বুল তুরেল মায়োকফা, হিরেল নম্বুল লাকপা লম, শমুশঙ শামুরৌ, লাইশাংখোং তুশাৎখোং মনীংপাৎ লোইয়া অকোয়বদা লৈ।



লম লম পুবা অফবা মখলগী পাফল লাইশিং অসি ওক্লরবা মতমদা মখোয়শিং অসিনা নমু তাইবঙ ওইবশিংদা তুরে-ইরৈ চেনবা, অনা অয়েক থোইনা পীবিরমদে। মরম অসিদগী মথক্তা পনজখ্রিবা লাইশিং অসিবু অফবা মখলগী ওইবা পাফল লাইশিংনি হায়না লৌনরি।

ফত্তবা মখলগী লাইনি হায়না শিংথানরিবা পাফল লাইশিংদি :

১। লীকলাই নোংদ্রেন খোম্বা হায়না কৌই। শলাইদি খুমন নিংথৌজানে। মী শিগল্লি। শাইওন য়াম্মী। মানা পুবা লমদি খোংহামপাৎ ফৈদিংগা য়িংথৌ পোৎপু তিংগ্রি, লৈকিনথবি, পোৎসংবম, নিলাকুথি, মহারাবি, কোনয়াই পাখঙবা কৌবনে মনিং তম্না কোইনা চৎপা লাইনি। মীগী মতুং ইন্দুনা চৎপা অরুবা লাইনি হৈনা শিংনা ঈরাৎচগনি লাইচুপ্পবদা পঙনা কোক্তে।





২। ইকোপ নিংথৌ ইরেন স্নালদি পাখঙবা কৌই। ঙানবা শলাইনি। মাগী লৈফমদি ৱাইথৌ চীংখোং, নিংথৌখোং, য়াইবী লুৱাংথেন পাৎ, থৌবাল চরাংপাৎ কারোং তুরেল, ইরিল তুশাং লাইমিকোন পাৎ, ইকুপনে ইকোপ পাৎনে। লাইচুই, পুক কংখৎতুনা মী শিগল্লি। লাইপু শলাই খঙদে।



৩। নিংথৌজা শলাইগী হি-ইশম চাইবা তাওদিং স্না পাখঙবা হায়রিবা অসিসু উননরগা মী শিগল্লি। লোক্তাক করাং কফুৎ চিংলক্তা হীয়াং হীরেল ওইদুনা মমিং তাউদিং হীয়াং হীরেল পাখঙবা হায়দুনা লৈখ্রে।



৪। স্নাহল পাখঙবা কৌবা লাই অসি ওক্লরগা পুক কংখৎলি। ঙাওনা ফৈনা নাই অরুবা লাইনি। মানা পুবা লমদি ককচিং তুরেল, লমঙৌ তুরেল, ইক্রুক পাৎ, ইসোক, নিংথৌজা তুরেল, লৌশিপাৎ, ৱাইথৌ, চিংথম নিংথিখোং তুরেল, খোংঙামপাৎ, য়াইবী লুৱাংথেল থৌবাল, চরাংপাৎ, অরোং তুরেল।



৫। মোইরাং শলাইনি, স্নাহল পাখঙবা কৌই। মানা পুবা লমদি কৌব্রু লাইখা অসুপ্পা কুবের। খৱাং পুরেন, খানা চাওবা, যমরাজ থাংজিং কোইরেল লাই, ইকা ইকুম ৱাংপুরেল, কৌব্রু লাইখা, স্নাহল লোকচাও, মাকলং, ইরেন তুশাং লোইয়া লাকপা লাই তপুমপাৎ, নাউদিংখোং তুশাংপাৎ, ইরোইশেম্বা চিংজিন নম্বুল তুরেল ইরেন মকোই চীংশাং হন্নপাৎ তুবী লাইরেল শলাংবাজি স্নাহল পাখঙবা হংগৎনা চৎপা চিংমৈরোং তুশাৎ খুয়াথোং ওনথোক ওনথোকপা মায়া ওইয়ে।

মতাং অসিদা পনবা য়াই মদুদি ফত্তবনি হায়না শিংথানরিবা পাফল লাইশিং অসি ঈরাৎ থৌনি তৌজবা মতমদা তীনকোক লাইকোকপী। মফম মতম চাদনা থেংনরুরবা মতমদা মদুগী চৈথেং ফংবগী ৱাদনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী য়ূম য়ূম খূদিংগী ইংখোল অমমম লৈনবনিনা লাইরম অমসুং তীল্লম হায়দুনা লৈবা য়াওই। অহল লমনশিংনা *'লাইরমদি থৈবা লায়, তীল্লমদি থৈবা লুই'* হায়নৈ। ইংখোল অসি তীল্লম কল্লে হায়দুনা তীল্লম মপা লাক্লা য়ূম শান্নদে অমসুং তীল্লম কনবা অদুগী ঙাথোক শেংদোক্লবা অখঙবা অমাইববু ঈরাৎ থৌনিহল্লগা হোংঙু অমুবা থানৈ। তীল্লম অসিসু অসুক লুনা হায়নরিবা অসিনদি মরম খোংলম অসিবু পুরিবা 'তীল' হায়না খঙনবা লাইশিং অসি খ্বাইদগী হেন্না লমচৎ ফজদবা শাজৎ ফত্তবা মীঙোন্দা ওৎপা নৈবা মখলগীনি হায়না লৌবা য়াই। অমরোমদা, তীল্লম লৈবা ইংখোলদি থৌনিজবা হৈরগা খ্বাইদগী হেন্না নুংঙাই য়াইফবা ফংনৈ। মতৌ অসুম্না অমাইবা অমাইবীশিংনচিংবা অখঙ-অহৈশিংগী মতেংনা মীওইবা ঐখোয়না লীচৎ শাজৎ চুল্লবা থৌরম থৌদা মশক খঙলবা অমসুং মফম মতম খঙলবা ওইরবদি তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবনা য়েৎপা ঙল্লোই।

লৈশেমলোনগী মতুংইন্না য়েংলুরগা তেংবান মপুনা খোইয়ুম লাই ময়াম অমসুং শরোই ঙারোই, লাই হিংচাবনচিংবা হকথী শোংনাইবা তীনমু-লাইমু লাইমাং ময়াম শেল্লকপা মতমদা তাইবঙ মীনা মালেমগী মপু ওইনা পাল্লকপদা তেংবানবা মপুদা শরোই-ঙারোইশিংনা 'ঐখোয়দি করম্না কদায়দগী চাগনি থক্কনি' হায়না হঙ্গৎলক্লবা মতমদা তেংবান মপুনা *'নখোয়গীদমক ঙমজবা কৎলকপা অদুনা নখোয়গী চিঞ্জাক ওইয়ে।'* অসুম্না তাকপিখি। অদুদগী ঙসি ফাওবদা তাইবঙ মীনা হেক খুন্দারকপদগী মীওইবগী অৱা-অনা ঙাকথোক শেমদোক্লবা লাইৱা-তীনৱা ঈরাৎ থৌনিরোল অমাইবা অমাইবীনা থৌরম পাঙথোকই। কৃপ্না য়েংশিল্লুরগা তেংবান মপুনা খোইয়ুম লাই ওইবশিং অমসুং তীনমু লাইমু লাইমাংশিংগা নমুপোং ওইবশিংগা তৎন-থানদনবা থৌরম পথাপ কাঙলোন কয়া শেমদুনা থম্বীরল্লিবা অসিগী মতুংইন্না তাইবঙমী ঐখোয়দি অফবতা পাম্বনিনা অয়েৎপশিং অসিবু ঙাকথোক শেংদোকনবগীদমক হোৎনরি। মতাং অসিদা অফবা খোইয়ুম লাইশিংগী মফমদা খুরুম থৌনিজদুনা নুংঙাই য়াইফ নিজনবগীদমক অমসুং ফত্তবা তীনমু লাইমু লাইমাংশিংগী মফমদা চাক থাবা পোৎলম পীবগা হায়জদুনা নৎত্রগা কিহনদুনা অনা-অয়েক ঙাকথোক থৈদোক্লবগীদমক থৌরম কাঙলোন খঙবা অমাইবা অমাইবীশিংগী তঙাইফদবা মথৌ চঙলকই।

--( )

# লাই-তীন খুরুম্বা

লাই-তীনশিংগী অফবা অমসুং ফত্তবা শাজৎশিংগী মতুংইন্না লৈবাক অসিগী অমাইবীশিংনা পাঙথোকপা লাই-তীন খুরুম্বগী ওইবা থৌরমশিংবু মপূং ওইনা মখল অনীথোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি:—

অহানবদা, অফবা শাজৎকী লাই-তীনশিংগী মফমদা মচা মনাই ওইবা তাইবঙ মীওইবশিংগী নুংঙাই-য়াইফবা, পুন্সি নুংশাংবা, তেক্ত-কায়দবা অসিনচিংবা অফবা মহৈশিং নিজবগী ওইবা লাইথৌশিং। থৌরম মখল অসিবু চাউরাক্লা লাই-তীন থৌনিবা হায়া খঙনবা য়াই।

অনীশুবদা, ফত্তবা শাজৎনা মপূং ওইবা লাই-তীনশিংগী মফমদা মখোয়না তাইবঙ মীওইবদা য়েৎশিন য়েৎশিন্দুনা অৱা-অনা নংহিল্লবা নৎত্রগা নংহনগদবা পূম্নমকপু কোকহনবীনবগীদমক হায়জদুনা নৎত্রগা কিহন্দুনা হায়জহনবগী লাইথৌশিং থৌরম মখল অসিবু চাউরাক্লা লাই-তীন তাইনবা হায়না খঙনবা য়াই। লাই-তীন খুরুম্বগী ওইবা থৌরম মখল অনী অসি মখাদা মথংশিৎনা নৈনজরি।

## ১। লাই-তীন থৌনিবা :

খোইয়ুম লাইশিংগী মফমদা থৌনিজবা থৌরমশিংগী মনুংদা অমাইবীশিংনা খ্বাইদগী মপূং ওইনা শরুক য়াবা থৌরমশিংদি লাই-হরাউবা, কুম চনবা, চাকলোন কৎপা, অপোকপা খুরুম্বা, পাখঙবা চেঙহোংবা অমসুং পাখঙবা লৌখৎপা, অসিনচিংবনি। থৌনী থৌরমশিং অসিগী মতুংইন্না অমাইবীশিংনা খ্বাইদগী চাউনা শরুক য়াবদি লাই-হরাওবনি। লাই হরাওবগী তোঙান তোঙানবা মখলশিংদা অমাইবীশিংনা লৌরিবা থৌদাংশিং মখাদা শন্দোক্লা উৎচরি।

## লাই হরাওবদা অমাইবীনা লৌরিবা থৌদাংশিং:—

### (ক) লাই হরাওবা :

লাই হরাওবদা অমাইবীগী শিম্বা চাউনা য়াওরি। লৈপাক অসিগী সংস্কৃতিগী অচেৎপা যূম্ফমদি লাই হরাওবনা ওইরি। সংস্কৃতিগী মশক তাক্লবগীদক অমাইবীশিংনা লাই হবাওবদা পাঙথোকলিবা মথৌশিং দার্শনিকী মঙাল পাক শন্না ঙালহল্লি। সংস্কৃতিগী মবী লৈনবা অমাইবীগী মশক অসি যূম্ফম ওইরুবা লাই হরাওবগী থৌরম কযাদা শেংনা উৎথোক্লি। যূম্ফম অমখত্তং ওইনা লৌরগা তোঙান তোঙানবা মখলগী যূম্ফমশিংদা মীৎয়েং চিংশিল্লগা নৈনদুনা য়েংবা তাববদি ঐখোয়না মখাদা পঞ্জরিবশিং অসিদা নৈননিংঙাই ওইবি :—

- (অ) কংলৈ হরাওবদা অমাইবী
- (আ) মোইবাং হরাওবদা অমাইবী
- (ই) ককচিং হরাওবদা অমাইবী
- (ঈ) চকপা আন্দ্রোগী পুরৈবোম্বা হরাওবদা অমাইবী
- (উ) চকপা ফয়েং হরাওবদা অমাইবী
- (ঊ) চকপা লৈমবাম হরাওবদা অমাইবী
- (এ) চকপা সেকমাই হরাওবদা অমাইবী

### (অ) কংলৈ হরাওবদা অমাইবী :

হরাওবা নুমিৎকী অযুক্তা অমাইবীনা লাই ঈকৌবা চৎলমদাইদা অহানবদা হিগাওফিনা লৌথোক-লৌশিন য়ানবা য়োম্বা লাংগোমদা য়েৎপা হিরী লং পুনগনি। পুল্লিবা অদু তাদনবা মখূৎনা কোন্দুনা পায়গনি। অসুম্না তৌরগা অমাইবীনা লাইদা জগোই ওক্কনি। লোইরগা ঈকৌবদা য়াওগদৌবিবা ময়াম ঈকৌফম তান্না চৎকনি। লাই-ঈকৌবদা পুখ্রি নৎত্রগা তুরেলদগী অমাইবী অমাইবনা পেনা খোংবা থৌগল মশীং শুনা য়াওদুনা ঈকৌগনি।

লাইমাঙ য়ৌরবা মতমদা তৌগদবা থবক্তি অমাইবনা লাইমাঙদা ঙা পবেং হাপ্পা থুম কাগুপ শেল কাগুপ হাপ্পা ফৌদাং থুম্মোক অমা য়োৎখুনেৎ, শেলখুনেৎ, ঙানু খোংগাল অমা, খুনু খোংগাল অমা থমগনি। ঈশাইফু পুবী নুপীনা মাঙ থাদুনা

লাকপা অদুনা মখোঙনা কাল্লগা লাইশঙলোমদা চুম্না চঙশিনগনি। ঈকৌখৎপদা য়াওরুরিবা পূম্নমক্না পোৎশিং অদু কানবা লোইদ্রিবা ফাওবা অমাইবীনা শরিক খিংগনি। পোৎ কানবা লোইরবদা ঈশাইফু মনুংদগী মাইবনা লাইনিংথৌ লৈয়োম হিরী লৌথোক্লগা লং অদু তিংথোক্তনা পায়গনি। অমাইবীনা লাইরেম্মগী লৈয়োম হিরী লোথোক্তুনা পায়গনি।

অহানবদা অমাইবীনা লাইনিংথৌগী লৈয়োম থোকপদা গুরুগী লৈ লাংথ্রৈ মপোক মঙা অদু লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীগী মথক্তা নমঙালৈ থমগনি। লাইরেম্মগী লৈয়োমগী লাংথ্রৈদা থমদুনা লৈহুন তমগনি। মসিগী মতুংদা চনিঙ থাগনি মসি লোইরগা লুক থাগনি। ঈকারকপগী পেনা ফম্মাং থৌগল তৌরবা মতুংদা অমাইবীনা লাইপাও চেনগনি; মতুংদা শরোই খাঙগনি। মসিনা লাইহৌ নুমিত্তুগী অমাইবীনা তৌবা থৌবমনি।

লাই হরাওবগী নীনি চনবা নুমিত্তা অয়ুক্তা পেনানা যাকাইবোল শকপা লোইবগা অমাইবীনা লাইমাঙ ফমদুনা লাইপাউ চেনগনি। নুংথিন্দা অমাইবীনা মীয়াম তিল্লবা মতমদা লাইগী জগোই ওক্তনা অতোপ্পা মী অমনা জগোই শাবা য়াদে। লৈবোই হঞ্জবনা লৈ যেনবা মতমদা নুপীরোমগী য়েনবদা অমাইবীদগী হান্না হৌগনি। অমাইবনা হোই লাউববা মতুংদা অমাইবীনা লাইবৌলা থাদুনা লাইবৌ চোংগনি। লাইবৌ চোংবা লোইববা মতুংদা অমাইবীনা চোংখোং শান্নগনি।

মতম শাংনা নুমিৎ তরেৎনিরোম লাই হরাওববদি হুমনি, মঙানি, তরেৎনি, মাপননি চনবা নুমিৎ লাইরোই নুমিত্তা অমাইবীনা শরোই খাংগনি। লাই লোইগদনা নুমিৎ নীনি ব্রাৎলিঙৈদা লাই লম থোক্কনি। মাইবীনা কংলৈ থোক্তুনা লাই নুপী থিগনি। অদুবু লাই নুপী থীবা অসি হৌজিক্তি চৎনদ্রে। মমিংতা ওইনা মাইবী মশেন্না তৌনবে।

লাইরোই নুমিত্তদি নুমিৎ খুদিংগী তৌবা থৌবমশিং অদুগী মথক্তা তৌদবা য়াদ্রবা অমাইবীগী থৌরমশিং লৈ। মদুদি : লৌয়ান ঈশৈ, লৌকা ঈশৈ, ঔগ্রী হংগেন, লিকশাবী, শবি লিৎপা, খেঞো,হিজন হিবাউ অসিচিংবা অসিনি। মসি লোইববা মতুংদা লাই তেথবা হায়বা লাইনা নোংকাপ্রবদা লাইগী মপোৎ মচৈ লোইশিনবা লোইরগা লৈ হুন্দুনা লাই থম্বগী থৌরম অমা অমাইবী অমাইবনা পাঙথোকই। লাই তেথবা লোইরগা অমাইবীনা মাযকৈ মবিদা হৈরম, লৈরম, কবোক,

য়াম, চেঙ, লাংথ্রে, হৈবীমনা শিংজুনচিংবনা শরোয় খাংগনি। মসিদা অমাইবীনা হৌনবী মতুংইন্না লাইরোনগা কোন্ননা হরাওরিঙৈদা তিনবা তীনমু-লাইমু ফত্তবা তানথোক্কনি। লোইশংদবা নোংমা য়াৎলিঙৈদা নুমিদাংদা অমাইবগা অমাইবীগা থোক্লগা লাইগী থাঙ হাইগনি, মথংদা লাইরোই ওইরগনি।

অসুম্না অমাইবীনা কংলৈ হরাওবদা হরাওবা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা চাউরবা থৌদাং য়ারী।

### (আ) মোইরাং হরাওবদা অমাইবী

মোইরাং থাংজিং হরাওবা অসি কালেন থাগী হুমনি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তগী হৌই। ঈকুম ঈতারগা ঈশিংদগী লাই লৌখৎপদা অমাইবীগী থৌদাং চাউনা লৈ। অমাইবী অমাইবনা জগোই খুৎথেক কৎলি অমসুং লাইগী হৌনবী থৌরম তৌই।

অমাইবা অমাইবীনা ঈশায়ফু পায়দুনা জগোইগা কোন্ননা মায়কৈ মরি ওন্দুনা হায়রগা হিরী তিংদুনা ঈকৌগনি। ঈকৌবা লোইরগা হিরাওদুনা লাক্লগা লম্বী থেংখাং খূদিংগী জগোই শাই। অহুম্লক নৎত্রগা মঙারক জগোই শাগনি। লাইমাঙ য়ৌরক্লবদা মৈ থাদুনা ফৌদাং খোংগাল, ঙমুনচিংবা থাদুনা লাইগী হৌনবী হে লৈ পুকলেন চনিং ফাংখোং শেংখোং পাম্বোমনচিংবা থারগা শরেনগী চফু উয়ান ঙানচিংবা থাই। শাবাইবী (অমাইবী)না শরীক খিংদুনা শরেল কৎলি। কৎপা লোইরগা লৌথোক্লগা লাইগী চাক থোংবনা থোংগনি। থোংবা লোইরগা চফু অদু লাইমাঙদা পুশিল্লি। লাইগী মঙচঙবীনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী কৎখিবা অদুগী অফ-ফত্ত খুদম চাংদম য়েংদুনা লাইগী মপাউ চেল্লি।

লাইহৌগী নোংঙাল্লগা য়াকাইরোল শকপা লোইরগা অমাইবীনা লাইহৌ জগোই শাদুনা লাইহৌগনি। মথংদা খুরক লৈয়োল্লগা লাইচিং জগোই শাদুনা নোংমগী হরাওবগী থৌগল অমাইবীনা হৌগনি। অমাইবীনা জগোইগা কোন্ননা লৈশেম নোংশেম অমসুং হকচাং শাবা, পাম য়ানবগী জগোই শাই। অমাইবীনা লাইচিং জগোই শাগনি অমসুং লাইবৌ শান্নগনি।

অমাইবীনা তিললু লাইরু লাইরেল মথেক চৎলগা মায়কৈ মরিদা মৈ থাদুনা থাঙ হাইদুনা চৎপা লোইরগা অমাইবীনা লাই হঞ্জিল্লক্লগা ফম্বালদা লাই চেপলগা থৌরম লোইশিল্লি।

**(ই) ককচিং হরাওবদা অমাইবী :**

ককচিং লাই হরাওবদা অহানবদা অমাইবা নৎত্রগা অমাইবীনা লৈরায় য়খাংগনি। লৈথক লৈখা খয়োম লাক্কনি। মসি লোইরগা ঈকৌগনি। ঈকৌবদা ঈকূমগদবা অমাইবী নৎত্রগা অমাইবদি ঈরূপফি অমদি কোকখুমফি ফিরুক খুম্না শেৎকনি। খওই পুবনা পুরিবা ঈকৌফু অদু লারোল অহুম্না য়োম্বা গুরুগী লৈপোপ মাপল লাইনিংথৌগী লৈপোক তরেৎ পূন্না য়োম্বা লৈয়োম য়োমলিবা লাগী লাতোন্না কূপ্না শেগায়দুনা ঈহায়ফুগী মপান অকোয়বদা লেকথনা য়ানথদুনা শেম্বা ঈহায়ফু খুৎয়েৎনা পায়গনি। ওয়না শরিক অদু মায়খুমফিগা য়াওনা পূন্না পায়মিন্নগনি; অদুগা মীশিংদা ফি চোৎনা খ্বাং য়ৌনা কূম্লগা অহানবদা মায়কৈ তাইগনি; থাংজিং, ব্রাংব্রেন অমসুং কৌব্রু লাইয়াম পূন্নমকপু তাইগনি। অদুদগী লৈহৌরোল লোল্লগা অমাইবীনা লাইপাউ চেনগনি। মথংদা লাইরোল অসি লোইরগা ঈনুংবুংদা লূপকনি। মদুদগী ফাওগৎলক্লুনা পুখৎলক্কনি অদুগা খওই পুবগী মঙক্তা পুল্লিবা হিগাও ফিদুদা হাপকনি। ঈকৌফুদা লৈবা গুরু লাইয়িংথৌ অমদি লাইরেম্বীগী লৈয়োমদগী লৈপোপ লৈনা অমমমনা কোলোইদা কাগনি। অদুগী তুংদা-- ঈকৌরিবা অমাইবদু ঈশিংদা অমুক কূম্লগা কংফালদা দোলাই অমদি খওই পুবরোমদা ওনশিন্না লেপ্লগা খূৎ অনী শম্লনা খুজোক্লা ঈশিংদু অহুম্লক মাঙলোমদা ইম্থোক্কনি। অদুগা খওইদা অহুম্লক মথংদা দোলাইদা অহুম্লক চাইখৎকনি। লাই ঈকারক্লগা ফম্বাল লাংলবদা অমাইবীনা জগোই ওক্কনি।

লাইহৌ নোংঙাল্লগা অমাইবীনা অয়ুক্তা লাইপাউ চেনগনি। নুংথিলগী মতমদনা অমাইবীনা মীয়ামদা হৌজরগে তাকপগী ওইনা মথং মথং খুরুম্না লম কুম্মে ওক্কনি।

হরাওবা য়াওগদবা মীয়াম পূন্নমক পরেং অনীদা মথং মথং অমগী তুংদা অমা লেপকনি। অমাইবীনা ওয় অদুগা অমাইবনা য়েক্তা মাঙ চিংগনি অমসুং জগোই ওক্লুনা হৌগনি।

মঙাং, লুবাং, খুমন অহুমগী মশক লৌদুনা অমাইবীনা নাউয়োম লৈহুন তমগনি। অমাইবীশিংনা নাউয়োম তাংবলগী লাখায় লৈহুল তল্লিবদুদগী লৈপোপ লৌরগা খুরকলৈ হাপ্লা য়েপকনি। খুরকলৈ হাপ্লা লোইরবদা লাইমাঙদা চঙদুনা লাইপুবগী মাঙদা চঙদুনা অমাইবী মকোক লাইয়িংথৌগী মপাদা মথংদনা লাইরেম্বীগী মপাদা মাঙদা লাইহৌ জগোই হৌনবা তৌগনি। অনোয়রোলগা

লোয়ননা অমাইবীনা হকচাং শাগৎকনি। মসি তাইবঙ চাদা নাউদনা খূৎথেক ৬৪ দগীনা ৩৬৪ নচিংবা শান্নগনি। অসুম্না অমাইবীনা লাইবৌ খূৎথেক্লচিংবা লোইরকপদা পেনা লাইরোল শৈশক তারক্তুনা মীয়াম্না খূৎথেক জগোই শাই।

মথংদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী শক্তম লৌনা অমাইবী অনী ফিশঙ মথক্কী ফিবুলবু অওক অথোং শান্ননা চোংখোং লিৎকনি। চোংখোং লিৎপা লোইরগা লাইরেল মথেক চৎকনি। লাইরেল মথেক লোইরগা অমাইবা অমাইবীনা লাইহৌদগী লাইরোই ফাওবা শান্নরগা লৌতারোল শক্কনি।

থৌরম অসি অমাইবীনা নুমিৎ খূদিংগী ঙমদ্রবসু অহৌবগা অবোইবগদি তঙাইফদনা তৌদবা য়াদে। লাইরোই নুমিত্তা ঙাপ্রুম তানবা হায়দুনা অমাইবা মরিগা অমাইবী অমগনা লাইবৌ চোংলিঙৈ মনুংদা শান্নৈ। লাইগী থৌগল লোইবগা মতুংদা অমাইবীনা থৌগল ঈশৈ শক্কনি। লাইনিংথৌ সনামহীদা অথেনপোৎ লুকলেন কৎকনি অমসুং মীয়ামগা লোয়ননা পুন্সিরোলসু নিজগনি।

লাই হরাওবা লোইরবা মতুংদা অমাইবীনা হুমনিশুবদা লাইথোং হাংলগা লৈ খোমগনি। খোমলিবা লৈশিংদু শাবুংদা মৈ থাগনি। অসুম্না অমাইবীনা ককচিং লাই হবাওবগী থৌরম পাঙথোকই।

### (ঈ) চকপা আন্দ্রোগী পুরৈরোম্বা হরাওবদা অমাইবী :

কালেন থাগী অফবা লাইচা থাবান য়েংদুনা আন্দ্রোগী পুরৈরোম্বা হরাওই। চকপা পাখং লৈশাবীশিংনা পুং য়ৈবা বাঁশী খোংবা পেনা খোংবা শেল য়ৈবগা লোয়ননা লাই ১০ অমদি গুরু ৩গা পূন্না মথং মনাও নাইনা লৌখৎলি। লৌখৎপা লোইবগা অমাইবী ১০, পেনা খোংবা ২, পুং য়ৈবা ৪ অসিগা নিঙোল লাকপগনা লৈরাং লৈহুন তম্মী। মথংদা অমাইবী ১৩ না লৈশেম জগোই শাদুনা লাই ১০ দা থৌগল তৌই। পাময়ানবা ঈশৈ শক্তুনা পাম যাল্লগা ব্রাংলৈ য়ু থক্তুনা পোৎথাই। মথংদা চকপা পাখংনা লাইখোঙ পায়দুনা অমাইবীনা লাইপোৎ পুদুনা লৈশাবীনা লাইগী কোল লীক পায়দুনা চকপাচা শব্রাংচা মখৈনা হোই লাউদুনা লাইবৌ চোংই।

লাইবৌ চোংবদা হকচাং শাগৎপগী খূৎথেক্কা লোয়ননা লশিং মনবা, লশিং তকপা, লশিং কাপ্পা মোইথাপ নাইবা লং লংবা ফি হৌবা, ফি শাবা, ফি ককপা, ফি থুপ্পা হায়রিবা মওংশিং অসিগী জগোই খূৎথেক অমাইবীনা শুনা শাগনি। অমাইবী

অনীনা ফিবুল শান্নগনি, য়োৎ য়ানগনি মথংদা চুংগোই চোংগনি। লেরে জগোই শাগনি। লাইবৌ চোংগনি নুমিৎ মরিনি চূপ্পা হালেঙ হঞোক অনীগী মোংবা মরানয়াইদা শঙগুম চনগনি। অমাইবী তরাহুমদোইনা লফুৎ ২দা ফম্লগা চকপা পংখংশিংনা শীংঙেন লৈরাং হৈহুন তমগনি। হালেঙ হাজোক অনীগী মমাঙদা লৈশেম জগোই শাগনি। ৬ নি চনবা নুমিৎসু লৈশেম জগোই লাইবৌ শাদুনা কোরৌ চূপ্পা লেনগনি। ৭ নি চনবা নুমিত্তা লমলেন স্নাচিং লমলেন উরানচিং লমলেন নোংমাই মখোঙদা লাই লম থোকপদা ওকলাবা মমৈ ফুপা ককতবা অমা শাবেল চনগনি; অমাইবী ১৩ না চাহৌ চেঙ অমমম পুখৎলি। লমথোকপদা অমাইবীনা লৈশেম জগোই শাই। জগোই লোইরবা মতুংদা লাইগী শাবৌ চাই। লমলেন স্নাচিংদগী থম্না থম্বাল কৎলি, লমলেন উরানচিংদা কবোক চাই। থৌরম পূম্নমক অসিদা অমাইবীশিংনা অচৌবা শরুক য়াই হরাওবা মখল পূম্নমক্তগী আন্দ্রোগী হবাওবদা অমাইবী মশীং খ্বায়দগী য়াম্বা হেল্লি।

### (উ) চকপা ফয়েং হরাওবদা অমাইবী :

ফয়েংগী লাই ঈকৌবদা মফম অনীদগী মতম অমত্তদা ঈকৌখৎকনি। মপা ইবুংঙো কৌব্রুগীনা পুখ্রিদগী মচা ইবুংঙো লোইয়ালাকপগীনা তুবেলদগী ঈকৌখৎকনি। অমাইবীনা লাইশোন শোল্লগা খয়োম ৫ লাক্কনি। লাইমাঙদা কোনথা য়াইথাগনি, খুনেৎ খুদা শেল নেৎতুনা ঈকৌবগী থৌরম পাঙথোক্কনি। তুরেল হৈরুক কৎকনি। হিরি লং তিংদুনা লাই ঈকৌখৎকনি। মথংদা অমাইবীনা লাইপাউ চেনগনি।

নুমিৎ নীনি শুবগী থৌরমদা অয়ুক্তা অমাইবীনা লাইমাঙ ফমই। মথংদা অমাইবীনা লাইওক জগোই শাগনি। মথংদা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাইলুক চল্লি।

নুংথিলদা লাইথেন কাবা চৎপদা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা থেন কাফম তান্না চৎকনি। মথংদা লাই শান্নগনি। অমাইবীনা লাই চিংথোকলিঙৈদা য়েৎথংবা নাকন্দা নুপা কাঙবুনা পুং-শেন য়াওনা হোই লাউগনি।

অসুম্না লাই চিংথোকপগা হোই লাউবগা মান্ননা লোইশিনগনি অমসুং অমাইবীনা লাইবৌ শাগনি।

লৌ য়ানবদা অমাইবীনা মকোক চিংগনি মথংদা য়াওশোক পুবী মথংদা য়াংলেন পায়বী নুপীশিংনা মথং মনাও নাইনা কোয়না চৎতুনা লৌ য়ানগনি অমাইবীনা লাই চিংথোক্কনি।

লাই লৌকুম্বা হায়দুনা অমাইবী অমাইবা য়াওনা থৌরম অমা লাই কৈথেল কাবগী মথংগী নুমিত্তা পাঙথোক্কনি। লাই লৌকুম্বা অসি লাই লম থোকপগী থৌরমগুম্বনি। লাইথেন কাবদা পাঙথোকপা থৌরমগা লাই লৌকুম্বগী থৌরমগা খেন্নদে।

লাই কৈথেল কাবগী থৌরমদা অমাইবীনা লাইবৌনচিংবা শাই। লাই কৈথেল কাবগী হল্লক্লগা লাইবুংদা অমাইবীনা অমুক হন্না লাইবৌ চোংগনি।

হরাওবা লোইগদবা নোংমা ঝাৎলিঙৈদা নুংমিদাংদা অমাইবগা অমাইবীগা থোক্লগা লাইগী থাঙ হাইগনি।

ফয়েংগী লাইরোই নুমিৎকী থৌরম অয়াম্বদি অমাইবীগী শরুক ইয়াও য়াওদ্রে।

**(উ) চকপা লৈমরাম হরাওবদা অমাইবী :**

লৈমরামগী লাই হরাওবদা লোইয়াবাকপা অমসুং নুংথেল্লেমা অনী ঈকৌখৎত্রিঙৈগী মমাঙদা লাইনিংথৌ সোরাবেনগীনা হান্না ঈকৌখৎলি। অমাইবা অমাইবী য়াওনা পুং ঈশৈ পেনাখোংবা চুং-তা, ফিবাল পায়না য়াওনা কোনচল য়াইচল্লগা লাই ঈকৌখৎলি। ঈকৌবা মতমদা অমাইবাঅমাইবীনা হিরী তোংশং ফান্না লৈয়োম পায়দুনা ঈরাৎপুন্দুদগী লং অহিংবনা হিরী তিংদুনা শরিক খিংদুনা ঈকৌগনি। লাইহৌ নোংঙাল্লগা নুমিৎ হুমনিদি শীংজাপেকপী লাইফমদা অমাইবা অমাইবীনা লাই শান্নে। লাই শান্নবিঙে মনুংদা লাইশিং চনবা নোংমা, লাই লৌকুম্বগী নোংমা, লাই কৈথেল কাবগী নোংমা অসুম্না নুমিৎ হুমনি লমদা লাই হরাওই।

অয়ুক্কী থৌরমদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীমকতা শাবাং শারেল অমমম কৎলি। অমাইবনা মিংথৈ শোল্লি, অমাইবীনা শবিক খিংই। লাইগী চবানফু য়েংলিঙৈ মতমদা অমাইবীনা লাইগী লাইমাঙ ফমদুনা লাইপাউ চেল্লি। থোংবা লোইরবা মতুংদা অমাইবী অমাইবা অমদি ফম্লাইবশিং য়াওনা চবানফু অদুগী অফ-ফত্তগী খুদম চাংদম য়েংই। নুংথিলগী মতমদা লাইগী শীং চনবা চৎপদা, লাইনিংথৌ লাইরেম্বী য়াওনা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা চৎলি।

লাইফম য়ৌরগা অমাইবগী মথৌ লোইরবা মতুংদদি অমাইবীনা লাইবৌলা থাগনি। লাই লোইগদবা নোংমা ঝাৎলিঙৈদা নুমিদাংদা লাইবুং চুথেক ৪ দা মৈজাউ

হৌগৎলগা অমাইবা অমাইবীনা লাইবৌ লা থাবনি। লাই লোইগদবা নোংমা য়াৎলিঙৈদা নুমিদাংদা লাইবুং চুথেক ৪ দা মৈজাউ হৌগৎলগা অমাইবা অমাইবীনা লাইথাঙ হাইগনি। শিংজা পোকপী লাইফম য়ৌরগা অমাইবগী মথৌ লোইরবা মতুংদদি অমাইবীনা লাইবৌ লা থারগা ঈশৈ শক্তুনা লাইবৌ চোংই। অরোইবদা অমাইবীনা কোনজল য়াইচল্লি। অসুম্না লাই হরাওবা অদু লোইশিল্লি।

## (এ) চকপা সেকমাই হরাওবদা অমাইবী :

সেকমাইগী লাই হরাওবদা লাইহৌ নুমিত্তা অমাইবা অমাইবীনা লাই ঈকুম ঈতানবা লাইগী পোৎলম পূম্নমক শুনা শেম শাগনি। লাই ঈকৌবদি কৌজেং লৈমগী খুভমগী মনাক্তা চেল্লিবা তুরেলদগী লৌখৎলি। লাই ১২গী মরক্তা লাই অনীতমক লৌখৎলি। লাই ১০ অদুনা লোইশঙদা থমই। লাই অনীদু লৌখৎপা চৎপদা শেনপোৎ লাইপোৎ পুবশিং শেন য়ৈরদুনা তা পায়বা নুপাঅমনা মাঙ থারগা অমাইবা অমাইবীনা লুচিংদুনা ঈকৌবা চৎকনি। কৌজেং লৈবগী মসাইদা ঈতাগদৌরিবা মতম অদু য়ৌরগা অমাইবা অমাইবীনা মাগী মাগী মথৌ তৌগনি। অহানবদা শরোই খাঙগনি অমাইবীনা লাইগী খয়োম ১২ লাক্কনি, অসিগী মতুংদা লাই ঈকৌগনি। অমাইবীনা লাইচিংগনি।

ঈকারক্লগা শঙলেননা তা খৌশাবা লোইরগা অমাইবীনা জগোই ওক্কনি। লাইগী শরেলসু কৎকনি। কৎলিবা শারেল অদুনা থোংবা লোইরগা অমাইবা অমাইবী য়াওনা খুনগী অহল লমন গা লোয়ননা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাইগী পুং থীন্দুনা কৎকদবা পূম্নমক কৎকনি। লাইহৌ নোঙানবগী লাইদা অথেনপোৎ কারকপা হৈরুকশিংদু অমাইবা অমাইবীনা লৌশিল্লি। অমাইবীনা জগোই শারগা লাইবৌ চোংবা হৌই। লাইবৌ চোংবদা নুপী অমসুং নুপা পরেংগী য়েত্তা অমাইবী পরেং চৎলি। ওয়দনা পেনা খোংবা চৎলি। অসুম্না লাইবুং থুংনা কোয়দুনা লাইবৌ শাই। অমাইবীনা পাতোনা চৎলগা ফিবুল শান্নে।

লাইরোই নুমিৎতা অমাইবীনা লাইচিংথোক্তুনা লাইচিং জগোই শাই। লাইবৌ শাবদা হকচাং শাগনি। অমাইবীনা পাম হায়দুনা ফি শাগনি। ফিবুল শান্নগনি। তাংখুলনা য়োৎ পায়দুনা লৌয়াল্লিঙৈদা অমাইবীনা থাঙ হায়গনি। মতুংদা অমাইবা অমাইবী য়াওনা শরী লীৎপা অমসুং শরি হনবগী থৌরম পাঙথোকই। থাবল চোংই। অরোইবদা লাই ঈশৈ শকপা লোইরগা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাই নোঙ্গাদুনা হরাওবা লোইশিল্লি।

অসুম্মা অমাইবীশিংনা লাইফম লাইফমগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা ঈচেলদা, থৌরমদা মফম মতম খেন্ননা থৌদাং য়ারি। অসিগুম্বা থৌদাং অসিদা অমাইবীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না লূনা কিনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌ অমা ওইনা লৌদুনা লাইগী থৌগল তৌই। লম লমগী লাইগী চৎনবী হৈকৎ-লৈকৎ, হৈথা-লৈথা থৌরম খেন্নরিবশিং অসিগীদমক অমাইবীশিংনা খঙদবা য়াদ্রবা শিনফম অমা ওইনা লৌদুনা লাকলি।

## (খ) কুম চনবা

কুম চনবা হায়বসি লাই হরাওবগী লাইহৌ নুমিত্তা পাঙথোকপা থৌরমগা চপ মান্ননা পাঙথোকই। নুমিৎ কয়ানি চূপ্না হরাওবা ঙমদবদগী লাইগী থৌরম থৌদাদি পাওথোক্তবা য়াদবনা কুমচনবা হায়বা লাই হরাওবগী থৌরমদা অমাইবীনা অচৌবা থৌদাং লৌবগুম কুমচনবগী থৌরম অসিদসু অমাইবীনা মপূং ওইবা থৌদাং লৌই। কুম চনবগী থৌরম অসিদা অমাইবীনা লাইগী ফিজোল (ফি-রোল) হোংদুনা ফম্বাল লাংই। অথেনপোৎ কৎলি। লৈহূন তম্মী। মথংদা পেনানা ফম্মাঙ থৌগল তৌরবা মতুংদা অমাইবীনা লাইপাউ চেল্লি। থৌরম অসিদা অমাইবীনা লমলাই তাইগনি। মায়কৈ ঙাকপা লাই তাই, শরোই খাঙই।

কুম চনবদু ঈকৌদে। কুমচনবা নুমিত্তা ফম্বাল লাংলগা লাইগী থৌরমশিং অসি মথং মনাও কায়দনা তৌগনি। নুমিৎ অসিদা লাইবৌ চোংবদি য়াদে। অমাইবীনা জগোই মতেক মতেক ওইনা ফৌ হুনগনি, লৌ য়ানগনি। অরোইবদা লাইদা কৎখিবা পোৎচৈশিং থোং-থাকপা লোইরগা কৎকনি। অসুম্মা লোইরগা অমাইবা অমাইবীনা কুম চনশিনগনি। লাই নোঙ্গাদ্রিঙৈদা থৌনিজহৌগনি। মসিদা অমাইবী অমাইবনা মতম খরগী ওইনা ব্রাশক্রদুনা হায়জদুনা নিজগনি। হায়জবা মতমদা শাগৈগী অহল নৎত্রগা লাইপু ওইরিবা অদুনা লাৎচরিবা লাই অদুদা চহী খরগী ওইনা ব্রাশক পরৈনদুনা হায়বদি মহাক্লা অকক্লবা চহী খরদংদি হরাওজবা ঙমজখিরোই মতম অদু ফাওবদংদি চীংঙু লাইনিংথৌ অমদি খোইমোম লাইরেম্বী অনীনা চানবীয়ু। হরাওজবা ঙমগদবা মতমদা হরাওজগে হায়দুনা নিজগনি। অমাইবী অমাইবনসু হায়রিবসিমক নিদুনা ননাই ঐখোয়সু চীংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা হৈনা ভুংইন্না থৌনিজবা ঙমজবা পীবিয়ু। নিজরিবা অসিদংদি কুবিয়ু চানবিয়ু হায়না নিজগনি। মতৌ অসুম্মা অমাইবীনা কুম চনবা থৌরমগী থৌদাংদা শরুক য়াই।

## (গ) চাকলোন কৎপা :

শাগৈগী নৎত্রগা উমংলাইগী চাকলোন কৎপা মতমদা অমাইবী হায়বসি থৌরম পীক্লবসু চাউরবসু তঙাইফদনা চঙদবা য়াদে। চাকলোন কৎপদা অমাইবীগী থৌদাং পনদ্রিবৈদা চাকলোন কৎপা করিনো হায়বগী মতাংদা শন্নপ্না পঞ্জরি।

য়েলহৌভৈগী তাইবঙ খুল্লিংনরকপা মতমদগী হৌনা খোইয়ুম লাইগী থৌরম কাউদনা চৎনরক্তুনা লাইগী মফমদা ঙমজবা হৈরাং লৈরাং চেঙ-চাকনচিংবা কত্তুনা থৌনিজববু **চাকলোন কৎপা** কৌই।

চাকলোন কৎপা অসি মখল অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্বা য়াই, মদুদি :

(অ) শাগৈগী ওইনা চাকলোন কৎপা

(আ) লৈকাইগী (উমং লাই) ওইনা চাকলোন কৎপা।

### (অ) শাগৈগী ওইনা চাকলোন কৎপা :

শাগৈগী ওইনা চাকলোন কৎপা তারবদি শাগৈগী পীবানা থৌরম পূম্নমক শিল্লি। শিঞ্জরবসু লাইগী তৌদবা য়াদবা থৌরম খরদি অমাইবীনা পাঙথোকই। অদু শাগৈগী লাই অদু লৈকাইগা পূন্না হরাওমিন্নবা তারবদি মদু উমংলাইগী শিংদা চনগনি। অদুগা হরাওবগী থৌরম পাঙথোকই।

### (আ) লৈকাইগী (উমং লাই) ওইনা চাকলোন কৎপা :

লৈকাইগী লাইনা চাকলোন কৎপদা লৈকাইগী থৌদাং লৌরগা থৌরম অনী পাঙথোকই। লাই হরাওবদা চঙগদবা পোৎচংশিং চঙগনি। অদুগা চাকলোন কৎননবগী তোঙান তোঙানবা চেং চাক পোৎলম চৈরম, শরেল ঙা, ঙাপাৎ শাবাং অসিনচিংবা লোইনা য়াওগনি। লাইগী থৌরম খাচং তৌবদা অমাইবীনা তৌগনি। করিগুম্বা হান্না চাকলোন কৎহৌদ্রবদি কুমচনবা নুমিত্তা কুমচনবগা চাকলোন কৎপগা নুমিৎ অমত্তদা পাঙথোকমিন্নবা য়াই।

### চাকলোন কৎপগী মওং :

অমাইবীনা শেম্নবা অথেনপোৎশিং অদু লাইমাঙদা কৎলি। কৎলিবা পোৎচৈশিং অদু অমুক থোংবা লোইরগসু কৎকনি। কৎপা লোইরগা চামায় য়েংবা হায়দুনা চৎনৈ। চামায় য়েংলগা কুমদুমগী খুনদুগী নুংঙাই য়াইবী মরাং-কাইনা খুঞ্জাও লৈচাওনবা পীনবিয়ু হায়না অমাইবীনা নিজে।

**কৎপা মতমদা কৎপগী মওং :**

মওং অসি কনাগুম্বশিংনা থিগ্রিঙৈদা চফু উয়ান অদু লাইমাঙদা থাংজিল্লগা কৎপা নৎত্রেগা লাইমাঙদা থাংজিল্লগা কৎপা তারবদি অমাইবীনা অসুম্না হায়রগা কৎকনি।

*"তরা রালহৌশংদা নশু ইবুংঙো হিবুংথৌনা তরা রালহৌশংদা চঙনা মথেল লুকোই লাংদুনা চবি চাবান থোংবদি চীংঙু নখোঙখাদা পুরকএ। চাজাক ইরিবা লোইমোম লাবা ফৌজংবা পিনবিয়ু হায়না নখোঙ খুয়া খাদা থৌনিরকএ।"*

থিবগা কৎপা তারগনা মখাগী লাইবোল অসুমনা অমাইবীনা হায়গনি—

*"তরা রালহৌশংদা চংনা তরা রালহৌরুরে চংবী লাতোন খায়না রাম্দোংথিনা চীংঙু নখোং খাদা কৎলিয়ে।"*

উমংলাইগী (লৈকাইগী) চাকলোন কৎপা মতমদা অসুম্না অমাইবীনা হায়গনি—

*নদাইরেম খুঙ্গং অচৌবা, তমফা উয়ুংকোন ফমদৌ নঙাইরোইশিং পুন্নমক্লা তরা রালহৌশংদা চঙনা মথেল লুকোই লাংনা চবি চাবান কৎলিয়ে খুঞ্জাওগে, লৈচাওগে চাকহোং ঙাহোংজগে চাজাক ইরিজগে লোইমোম লাবা ফৌচংগে, চীংঙু নরু খাকপু খুল্লগা নুংঙাই য়াইবী মরাং কাইজগে পুনসি নুংঙাইজগে" হায়না কৎপনে।* [৪৫]

অমাইবীনা কৎলগনা শরিক খিংগনি। অমাইবনা কৎলগনা খুবাক তাবুল অহুল্লক খুগনি।[৪৬]

শাগৈগী ওইনা চাকলোন কৎপা অসিদি শাগৈতগী মপা মপুগী ওইনা কৎকনি। চাবা মতমদসু শাগৈগী মীনা চাগনি। খুদম ওইনা পল্লবদা মঙাং, লুরাং, খুমন, অঙোম,মোইরাং, খা-ঙানবা, শরাং লৈশাংথেম অমসং চেংলৈ অসুম্না য়েক তরেৎ শলাই মাপলগী কৎলি। পুয়াগী মতুংইন্নদি শাগৈ তরেৎ য়েক তরেৎ চাকলোন কৎপা অসি তোঙান তোঙান্না শাগৈ শাগৈগী মতুংইন্না লাইগী থৌরম তৌনৈ। য়েক

৪৫. তাকপীবকপী : য়ুমশংবী অমাইবী, লমদেং
৪৬. তাকপীরকপী : মথক্কীসিগী মীওই।

য়েক্কী নৎত্রগা শাগে শাগেগী ওইনা চাকলোন কৎপদা খেন্নবা অমদি মান্নবশিং অদু খরদং শন্নপ্রা লৌখৎচরি।

**(১) মঙাং শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

ইঙা থাগী তরামঙানি পানবা থানিল নুমিত্তা মঙাং শলাই (নিংথৌজা) গী অপোকপা খুরুমএ।

**মপোক ময়িদি**— লৈকক লৈয়ারেল চনুনা নুমিৎ কোল্লে, পাখঙবা পোকএ। ইঙা তরামঙানি পানবা থানিল শগোলশেল নুমিৎকী নুমিৎয়ুংবা ময়াদনে। নাউরোইবীদি য়াবীরোকনে। থব্রায়মিচাক্তি-থায়য়নে। শলাই মচুদি অঙাঙবনে।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি নুংচেংদগী শোকএ। লৈদি থম্বাল অঙাংবনে। থাঙদি চকথাঙনে। শীংদি শয়িনে। নুং-পাৎ-উ অহুম্মক্তি নুংচেংদা লৈএ।

পোৎচঙশিং অসি শুনা হাপ্তুনা লুক হৌদুনা ফিরোয় ফিঙাম শুনা হাপতুনা লুক হৌদুনা ফিরোয় ফিঙাম সুনা কত্তুনা মঙাং শলাই পোকপা শিদবা পাখঙববু ঈরাৎতুনা অমাইবী অমাইবনা নুংঙাই-য়াইফ পুন্সি নুংশাংববু থৌনিজৈ।

**(২) লুব্রাং শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

ব্রাকচিং থাগী তরানিথোইনি পানবদা লুব্রাং শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

**মপোক ময়িদি**— তুংব্রাইবীদি থোইনুনা ইরোই কোন্দুনা পোইরৈতোন পোকএ। ব্রাকচীং থাগী তরানিথোইনি পানবা ইরাই নুমিৎকী চীংখৈ শুল্লকপদনি। শলাই মচুদি হিগোক্লে।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি লম্ফেলদগী শোকএ। লৈদি মেৈল্লেনে। হৈদি কিহোম্নে লাদি লায়াইনে। ঙাদি শারেং অব্রাওবনি। থাঙদি তোন্দুম্বনে, শীংদি হৈক্রুনে, মৈদি খোইজু মৈনে। নাহাইবদি উখোক মতোন্নে।

চঙগদবা পোৎলমশিং মশীং শুনা হাপ্তুনা লুব্রাং শলাইগী য়েক পুম্নমক্স লুব্রাং শলাই শিদববু ঈরাত্তুনা অমাইবী অমাইবনা নুংঙাই য়াইফবা পুনসি নুংশাংববু থৌনিজৈ।

**(৩) খুমন শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

খুরুম্বা : সচিফোয় থাগী তরামঙা পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অহিং নোংয়াইদা খুমন শলাইগী অপোকপা খুরমএ। নাওরোয়বীদি পিয়াইনুনে। থব্রায়মিচাক্তি-থায়াইনে। শলাই মচুদি অমুবনে।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি পুন্নেনদগী লৌগনি লৈদি লৈশং ক্বাকলৈ অনিমক্রে। হৈদি হৈবুংনে, ঙাদি শারেং অমুবনে, লাদি চংবীনে, ক্বাক্লানে অনিমক্রে। থাঙদি তোনককপনে শীংদি চাওখোংনে। নাহাইবদি পূংফাইনে, মৈদি মৈথাঙ তরেৎলক্তগী লৌএ। নুং-পাৎ উ অহুম্মত্তি পুন্নেনদা লৈএ।

মতৌ অদুম্না পোৎলম চৈরম মশিং শুরগা অমাইবী অমাইবনা খুমন পোকপা শিদববু ঈরাৎচদুনা থৌনিজগনি।

**(৪) মোইরাং শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

লমতা থাগী নিলমাঙ তরানিথোইনি পানবদা মোইরাং শলাইগী অপোকপা খুরুমএ।

**মপোক ময়িদি**— চিৎনু লৈমনা মচিক কোম্দুনা ঙাংহুনথোকপা ঙাংনিংশিংগা অনিমা পোকএ। লৈদি য়েরুম লৈনে হৈদি কাঙ্গৌনে, লাদি খাঙ্গানে। ঙাদি শারেং নাপুনে, থাঙদি য়েনবাতোক সাবনে। শীংদি কুহিনে, মৈদি মৈথাঙ অহুম্মকনে। নাহাইবদি নাওহিংনে।

পোৎচঙ চৈজং মশীং শুনা য়াওরগা মোইরাং শলাইগী য়েল্লুপচাশিংনা অপোকপা খুরুমগনি।

**(৫) অঙোম শলাইগী চাকলেন কৎপা**

মপোক ময়িদি লাইহিরিবীদি অহুমনুনে। নোংলুম কোল্লে, পুরৈরোম্বা পোকএ। ইঙেন থা নিলমাঙ তরানিথোইনি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎকী অয়ুক্কী য়ুথক তানবদনে। নাওরোয়বীদি খাকপা নিংথৌ চনুনে। থবায়মিচাক্তি থাদোন্নে। শলাই মচুদি অঙৌবনে।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি কোংবা মৈরোম্বীদগী শোকই। লৈদি থরো অঙৌবনে, হৈদি হৈরোংনে, লাদি লারোংনে ঙাদি শারেং অঙৌবনে। থাঙদি পুককথাঙনে। শীংদি উপন্নে, মৈদি মৈবা চিংদুনা লৌএ। নাহাইবদি তাইরেন্নে।

পোৎচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চন্নফমগী মতুংইন্না কৎতুনা অমসুং লুক হৌদুনা ফিবোয় ফিঙাম অথুম-অহাও, নুংঙাই য়াইফ পুন্সি নুংশাংনা পানববু অমাইবী অমাইবনা থৌনিজ্জে।

**(৬) খা ঙানবা শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

কালেন থাগী নিলমাঙ তরানি পানবদা খা-ঙানবা শলাইগী অপোকপা খুরমএ।

**মপোক ময়িদি**— থেরেলোংবম চন্নুনা কৈ কোল্লে, খমচিং কোন পোকএ। কালেন থাগী নিলমাঙ তরানি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী অয়ুক্তনে। নাওরোইবীদি পুরোয় লেম্মুমনে। থব্রানমীচাক্তি— খোংচোমনুবীনে। শলাই মচুদি শংনা লাংএ।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি লৈতাঙদগী শোকএ। লৈদি লৈশংনে। লাদি লৈহৌলানে। ঙাদি শারেং ঙাঙনা লাংবনে। থাঙদি চিনাইবনে, হৈদি হৈবানে, শীংদি চীঙ য়েনশিন্নে। মৈদি লৈখাম- মৈব্রায়দগী লৌএ।

পোৎচঙশিং অসিনা মাগী মাগী চন্নফমগী মতুংইন্না কৎতুনা অমসুং লুক হৌদুনা ফিরোয় ফিঙাম অথুম অহাওসুনা কৎতুনা ঙানবা শলাইগী য়েল্লুপচা পূন্নমক্না ঙানবা শলাই পোকপা শিদববু ঈরাত্তুনা অমাইবীনা নুংঙাই য়াইফ পুন্সি নুংশাং থৌনিজে।

**(৭) শরাং লৈশাংথেম (চেংলৈ) শলাইগী চাকলোন কৎপা :**

ফাইরেল থাগী কুনতরুকনি পানবদা শরাং লৈশাংথেম শলাইগী অপোকপা খুরুম্মী।

**মপোক ময়িদি**— লফুবিদি লৈমনুনা হামেং কোন্দুনা লমলেকশাংগা নুঙঙৌয়িমথংবগা পোকএ। ফাইরেল থাগী নিলদুং কুনতরুক্লি পানবা য়ুমশকৈশ নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক্তনে। নাওরোইবীদি হুইমু লৈমনে; থব্রানমিচাক্তি লিকথা শাফবীনে। শলাই মচু দি শংনা ৱাওবনে।

**পোৎচঙদি**— ঈশিংদি তাকনদগী শোকএ। লৈদি লৈশংনে হৈদি হৈমনম নাইবনে। লাদি চংবি লায়াইনে থম্না ঈতাবনে। ঙাদি শারেং শংনা লাংবনে। থাঙদি খুনথোঙ থাঙনে। শীংদি নোংলৈশংনে, মৈদি মৈথাঙ মঙারক্তনে। নাহাইবদি নাপী শীংবীনে।[৪৭]

হায়রিবা পোৎলমশিং অসি শুনা য়াওদুনা ফিরোয় ফিঙাম্নচিংবা অমদি অথুম অহাও কৎতুনা শারাং লৈশাংথেম শলাইবু পোকপা শিদববু ঈরাৎ থৌনি তৌজগনি।

৪৭. য়ুম্নামচা বুধিচন্দ্র অমসুং নিংথৌমচা মণিস্না, **ইমোইনু অহোঙবীগী তুঙনফম** (ইম্ফাল: নিংথৌমচা মণিস্না), ১৯৮১, লা: ৩৫-৮১)

শাগৈ শাগৈগী ওইনা কল্লকপা পোৎচঙশিংদা লোয়নমক শুনা কৎপা ঙমদ্রবসু অফংবা খরদংনা মহুৎ শিন্দুনা কৎনৈ।

**(ঘ) অপোকপা খুরুম্বা :**

অপোকপা খুরুম্বা মতমদা অফবা নুমিৎ থাবান যেংদুনা খুরুমগনি। অপোকপা খুরুম্বা হায়বসি শাগৈগী নত্তনা ইমুং অদুগী নুংঙাই য়াইফবা পীবিনবগীদমক্তা খুরুমনৈ। য়াম্না তোয়নদি খুরুম্নদে। মতাং মতাংগী ওইনা খুরুম্লগা লন নিজগনি, লাংবন থাদা মচা নিজগনি অদুগা পোইন্নু থাদা খুরুমজবনা পুঙ্গি নিজগনি।

**পোৎচঙ—** অপোকপা খুরুম্বগী পোৎচঙদি মাগী মাগী শলাইগী পোৎলম অদু নত্তবা লৈশং ৩, ক্বা মতোন থোকপা ৩, মনা ৩, লফোই লফাং চঙথোকপা ৩, পানা ৩, হৈরুক পানা ৩, খুদৈ ৩, খোইরু থাংমৈ ৩, খুদৈ অদুদি ফিদা ওইনা ইপা ইপু ইবুংঙৌগী ফমফমদা থাগনি।[৪৮] পোৎলম চৈবম মশিং শুনা যাওদুনা অহৈবী অমাইবীনা অপোকপা খুরুম্বীগনি।

কৎলিবা পোৎচৈশিং অদু ইমুং অদুগী মী নত্তনা অতৈগী মীনা পোৎ অমত্তা চাবা থকপা য়াদে। চাবগী অবেম্বা পোৎ মখৈ ইমুংদা কোম অমা তৌদুনা ফুমগনি। কোম অদুদা খোইরু থাংমৈ ৩ থানগনি, লুখাক অদু চাবা লাইদি ওককী মশক মাল্লি মঙোম্দসু মহৈ নিজগনি অদুগা অহানবদা পোৎলম শুনা অমাংবগী শরুক হান্না থাদোক্কনি। অদুগা কোম অদু কোনয়াই চনগনি।

**(ঙ) শাগৈগী অপোকপা খুরুম্বা :**

অফবা থাবান নুমিৎ য়েংদুনা শাগৈগী অপোকপা খুরুমগনি। শাগৈগী অপোকপা খুরুম্বা মতমদা মাগী মাগী যেক শলাইগী মতুংইন্না হৈ, লৈ, লা, শীং, ঈশিং পূম্নমক অদুগা লোয়নননা পোৎ লাংগনি।

**পোৎচঙ :** তাঙবল ওইনবা ফিবাং অমা, লাই ইপুধৌ, ইবেনধৌগী ফনেক অমা ইন্নফি অমা, খ্বাঙচেৎ অমা, নমথাঙ অমা, লফোই লফাং চঙ থোকপা, মনা,

৪৮. ঙাবিযাম্বমব কুলচন্দ্র সিংহ, অপোকপা থৌনিরোল, অনীশুবা খুৎনম, (ইম্ফাল, অইবা মশা, ১৯৬৭), লা: ১১।

ক্কা, অথুম অহাও, লৈকল-লাকল, ঙা শারেঙ শলাইগী মতুংইন্না মচু, ঙাপাং শাপাং, ঙামু, লাংথ্রে, স্না কোনয়াই পু অনি, চেঙ, অসি য়াওগনি।[৪৯]

হায়রিবা পোৎলমশিং অসি য়াওদুনা অমাইবীনা শাগেগী অপোকপা খুরুম্বগী থৌরম পাঙথোকই।

**(চ) ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা :**

ফুঙ্গা অপোকপা খুরুম্বা মতমদসু অফবা নুমিৎ থাবান য়েংদুনা অহৈবী অমাইবীনা খুরুম্বীগনি।

**পোৎচঙ :** কুরু (গুরু) অহুমগী (ইপুধৌ, ইপু, ইপা) তাঙবল অহুম, লফোই লফাং চঙথোকপা অহুম, মনা অহুম, ক্কা অহুম, লৈশং চরোং অহুম, শলাইগী লাই য়েক লাইচু মতুংইন্না ঙা শরেঙ (শলাইগী মতুংইন্না) ঙাপাং শাপাং, ঙামু খোইরু থাওমৈ, শেন্দাই অহুম লাংথ্রে, হৈ মনম নাইবা, লৈশং, হৈকৎ লাকল, অথুম অহাও, চেঙ অসি য়াওগনি।[৫০]

অসুম্না পোৎলম চৈরম মশীং শুনা য়াওরগা অমাইবীনা ফুঙ্গা অপোকপা খুরম্বগী থৌরম পাঙথোকই।

**(ছ) পাখঙবা চেঙহোংবা :**

কালেন খাগী পানথৎলকপা তরামঙানি পানবদা ইবুধৌ পাখঙবা চেঙহোংই। চীংঙু মরম্বু খোইয়ুম অমাইবনা সনা লমওক শক্তুনা অমাইবী পেনা খোংবনা লাই থেমগৎলগা লৈমা নিংথৌ লৈপাক মীয়াম ফমদৌ নিংথৌনা পুখৎলি। অমাইবীনা চীংঙু উংবা মমিতম খোইয়ুম খঙদনা মপা লাক্তুনা লাইপাউ চেল্লি। অসুম্না পাখঙবা চেঙহোংবদা অমাইবীগী থৌদাং য়ামদ্রবসু, তঙাইফদনা অমাইবী চঙদবা য়াদে।

---

৪৯. ব্রাংথেময়ুম জয়চন্দ্র মৈতৈ (সম্পাদক), য়ুমদা য়ুমথাইলোন, (ইম্ফাল, সম্পাদক), মশা, ১৯৭৩), লা: ৪৭।

৫০. অঙ্গি, মথক্কীসিদা, লা: ৪৮।

অমাইবীগী মথৌদি কনাগুম্বা কনাগুম্বীনা কৎলরিবা পোৎলমশিং অদু তাইবেল পুংফাইনা খীকতোক চামথোক্লগা মফমচানা চানা শিন্দুনা লাইগী মমাঙদা থেন্দুনা থম্মই।

লাংথ্রেনা লাইগী ফম্বালদা লৈহুনগী মবক্তা লৈহুন তমদুনা কৎলি। লৈসুনা লাইগী কৎলিবা লৈবম মবক্তা কৎলি। অদুগা হৈরমনা কৎলিবা হৈরমশিংগী মরক্তা কৎলি অসুম্না অমাইবীনা কৎলিবা পোৎশিং অদু মফম চানা থেন্দুনা লাইদা কৎপগী থৌবম পাঙথোকই।[৫১]

**(চ) সমামহী চেঙহোংবা :**

ইঙা থাদা লৈপাক নিংথৌগী যাইফনবগীদমক লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোংবগী থৌরম পাঙথোকই। থৌবম অসিদা লৈপাক্কী মীয়াম্না ঙমজবা চেঙ-চাক মনা-মশিং, অথুম-অহাওগা লোযননা থেন্দুনা কৎকনি। চেঙহোংবা নুমিৎতা লাইযিংথৌগী ফিবোই ফিঙাম হোংগনি। লাংথ্রে মপোপ মাপল লৈহুন তমগনি। লাইবুংথৌ মাপলগী লৈপোপ মাপল অমসু তমগনি। ফমদেংলিবা লাইগী ফানখোং মরিমক্তা লাবোন অমমম থারগা হৈক্রুক হৈবা তমগনি। লাইগী ফম্বাল মখাদা চনিঙ থাগনি। হৈবা অমদি লফোই-লফাং চঙথোকপা মাপল মাপল কৎকনি। খোইরু থাউমৈ৯, ক্বা মতোন চোংবা মনাগা লোযননা ৯/৯ অমদি হৈকন-লৈকন মশীংশুনা কৎকনি। কুমদুমগী ফংলিবা অহিংবা পোৎ ঙমদ্রগা চেঙ চাক কৎলবিবা অদু অমাইবীনা মফম চানা চানা থমগনি। পোৎলমশিং অদু অমাইবীনা তাইরেল পুংফাইনা নাহৈথোক্কনি। অমাইবনা হৌনবী থৌবম তৌদুনা অপোকলোন শোল্লিঙৈদা অমাইবীনা শরিক খিংদুনা লাইগী মীংখৈ শোন্দুনা থৌবম তেংবাংই। অসিগী মতুংদা অমাইবীনা লাইপাউ চেনগনি। অসুম্না স্নামহী চেঙহোংবদা অমাইবীনা শরুক যাই।

**(ছ) পাখঙবা লৌখৎপা :**

পাখঙবা লৌখৎপগা সনামহী লৌখৎপগা অনী অসি হৈথা লৈথা অমসুং লাইবোন্দা মান্নদে।

৫১. তাকপীবকপী : **য়ুমশংবী অমাইবী**, লমদেং।

পাখঙবা লৌখৎপদা লংজা ৯, লৈয়োম ৭, হীদেনগী লফোই লমফাং চঙ থোকপা ২, চক্ষু মচা ২ চঙগনি চনিংগী কাগুপ থাগনি, লুকমাংকী কাগুপ থাগনি। চেংগৈ অহুম হৈগনি (লৈবাক্কী নিংথৌগী পাখঙবগী)। লফোই কাগুপ সেন কাগুপ য়াওগনি। লাইস্নাগীসু অদুম থাগনি। পোহাল য়াওগনি মদুনা লৈমরেল ঈশায়ফুদা হাপকনি। পোহাল অসিনা স্না অহিংবগী মহুৎ শিনগনি।

পাখঙবা লৌখৎপা মতমদা নুপা লাইপুবা অনী, পে পুবা অনী, লাইথাঙ পায়বা২ য়াওগনি। হেনবদি য়াই। লৈমরেলগী ইশায়ফু পুবী নুপী ১, হীদেনগী খয়োম পুবী ১, হৈরুক পুবী য়াওগনি। হৈরুক পুবীগা খয়োম পুবীগা শুপচিনবসু য়াই।

অমাইবী অনী, পেনা খোংবা অমা, খুৎচুম মাইবা ১ য়াওগনি।

অহানবদা অমাইবনা সনা লুপা কোনয়াই থাগনি, খয়োম লাক্কনি; অমাইবীনা লৈকু লৈরাই হৈরাল লৈরান্দুনা পুকয়ু-ব্রায় য়ু খাংগনি।

অমাইবীনা হীরি পুনখ্রিবা লৈয়োম য়োমখ্রিবা অদু ঈশিং পুনগা শম্নগনি। অমাইবীনা পাখঙবা অমসং লাইশ্রা অনীগী পাবোৎ কায়দনা লাইচিং লৌগনি-- মার্জিং, থাংজিং, ব্রাংব্রেন, কৌব্রু ওন্দুনা পাবোৎ কায়দনা মায়কৈ ৪ কৎকনি। ঈশিংদা খরদং শোক্লগা কারল চৎনরগা নোংথক্কগী থক্তা য়েৎ-ওয় কায়দনা লৌগনি। অনীনা লৈথক লৈখা পুনদুনা চক্ষু অনীদা হাপকনি। খাবীনা শরিক চোমজ্রাও পায়দুনা হীরি অনী পায়দুনা মাইবীগী লৈহৌরোল লোন্দুনা ঈকৌখৎকনি, লাইপাউ চেনগনি।

লাইপুবা অনীনা খোঙনেৎশেলগী মথক্তা লেপকনি। অদুগা খোঙদা ঈশিং থাদুনা লাইগী খোঙ শেংদোক্কনি। মসিবু লাইখোং শেংবা কৌই। অমাইবীনা মায়কৈ মরী ঈশিং শোক্কনি। হকচাংদা ওল্লগা অমুক্ত শোক্কনি মদুগা থারগা মঙারক তৌগনি। মসিনা থব্রায় মঙাগী মশক লৌরিবনি।

লাই কারক্লগা লাইবুং ওইরগনা লাইমাঙদা য়ূমগী ওইরগনা শুমাঙদা জগোই অহুমলক ওক্কনি। মৈ ওক্কনি। ফৌদাং অমদি ঙমু অচংবা কানগনি। ফৌদাং কানবদা অমাইবনা খোইজু লমওক শর্কনি। কানবা লোইরবদা অমাইবনা হিংজিং হিরাউ শক্তুনা চঙক্কনি। লাইনিংথৌগীদা নুপা ৩, লাইস্নাগীদা নুপী ৩ হীরি অদু পায়রগা হিজিং হিরাউ শক্তুনা চঙলক্কনি। লাইফম য়ৌরগা অমাইবনা লাইগী মথব্রায়

মমি হাপকনি। অমাইবীনা লৈহুন তমগনি। পাখঙবগী লাচেং ৪ না য়োমগনি। লাচেং ৪ অসি ৯/৯ অনীরক, ৭/৭ অনীরক, ৫/৫ অনীরক হুনগনি। লাইবুংথৌ মাপল লাইনুরা ৭ কী লৈহুন তমগনি।

হৈ-থা লৈথা লোইরগা অমাইবনা অনম অথৌ কোক্তুনা ঈরু লাইশোল, নাহৈরোল, অতায় লাইশোন্নচিংবা শোন্দুনা পেনানা য়াকৈগনি। অমাইবীনা লাইমাং ফম্লগা পাখঙবা লৌখৎপগী থৌরম লোইশিল্লি।[৫২]

## (জ) সনামহী লৌখৎপা :

সনামহী লৌখৎপদি য়েক ৭ শলাই ৯ গী মাগী মাগী তারিবা থা থাদা সনামহী লৌখৎপগী থৌরম পাঙথোকই। খুদম ওইনা লুৱাংগীনা কালেন থাদা সমামহী লৌখৎল। অদুবু কনাগুম্বী অমাইবীনা লাইপাউ পীরকপদা ইমুং অমগী লাৎলিবা লাইনিংথৌ সনামহী অদুবু লৈতারে হায়দুনা লাইপাউ চেল্লকপা মতমদা ইমুং অদুগী অহল লমনশিংনা পানখৎলকপা থা অমগী অফবা নুমিৎ থাবান লাইচা য়েংদুনা লাইনিংথৌ সনামহী লৌখৎপগী থৌরম পাঙথোকই অদুগা শাগৈগী ওইবা লৌখৎপা তারগনা শাগৈ শাগৈদুগী অপাম্বা মতুংইন্না নুমিৎ-থা লাইচা অফবদা লৌখৎলি। হায়রিবা অসি শাগৈ শাগৈগী অপোকপা খুরুম্বগীদমক পীবিবা থা থাদা লাইনিংথৌ সনামহী লৌখৎপগী থৌরম পাঙথোকই।

চৎনরোল অমগী পথাপ মতুংইন্না সনামহী লৌখৎপগী থৌরম অসিদা অমাইবীনা মশাগী শিন্থা ওইনা পাঙথোকলিবা থৌরমশিং মখাদা পীজবি। :

সনামহী লৌখৎপগী থৌরমদা অমাইবীনা শিল লাংদুনা কৎকদৌবিবা পোৎচঙশিংগী মরমদা শিল লাংবা অমদি হৈথা লৈথা কৎলিবা মওং মরু ওইনা লাইগী থৌদাং য়রিবদি খোইয়ুম লাইগীদমক অহানবা হৌরকপদা লংজা ৯, লৈয়োম ৭, হীদোনগী লফোই লফাং চঙ থোকপা ২, চফুমচা ২ (পাঙ্গমতেন পুল) য়াওগনি।

নুপা লাইপুবা ২, পে পুবা ২, লাইথাঙ পায়বা ২, পুন্না নুপা ৬ চঙগনি, হেনবদি য়াই। নুপীদনা লৈমরেলগী ঈশায়ফু পুবী ১, হীদেনগী খয়োম পুবী ১, হৈরুক পুবী ১, অদুগা শুপচিন্না নুপী অনীতমক ওইরবসু য়াই।

৫২. তাকপীবকপীশিং : **য়ুমশংবী অমাইবী**, লমদেং; **থম্বালমচা অমাইবী**, ৱাঙ্গোই।

অমাইবী ২, পেনা খোংবা ১, খুৎচুম মাইবা (অমাইবা) ১ য়াওগনি। অহানবদা অমাইবনা সনা লুপা কোনয়াই থাগনি, খয়োম লাক্কনি মথংদা অমাইবীনা লৈকু লৈরায় হৈরাল লৈরান্দনা পুকয়ু, য়ায়য়ু য়োমখ্রিবা অদু ঈশিং পুনগা শম্নগনি। অমাইবীনা লাইনিংথৌ লাইরেম্বী অনীগী পাবোৎ কায়দনা লাইচিং লৌগনি— মাৰ্জিং, থাংজিং, কৌব্রু য়াংব্রেন ওন্দুনা পাবোৎ কায়দনা মায়কৈ ৪ কৎকনি। ঈশিংদা খরদং শোক্লগা কারন চৎনরগা নোংথক্তগী থক্তা য়েৎ ওয় কায়দনা হীরি অনী পায়দুনা অমাইবীগী লৈহৌরোল লোন্দুনা ঈকৌখৎকনি। অমাইবীনা লাইপাউ চেনগনি।

লাইপুবা অনীগী খোঙদা ঈশিং থাদুনা লাইগী খোঙ শেংদোক্কনি। মসিবু লাইখোঙ শেংবা হায়না কৌই। মায়কৈ মরি ঈশিং শোক্কনি। হকচাংদা ওল্লগা অমুক্ক শোক্কনি, মসিগা থারগা মঙানি (মায়কৈ)। মসিবু থব্রায় মঙাগী মশকনি।

লাইকারক্লগা লাইবুংওইরগনা লাইমাঙদা য়ুমগী ওইরগনা শুমাংদা অমাইবীনা জগোই অহুল্লক ওক্কনি।

লাইমাঙদা (শুমাংদা) ঙা পরেং হাপ্পা, থুম কাগুপ, শেল কাগুপ হাপ্পা, ফৌদাং থুম্মুক ১, য়োৎখুনেৎ, শেল খুনেৎ, ঙানু খোঙগাল ১, খুনু খোঙগাল ১ থমগনি। ঈশাইফু পুবী নুপীনা মাঙ থাদুনা লাকপাঅদুনা লাই শুমাংদা কারমলিবা পোৎ পূন্নমক অসি ঈশাইফু পুবীনচিংবনা মখোঙনা কাল্লগা লাইশঙলোমদা চুম্না চঙশিনগনি। ঈশাইফু পুবী অদু নত্তবা অতৈদি লাইনিংথৌগী কাঙবুনা য়েৎথংবা খোঙনা, লাইরেম্বীগী কাঙবুনা ওয়থংবা খোঙনা কানগনি। মী পূন্নমক্না পোৎশিং অদু কানবা লোইদ্রিবা ফাওবা অমাইবীনা শরিক খিংগনি, পেনানা হিগারোল খোংগনি। (ঙানু, খোগাল, খুনু, খোঙগালগীদমক্তা ঙানু অমদি খুনু য়াওদ্রবসু মৈতৈ ঙমু অচংবনা শিল্লগা ঙমু অদু কানগনি। হৌজিক্তি— মৈতৈ ঙমু অচংবদা কাল্লগা চৎনরে)। কানবা লোইরবদা অমাইবনা হিজিং হিরাউ শক্তুনা চঙলক্কনি। লাইনিংথৌগীদা নুপা ৩, লাইরেম্বীগীনা নুপী ৩ না কোকশেৎ শেত্তুনা হীরি অদু পায়রগা হিজিং হিরাউ শক্তুনা চঙলক্কনি। লাইফম য়ৌরগা অমাইবনা লাইগী মথব্রায় মমি হাপকনি। অমাইবীনা লৈহুন তমগনি। লাচেৎ ৩না য়োমগনি। লৈপোপ ২১ না অনীবু হুনগনি। অহানবদা লৈপোপ ৭ না হুনগনি, অদুগা লৈপোপ ১৪ হুনগনি।

মথংদা অমাইবীনা চনিংদা লা লাতোন ৩ উপকনি। লফোই চঙখোকপা ১ উপ্লগা হাপকনি। হৈ মনম নাইবা য়াওগনি। ক্বা মনা য়াওগনি, লৈশংলেন য়াওগনি।

লৈশংলেন ফংদ্রবদি লৈশং খেকব্রায়বনা শিনগনি। মথংদা লাইগী ফানখোঙ মখাদা চেঙ হৈগনি। লফোই কাগুপ, শেল কাগুপ হাপকনি, লৈমরেলগী লফোই লফাং চঙথোকপা ১ মতোন্না ওনখৎলগা মমায়না লৈমরেলদা ওনগনি। লাইনিংথৌ অমসুং লৈমরেল অনীগী চৈরক্তা ইপা ইপুগী ১ থাগনি। মদুদা চেঙ হৈগনি লফোই লফাং চঙথোকপা হাপকনি। শেল কাগুপ হাপকনি। অমাইবীনা হৈথা লৈথা লোইরবা মতুংদা অমাইবনা অনম অথৌ কোক্কনি, ঈরু লাইশোন নাহেরোল অতাই লাইশোন্নচিংবা শোন্দুনা পেনানা য়াকৈগনি। অমাইবীনা লাইমাং ফমগনি। অসুম তৌনা অমাইবীনা সনামহী লৌখৎপদা থৌদাং য়াই।[৫৩]

### (ঝ) কোৎলাই খুরুম্বা (কৈ নিবা) :

#### কৈ নিবগী পোৎয়াওদি :

কোনয়াই পু অমা, ফমফি অমা, য়োৎ ফিরাক অনী, শেল অনী, শারেল অমা, শাপাং অমা, শাফুৎফু অমা, চাপাল অমা। (মনুংদা মথক মখুম হাপঔ) য়িরাং পুন (ইরাংপুন) অমা, চেঙ য়েরুম, হৈ-লৈ, পানা-ক্বা, চুহি খোইহি, শঙ্গোম অহিংবা কবোক অফাবা, হৈ মনম নাইবা, নমখাং-থকখল খনগনি। ফক অমা, ফৌ মরম তরেৎকী চেঙ খূৎনা খোকপা, লৈশং হায়রিবশিং অসি য়াওগনি।

#### লাথা পোৎথাদি :

ফমাঙদা লমখাং থকখল খনগনি কোনয়াই হান্না হুনগনি। ফমফি অমা য়োৎ ফিরাক অনী শেল অমা থাগনি। মথংদা লা লোংনা থাগনি। লুকলেন তরেৎ শেমগনি। ফৌ মরম তরেৎ চুহি খোইহি শঙ্গোম, লফোই লফাং চঙথোকপা ফৌ হৈবি, চেঙ-য়েরুম লৈশং পানা ক্বা থাগনি। শরেলসুং মথক্তা থাগনি। চনিংদা লা উপনা থাগনি। ফৌ মরম তরেৎকী চেঙ, চুহি, খোইহি, শঙ্গোম,কবোক অফাবা,ফৌ হৈরি, য়েকম, লফোই লফাং চঙথোকপা অমা, হৈ, লৈশং,পানা ক্বা, কোনয়াই হান্না হুনগনি। য়িমমাংগী ফৌকাং মখাদসু কোনয়াই হান্না হুনগনি। লা উপনা থাগনি। কবোক য়েরুম চেঙ, হৈ-লৈ, পানা ক্বা থাগনি। অদুগা মৈবা চিংগনি, মৈবা য়েংগনি। শা কৎকনি। চাক অমুনবা হাপকনি।

৫৩. য়ুমশংবী অমাইবী, লমদেং; থম্বালমচা অমাইবী, বাঙ্গোই।

**লাইশোন্দি :**

**চামাঙদা শোনবা :** *কাসা নোংথৌ লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা হেলোই তরেং থা-ও লাহালতা নঙখোইনা লৌঙম শিংঙমপা লৌরাং থৌরাংপাবু কোংতাই খলপপু কুবিও লাইয়িংথৌ কৈরুংপ-ও নমীংবু হায়কে নোংপি শানোই নোইপি শানোই তীংপি শানোই পেংপি শানোই হীং কি রি তৎতাথা কংসু শাঙাংলেলগা শাৱা তুপোংলেন পোংলেন তৃথনা তুখিকলেল নঙ খিকথাপিরকও খুইয়ি খুইয়ি শারিবা (নুনে, নে, নে)* অসি হায়না শোনগনি।

**কোৎ মতোনদা শোনবা :** *থাংচিংনে কৌপারেলনে, চীংখৈনে, অহুম্নানা তীলনপা মমীংদি শাৱা নুংতিংলেল নুংতিলচীল-ও কুং কুংচি কুংচি নপ নকফা লৈকু ককলাচীং খুং খুং য়াংকনলেল খুমচি লৈনপফা হুক হা* হায়না শোনগনি।

**চনিঙদা শোনবা :** *কাছা নোংথৌ লাইয়িংথৌ লৈশৌ চাকশৌরেল হৈয়িং কাক্রৌকুম্পা-ও নুমিৎ খৃদিং শৌখৎপা-ও সনা কোনশৌবেল নঙ শৌগৎলকও পুঙ এং এং শৌজি নপ* অসুমনা শোনগনি।

মতৌ অসুম্না অমাইবীনা পোৎচঙ চৈজং মশীং শুনা য়াওরগা কোৎ লাই খুরুম্বগী থৌরম পাঙথোকই।[৫৪]

অমাইবীশিংনা লাইগী পারম কায়দনা ইমুং মনুংগী ফৌগৈ ময়েং তাহন্দনা নুংঙাই য়াইবী মরাং কায়না পুন্সি নুংশাংনা পান্ননবা কৈরুংহনববু থৌনিবী। অমাইবীনা থৌনবিরিবা লীক্লম অসিদা য়ূমথোং খৃদিংগী মীওইশিংনা য়াম্না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা কুম কুম খৃদিংগী অহৈবী অমাইবীবু নেক্লদুনা ফাইরেন পানখৎলকপা মতমদা থৌনিনৈ। অদুবু লৈপাক্কী চৎনবীগী মতুংইন্না ৱাকচিং থা কৈ কাদনা ফৌ খায়হৈদে হায়বগী অচেৎপা থাজনবা অমা লৈবনিনা অহানবা পোইনু থাগী কারকপা ফৌ অদু ৱাকচীং থা অমা চূপ্না চাবা কোন্ননবা খায়দোক্তুনা থম্নহৌই। অসুম্না খায়দোক্তুনা থম্নরিবা অসিদি হান্নগী অরিবা ফৌ অদু মরাং কায়না লৈতবদগী খায়দোক্তুনা থম্নহৌবনি। কনাগুম্বা ইনাক খুনবনা ফৌ মরাং কায়না লৈবা ওইরগনা অরিবা ফৌ মখে লৌথোক্লগা চহীগী কারক্লিবা ফৌ অদু ঙাক্তা হৈজিন্নে। অরিবদুনা চাননবা খায়দোক্তুনা থম্নহৌই।

---

৫৪. নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ (পুয়া থম্বিবিবা) **থৌনিরোল,** ফোংড্রিবা পুয়া।

অসিগুম্বা থাজনবী চৎনবী অমগী মখা পোন্না হিংলিবা সমাজ অসিদা কোৎলাই খুরম্বগী থৌরম থৌদানা হৈথোই শিংথোইরম্বী অমাইবীশিংদি অমাইবীনা সমাজগী থৌদাং মীয়ামগী য়াইফনবা তেংবাংবীরি।

২।  লাই-তীন তাইনবা :

কনাগুম্বা মীওই অমদা শকউ-শাউদবা খোইয়ুম লাইনা য়েৎলকপা অদুগী তুরৈ ঈরৈ চেনবা অমদি ওক্লরুবদগী ঙাওনা ফৈনা নারক্লবা মতমদা নারিবা অদুগী লাইওং মশক খঙনবা হোৎনরগা শকউ শাউদবা লাই অদুদা তীনকোকপীনবা লাইকোকপীনবা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা হায়জববু লাই-তীন তাইনবা হায়না খঙনৈ।

অমাইবীনা তাইবঙ মীওইবগী নুংঙাই য়াইফনবা অমসুং অৱা-অনা থোক্লবা লাই-তীন থৌনিবীদুনা সমাজদা লাই-তীন খুরম্বগী ওইবা অচৌবা মথৌ পাঙথোকই। লাই-তীন খুরুম্বা অমদি লাই-তীন তাইনবা অসি লৈপাক অসিদ চৎনরিবা চৎনরোল অসিগী মতুংইন্না মীৎয়েং চিংশিন্দুনা নৈনবা তারবদি মখল অনীথোক্লা উৎপা য়াই। মদুদি : অহানবদা খর লাইবা মওংদা লাইতীন তাইনবা অমসুং অনীশুবদা য়াম্না লুবা তানফমদা লাই-তীন তাইনবা অসিনি।

অহানবগী খর লায়বা মওংদা লাই-তীন তাইনবা হায়রগা লাইচৎ-লাইওংগী মতুংইন্না ঈরাৎ থৌনি, চাবান খয়োম পীরগা তীনকোক লাইকোক্লবা লাই তাইনবা অদুবু খরা লায়বা মওংগী লাই তাইনবা হায়না খঙনৈ। খুদম ওইনা 'খরা লায়বা মওংগী লাই-তীন তাইনবদি খয়োম চাবান পীবা, যোগীনি নোংথাং অমদি সনামহী অপোইপা অসিনচিংবনি। অরায়বা মওংগী লাই তাইনবদসু করিগুম্বদা অদুমক অকবা য়াওই।

অনীশুবা মখলগী লুরবা তাংফমগী লাই-তীন তাইনবা হায়বসি শিরমদাই য়ৌরবা মতম অমদি লাই ওক্লবদগী অনাবা ফবা লৈত্রবা হঞ্জিন-হঞ্জিন না তোয়না নারবা মতমদা থৌনিবদি উশিন শিনবা য়েঙ্লিং থাবা অসিনি। উশিন শিনবা মতমদা অমাইবীশিংনা অৱা অনা তারবা খুদোংথিবা নংলবা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক উশিন শিন্দুনা য়েঙ্লিং থানৈ। হায়রিবা থৌরম অসিগী মতুংইন্না লৈপাক অসিদা চৎনরিবা অসি মীৎয়েং অমদা য়েংলুরগা য়াম্না চম্না লৈবা মওংদা উই। মরমদি তৌরিবা থৌরম অসি মীয়াম্না ইরায় লায়না পাঙথোকপা থৌরমনি হায়বদগী চম্না

উবনি। চুম্নগী অমাইবীনা ইচম চম্বা হৈকৎ লৈকৎ খরদা অম্বা অনা তারবশিংগীদমক খোইয়ুম লাইদা কৎকনি অমদি শরোই ঙারোইশিংদা কত্তুনা তাইনরকপদা য়ারক্তুবা মতমদা উশিন শিনবা অমদি য়েন্থিং থাবা পাঙথোক্লে। হায়রিবা থৌরম অসি শেনমিৎ হুনবী অমাইবী নৎত্রগা শরিক পায়বী অমাইবীগা খোইয়ুম লাইগী লাইপাউ মতুংইন্না পাঙথোক্লে। কনাগুম্বা ইমুং অমগী মীওই অমনা নারবদা হিদাক লাংথক তৌদুনা, লাই-তীন খুরুমদুনা লাইতাইনরক্লবদা ফগৎলকপগী লম্বী ইরৈ লৈরক্তুবা মতমদা ফগৎলকপগী লম্বী অদুগীদমক অমাইবা অমাইবীশিংদা চত্তুনা হংনরমই। অমাইবীনা পীরকপা লাইপাউগী পাউতাক মতুংইন্না ঈরাৎ থৌনি তৌনৈ। তৌনরিবা অসিগী লীক্লমগী মীৎয়েংদা খর লায়না তৌবা য়াবা ঈরাৎ থৌনি অসিদি খরা লুনা লৈবগী ঈরাৎ থৌনি অসি লৈবনা অরুবা তাংফমদা অমাইবীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না লাইনিংথৌ সনামহীদা ঈরাৎ থৌনি তৌদুনা অমাইবীনা লাই তায়নৈ। তাইনরকপা মতমদা নারিবা মী অদু পুন্সি নুংশাংনবগীদমক খোইয়ুম লাইনিংথৌ তাইনরিবনি।

অসুম্না অমাইবীনা মীওইবগী য়াইফনবগীদমক ঈরাৎ থৌনি তৌবিরিবা লাই-তীন তাইনরিবা অসিদা খুদম চাংদম য়েংদুনা অফবনি নৎত্রগা ফত্তবনি হায়বসি য়াম্না লায়না খঙই। মরম অসিনা লাই-তীন তাইনরুবদগী ফংবা মহৈ অদু মীওইবনা তাজরগা ফংজরগা নুংঙাইবা য়াইফবা ফংই, লোয়ননা অম্বা অনাদগী কোকপী নৎত্রগা লানথোকপী (লানথোকপী হায়বসি ঈচেল অনী লৈ— শিব, হিংবা)।

লৈপাক অসিগী সমাজগী লেঙদ্রবা য়ুম্ফম ওইদুনা লৈরিবা লাই-তীন তাইনবা, লাই-তীন থৌনিবা অসিদি অপিকপদগী অচৌবা হায়বদি লৈবাক নিংথৌগী মফম শিনবা অমদি শিগদবা অকনবা লাংফমদগী ঙাকপোক্লবগীদমক অমাইবীনা লাই তাইনদুনা পুন্সি নুংশাংবা ফংনৈ। অদুবু মীওইবগী খোইরেন্না য়ৌরাক্লি ফাওবদি হায়রিবা থৌরমশিং অসি পাঙথোক্লে। লৈপাক্কী মীপুম খুদিংমক্না পোকপা শিবা কুম্মে শান্নরিবনিনা তুংগী চারোল শুরোল শুথাং কয়া ফাওবদা অমাইবীনা য়াইফনবগীদমক লাই-তীন তাইনবা অমদি ঈরাৎ থৌনিনা অসিদি মৃৎপা নাইদনা চৎনহৌরগনি। মীওইবা শিনিংদবনিনা পুন্সি নুংশাংনবগীদমক করি পাম্বে লৈবগে হায়না থিরকপদা অমাইবীগী মতেংনা উশিন শিনবা, চাবান থাবা, খয়োম লাকপা, য়েন্থিং থাবা ঈরাৎ থৌনি তৌবতনা পাম্বে ওইদুনা হিংনরি। অমাইবী লৈরমদ্রবদি লৈপাক অসিগী য়াইফনবগী থৌরম পাঙথোকপীননবা অতৈ অতোপ্পা অমা লৈরম্লোই হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। অদুম্নদি ওইরবদা অমাইবীনা লৈপাক্কী চাউরবা থৌদাং য়াদুনা লাক্লি।

লৈপাক্কী ওইনা লাই-তীন তাইনবদি কোংবা লৈথোং পাৎপা, শজিবু লাকয়েল তাইবা, থোংঙাক লাইরেম্বী থৌনিরোল, য়ুমথোং খূদিংগী অৱা-অনা তারবদা তাঙ্গা-তাঙ্গাগী মতুং ইন্না পাঙথোক্লকপা ঈরাৎ থৌনি অমদি লাই-তীন তাইনবা অসিনি। মরু ওইনা পনবা য়াবদি লাই হৱাওবগী অহানবা থৌবমদা লৈরায় য়ুখাংবা ঈখৈবোল নামুংবা নামুংবীগী খয়োম লাকপা, উমংলাই হবাওবা, শরোয় খাংবা, লাই তাইনবা অনা অয়েক তুবৈ-ইরৈ চনবগী মতুংইন্না পাঙথোকলকপা থৌরমশিংদি মখাদা পীজবি। মদুদি :

## (ক) উশিন শিনবা

উশিন শিনবা অসি মখলঅনী শুই।

(অ) ঙমুদা শিনবা উশিন অমসুং

(আ) উদা ৱাদা শিনবা উশিন।

**(অ) ঙমুদা শিনবা উশিন :**

য়াম্না চম্না মৈতৈ ঙমু অহিংবা অনী নৎত্রগা অমদা স্না লুপাগী কোযাই হুল্লগা (চেঙনা মহুৎশিনবা) উশিন শিন্নে। কবিগুম্বদা লৈশেমঙৈগী ৱাবী লীদুনা চুম্না ঙমু উশিন শিন্নে। হাযরিবা উশিন অসিদি চহী অমগী মনুংদা অমুক্তগী হেন্না শিনবা যাদে।

**(অ) উদা ৱাদা শিনবা উশিন :**

মঙহা ফত্রবা মতমদা উদা ৱাদা হৈবক্ক পানা থাদুনা উশিন শিন্নে। কনাগুম্বা মীওই অমগী মমঙ মহাদা শিখিবা মীনা লাক্লগা বার্তন তৌরম্লবদি অসিগুম্বা মতমদা মঙগী ফত্তবা কোক্লনবগীদমক উদা-ৱাদা উশিন তৌনৈ।

## খ) খয়োম লাকপা :

অনা অযেক্কী মতমদা অমাইবীনা খয়োম লাকপদি কবিগুম্বা লাই অমগী লাইমাঙ ফম্বা মতমদা লাইপাউ পীবকপদা খযোম লাকথোকপা তারবদি লৈকংদা কোবৌ মালেম অনীগী মশক লাক্তুনা খযোম লাকই। অসিদসু নত্তনা ঈশিংদা খয়োম লাকপদি অমাইবীগী লাইপাউ মতুংইন্না নোংদোল লাইপাখঙবা, খুম-পাখঙবা, ঈরাই লৈমা, ৱাংব্রেন অসিনি। হায়বিবা খোইয়ুম লাইশিং অসিদা খয়োম লাক্তুনা তীনকোক লাইকোক্লবগী থৌনিবী।

খয়োম লাকপা হায়রগা লৈথক লৈখাগী ফিথুপ মশীংবু পোৎশক্লা শক্তম লাক্লুনা থবায়গী মপু ওইবা মহাক্কী মফমদা থৌনিদুনা কৎপা থৌরমবু খঙনৈ। খয়োম লাকপগী মওং অসি য়াম্না পাক চাউখ্রে।

**খয়োম লাকপা পাঙথোক্লরম্বা :**

মমাঙঙৈ অমদি হৌজিক ফাওবগী মতমদা পাখঙবগী ফাংখোং তরেৎকী মশকপু নীংশিংদুনা কংলাগী ফাংখোং খয়োম লাকনৈ।

**খয়োমগী মখল :**

মরু ওইবা খয়োম মখল অনীখক লৈ। মদুদি লাইনিংথৌগী খয়োম অমসুং লাইরেমবীগী খয়োম।

লাইনিংথৌগী খয়োমবু লৈথক্কী খয়োম হায়রগা খঙনৈ। লাইরেম্বীগী খয়োমনা লৈখাগী খয়োম হায়রগা খঙনৈ।

লৈখকপু নোংদোল অতিয়া হায়রগসু খঙনৈ। লাইনিংথৌ অমসুং লাইরেম্বীগী খয়োমবু মীয়াম্না লৈথক লৈখাগী খয়োম হায়রগা খঙনৈ।

**খয়োম শেম্বা শাবগী মওং :**

অমাইবীনা লা লাতোন অউপ্পা অহুমগী মথক্তা অরোংবা লা মচেৎ অহুম কারন্ননা থাগনি। মথক্তা চেঙ হৈগনি, চেঙ হৈরিবা অদুগী মায়কৈ মরিগী লৈহুন তমগনি। চেঙ মথক্তা তরেৎ শেঞ্জা হাপকনি, লাংথ্রে মতোল অহুম যেকম অহিংবা স্না কোনয়াই লুপা কোনয়াই হাপকনি। স্নাকোনয়াইগী মহুৎ শিনবদদি চেঙ অঙৌবা অঙাংবনা মহুৎ শিন্নে। লাংথ্রে মতোন অহুমদু য়েরুম অহিংবা অদুগী মতোনদা খরদং হুৎলগা থেৎচিনগনি। য়েকমগী অকোইবদা নাচল তরেৎকী কবোক খর খর হাপকনি। অউপ্পা লাতোন অদু ফৈনা থেকচিন্দুনা য়োমশিনগনি। মসিবু লৈখা খয়োম কৌই।

খয়োম অমনা লা লাতোন অহুম লোনগনি। লা মচেৎ অমা অরোংবা লা অদুগী মথক্তা উপ্না কারন্ননা হাপকনি। খয়োম অনীমক্কী পোৎচংদি চপ মান্নে মনুংগী পোৎচঙসু চপ মান্নে। অদুগা অকোনবগী খয়োম অসিনা লা য়ুংনা য়োমগনি। খয়োম অসিবুনা **লৈথক খয়োম** হায়না খঙনৈ। লা লাতোন অউপ্পা অদুনা থেকচিল্লগা য়োমসিনগনি অদুগা উতং পায়া তরেৎনা পুনগনি। পায়া মাপল পুল্লিবা অদুনা লাইবুংথৌ মাপলগী মওংনি। পায়া তরেৎ পুল্লিবা অদুনা লাইনুরা তরেৎকী মওংনি।

**হরাওবগী খয়োম লাকপা :**

হরাওবগী খয়োম লাকপদা মখাদা পীরিবা লাইরোল অসি শোল্লি--

*হে গুরু ঈরাই লৈমনা য়াইদা লৈ ইখৈ নিংথৌন খাদা লৈ,*
*ইতোন নিংথৌনা থক্তা লৈ ইরেপন্নুংদা লেপ্লিয়ু; ইতাপুংদা*
*তাবিয়ু য়াম্না গুরু শিদবা সনা নফম লাংদা তরা চয়োম*
*খয়োম অসি কৎচরিয়ে নদাইরেম নখুল খুনবুকলেন*
*অচংবনা চিংঙু ইবুংঙো ইবেম্মা হরাউ সকসেম তম্বগী*
*তরা চয়োম খয়োম কৎচরিয়ে হে গুরু*[৫৫]

খয়োমলোন লাইরোল অসি শোন্দুনা অমাইবী নৎত্রগা অমাইবনা লাইয়িংথৌগী খয়োমবু খূৎ য়েৎনা অমসুং লাইরেম্বীগী খয়োম্বু খূৎ ওয়না পায়রগা ঈশিংদা খয়োম লাক্কনি। খয়োম অনী অদু চপ মান্ননা ঈশিংদা থমগনি। মসিবু খয়োম লাকপা কৌই। অতোপ্পা ব্রাহৈদনা লৈথক লৈখা খয়োম লাকপা হায়নসু কৌনৈ।

খয়োম হায়বসি মহৌশানা অমাইবনা লাকনৈ। হৈরবদি অমাইবীনা লাকপসু য়াই। য়াথোংগী খয়োম অমনা লাইনিংথৌগী অমসুং অমনা লৈমরেলগী কৎকনি।

**নোংদোল লৈমা নোংদোল পাখঙবা খয়োম লাকপা :**

নোংদোন পাখঙবগী খয়োম লাকপদি খয়োম অদু নোংদোন পাখঙবগী মিংখৈ শোল্লগা লংখত্তুনা লাক্কনি। অদুগা ঈশিংদা তাহননি। মতম অসিদা খয়োম লাক্লিবা অমাইবা নৎত্রগা অমাইবী অদুগী মনাদা মশাগী উশিন উকন ওইনবা উনা নৎত্রগা তিংথৌ নৎত্রগা লাংথ্রে মতোন য়েপকনি। অতৈ খয়োম লাকপা খূদিংমক্তসু উশিন নাদা য়েপনৈ।

**অপোকপা থৌনিবগী (য়ু কৌবগী) খয়োম লাকপা:**

অপোকপা থৌনিবগী (য়ু কৌবগী) খয়োম লাকপদা ঈখৈরেন অমসুং ঈরাইলৈম অনীগী খয়োম লাকই। মমাঙঙৈদদি অমাইবনা খয়োম লাকপগী মথৌ তৌনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি অমাইবীশিংনসু হৈরবনিনা খয়োম লাক্লরে।

৫৫. খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, **লাই হরাওবা লাইশোন** (ইম্ফাল; মৈতৈময়েক ওর্গেনাইজিং এণ্ড রিসর্চ এসোসিয়েসন, ১৯৮২), লা: ৩।

## গ) চাবান থাবা :

চাবান থাবগী মতাংদা মখল কয়ামুক থোক্না লৈরি। মখোয়শিং অদুদি শরোই খাংবগী লাইওকপগী, নুংশিংকী চাবান, লাইয়ামগী চাবান, যোগীনি লাইজাও ওক্লবগী, হাওরৈমা শম্বুবী ওক্লবগী, ভূত প্রেত, কাছা শোরেন, শরোই ঙারোই, ইরৈমাগী চাবান (নুংশিং অপাইবগী) অসিনচিংবানি। চাবান থাদোকপগী খুদম খরদং পঞ্জরি।

অহানবদা, অনা অয়েক্কী মতমদা চাবান অসি অমাইবীনা থাদোকনৈ। খুদম ওইনা হায়রবদা ফুরী থুংদুনা নারবা মতমদা অহৈবী অমাইবীনা চাবান থাদোক্লে।

অনীশুবদা অঙাং লাইওক্লুনা নারবা মতমদা ফুঙ্গাদা লা লাতোন অমদা চেঙ খর হাপ্তুনা লাইওক তীনওকপগী চাবান থাদোক্লে।

অহুমশুবদা কনাগুম্বা মী অমনা নারবদা চাক চদুম অহুম লা লাতোন অমদা হাপ্তুনা লম্‌হাং নৎত্রগা লমলোং অহুম ফাংবদা চাবান থাদোক্লে। থাদোকপা অসিদা উচেক ব্রায়ানা হূই হৌদোংনা চাপ্রবদি অফবা খুদমনি হায়না লৌনৈ।

### (অ) শরোই খাংবগী চাবান :

শরোই খাংবা অসি মীৎয়েং অনীখক্তা থমজরি। অহানবদা হরাওরিঙৈ মনুংগী শরোইখাংবা অমসুং অনীশুবদনা লমতা থাগী থাংজা অহানবা অমসুং অনীশুবা অরাই অখুমগী শরোই খাংবা।

**হরাওরিঙৈ মনুংগী শরোই খাংবা :**

*চিংগু ইবুংঙো ইবেম্মাগী হরাও সকসেম তমলিবা থৌদোক কুম্মৈ শান্নরিবা অসিগী হুম্নি, মঙানি, তরেৎনি, মাপলনি, তরামাথোইনি শুবদা চিংগু লাইয়াম থৌবৈ তিনবা হরাউ তোইতাউবসিদা লম অসিগী খুনদা হান্না তাবা হান্না শিবা, লমদা-তুদা, মৈদা-ঈশিংদা, নুংশিত্তা, শাদা-ঙাদা, খৌরিদা, উত্তুপতা থাঙদা, তাদা, লিদা-তেন্দা মীশি মীনা চুমদনা শিখিবা নখোয়না চাকনি ফিনিবা তরা নচিঞ্জাক চাবা হায়না খুঙ্গং অসিদা য়ুমথোং খূদিং চাকনিবা ফিনিবা সোইকাইবা খমগাইরম্বা নখোয় পূম্নমক্কী নচিঞ্জাক শরোই হুম্ফুমাথোইমক্কী চাক থাকলিবা অসিগী অরেম্বা অপাবসি নখোয়না চারো তিনয়েং লাইয়েংলগনু, নহনফমদা হনলো, নতেফমদা তেরো হাউরৈ লাইনা পাংবারমগী শরোইনা চংপা মতুং ইনখরো হায়না তীনখায়* লাইখাইরমলবনে হায়না লৈয়ি ৭ ফৈনা চিংলমগনি।

**লমতা থাগী থাংজদা শরোই খাংবা :**

লমতা থাগী থাংজ অহানবদা শরোই খাংবা অদুবু শীংথেক শীংথাবা হায়না কৌই। লৈকাই লৈকাইগী যূমথোং খূদিংদগী চেঙ-চাক, অনৌ-অপেন অমদি লৈজ-লৈজবা হাপ্তুনা কৎলি।

**শরোই চাকথা :** য়াম হৈবীমনা শিংজু, কবোক অফাবা অদু য়াংকোক নৎত্রগা লুকমাই অমদা হাপ্লগা অমাইবা নৎত্রগা অমাইবীনা শরোই চাকথা কৎকনি।

থাংজিংদনা শনথোংদা ওন্দুনা, চিংখৈদনা মার্জিং ওন্দুনা, খাদনা ব্রাংব্রেন্দা অমসুং কৌব্রুলোমদা ওন্দুনা শরোই ৬১ মক্কী মচিঞ্জাক পীববনি হায়না পোৎচৈশিং অদু থাদোক্কনি। অরোইবদা মায়কৈ মরিদা চাইথোকতুনা থাখিবা পোৎচৈশিং অরেম্বা অদু *ইরমমাবা তুমাবা, ইরমশেমবা তুশেনবা, হনবা কোকচাউ, হনবা লৈখম নখোয় অনীগী মচিঞ্জাক পীরগে* হায়দুনা পোৎচৈশিং অদু ঈশিংগা কংফালগা তায়নবা মফম অদুদা চাইথোক্তুনা থাদোক্কনি।

লমতা থাগী থাংজা অকোনবদসু শরোই খাংই অদুবু শীংশৎপা (অব্রাই অখুম) হায়না খঙনৈ। মসিদদি মরক মহাদা শিদনবগীদমক শরোই খাংই। মথং লাক্কদৌরিবা চহী অদুগীদমক্তা পুনসি নুংশাংনবা তীনকোক লাইকোকপীনবগীদমক্তা শরোই খাংলিবনি। চাবান থাবগী মরদা মখাদা পঞ্জরিবা চাবানগী মওংশিং অসি য়েংশি।

১। **লাই ওকপগী চাবান :**

লা লাতোন অমদা চেঙ খুদাপ অমা হাপ্লগা মৈ হৌগত্তুনা মৈদা ঈরাৎ থৌনি তৌই। মৈ কৌবা লাইবু লাইরোন শোল্লগা খুরুম্মী।

২। **নুংশিৎ অপাইবগী চাবান :**

লাংথ্রৈ মপোপ ৭, চেঙ মুদ (খুদাপ) ১, হৈরম৭, লৈরম ৭, ঙাক্রা অচংবা ১ য়াওবগা শিন্দুর হাপ্লগা অনাবগী মমাঙদা খুরুম্লগা কোনথোংদা থাদোকই।

৩। **যোগীনি নোংথাং ওক্লবগী চাবান :**

লুকমায় ৭ কী কবোক য়াওরগা কবোক নাচল ৭, হৈরম ৭, লৈরম ৭, হৈবীমনা শিংজু অসি য়াওরগা খুরুম্মী।

### ৪। নোংদোন লাইরেম্বীগী চাবান :

নোংদোন লাইরেম্বা ওক্লবগী চাবান থাবদা চঙগদবা পোৎলমশিংদি দোনা অমা, হৈরম ৭, লৈরম ৭, কবোক নাচল ৭, ফিবান ৭, পুকয়ু ৱায়য়ু উতোং ৭, হৈবীমনা শিংজু, খোইরু থাউমৈ, লাইফি ফিদোন ১, য়াওরগা কৎকনি।

### ৫। লাইজাও ওক্লবগী চাবান :

লাউজাও ওক্লবদা থাদোক্কদবদি চাক চদুম চামায়দগী ৩ লৌথোক্লগা ইঙখোলগী চিংখৈল্লোমদা থাদোক্কনি।

### ৬। হাওরৈম্মা শম্বুবী ওক্লবগী চাবান

হাওরৈম্মা শম্বুবী ওক্লরবদি তীনকোক লাইকোক্লবগীদমক্তা অমাইবীনা শম মচা ১ (ভাবনা শাবসু য়াই) পান্নাউ শিংনাউ, লশিং, ঙারম ৭, শারম ৭, হৈবীমনা শিংজু, লাংথ্রৈ মতোন খর, ফি অমুবা মচেৎ, অঙাংবা মচেৎ, কবোক নাচল ৭ য়াওরগা কৎথোক্কনি। লাই তাইনবা লোইরবা মতুংদা অমাইবীনা পলান্দবী মঙথোং থীংবা হায়দুনা তৌই।

অমাইবীনা লাইগী থৌরম তৌবা লোইরগা মঙথোঙ থীংগনি। মঙথোং থীংবা মতমদা হৈজ্রাংনা লৈমাইদা লৈই তরুক ফৈনা চিংগনি। চিংবা লোইরগা ৭শুবা লৈইনা ৬শুবা লৈইদগী অহানবা লৈই ফাওবা ইনখৎলক্তুনা কককনি। কক্পা মতমদা শোনগদবা লাইশোলদি "ঙসিদগী চেকশিন হঞ্জিল্লগনু পলান্দবীসিনা শাক্কিনি" হায়রগা হল্লকনি। হায়রিঙৈ মতমদা ৭শুবা লৈইনা তরুকশুবা লৈইদগী মথং মথং ককলিঙৈদা হায়গদবনি।

### ৭। শরোই ঙারোই ওক্লবগী চাকথা

শরোই ঙারোই ওক্লরগা ফননবগী উপায়দি য়ুমথোং ৭কী চেঙ মুদ ৭ নৎত্রগা য়ুমগী চেঙফুদগী চেঙ মুদ ৭ হৈবীমনা শিংজু শুরগা য়াংকোক্তা হাপ্লুনা শুমাংদা লাই খুরুম্মী। লাইখুরুম্বদা অমাইবীনা মকোক্তা কোইয়েৎ য়েৎলি, মখুত্তা হৈজ্রাং নৎত্রগা থাঙ্গোল (ময়া লিশিং ৩ পানবা) পায়দুনা জগোই শাগনি। অদুগা কোনথোং ৱাংমা, লমলোং অহুম ফাংবদা থাদোককনি। হঞ্জিল্লক্লগা অমাইবীনা নচা লৌগেরা য়াংকোক লৌগেরা হংই। তীনকোক লাইকোক্লবগী লাইরোল অমা শোল্লি।

### ৮। ইরৈমাগী চাবান

ইরৈমাগী চাবান থাবা মতমদা ঈ দোনা ১ (পিশিন্দ্রি) হে মনম নাইবা হৈরম ৭, লৈরম ৭, হৈবীমনা শিংজুনচিংবা অমাইবীনা কৎকনি।

### ৯। লাইরেল ওক্লবগী চাবান (লাইহল)

লাইরেল ওক্লবগী থৌরম তৌরকপদা অমাইবীনা লাই তাইনরকপদি খোইয়ুম লাইগী লাইপাউ মতুংইন্না তৌই। মসিদা অমাইলোন্দা য়াওরিবা থৌরম অদুগা খেন্নবা লাকই। লাইপাউকী মতুংইন্না পাঙথোকলকপা থৌরমদি খয়োম লাল্লগা ঈরাৎ থৌনি তৌই।

### ১০। নুংশিৎকী চাবান

নুংশিৎকী চাবানগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মওংদা খুরুম্মী। মদুদি ঈ নুংশিৎ ফত্তবগীনা নুংশিৎ মপী শারগা হৈরুক অমা, পানা তাঙ্গা অমা, লৈ, দক্ষিনা য়াওনা কৎলগা খুরুম্মী।

### ১১। লাইয়ামগী চাবান

লাইয়ামগী চাবান থাবদা চঙগদবা পোৎচংশিং অদুদি খরাই পুংনা ৭, ফিরাল ৭, হৈরম ৭, লৈরম ৭, লাংগ্রৈ মতোন খর (৩, ৫,৭) পুকয়ু, ব্রায়য়ু উতোং ৭, খোইরু থাউমৈ ১ য়াওরগা কৎকনি।

### ১২। ভূত প্রেত ওক্লবগী খুরুম্বা :

ভূত প্রেত ওক্লবগী তীনকোক লাইকোক্লবা উপায়দি অনাবা অদুনা চানিং চানিংবা হায়বগী মতুংইন্না থাদোকই। লাইনিংথৌদা অমাইবনা নৎত্রগা অমাইবীনা হৈরবদি লাইশক খঙনা লাই তাইনরগসু ফৈ।

### ১৩। কাছা শোরেল খুরুম্বা :

কাছা শোরেল ওক্লবগী লাইদা থৌনিগদবা উপায়দি হৈরম ৭, লৈরম ৭, কবোক নাচন ৭, লুকমায় ৭ কী কবোক, লাইফি ফিতোন ২, লাইফদিবী ২, তুঙকা ফনেক কোইয়েৎ ১, লফোই হৈতোন সিতাবা ১,লমলোং অহুম ফাংবদা থাদোক্কনি।

১৪। সনামহী অপোইপা খুরুম্বা :

সনামহী অপোইপগী ঈরাৎ থৌনিদি লাইনিংথৌদা মরুওইনা লাই তাইনৈ। পোৎচঙদি লফোই লফাং চঙ থোকপা, ক্বা মপুম মতোন চোংবা, মনা মখোক য়াওবা, হৈরুক, লৈ অঙৌবা, খোইরু, থাউমৈ, ফোলা অসি কৎলগা তাইনৈ।

১৫। সনামহী লাই তাইনরকপা

মৈতৈগী য়ূমথোং খূদিংমক্তা য়েলহৌঙৈদগী চৎনরকপা ঈচেলগী মতুংইন্না লাই তাইনরকপা হায়বা অসি পাঙথোক্কবা য়াদ্রবা থৌরম অমনি। সনামহী লাই তাইনরকপা হায়বা অসি শেল থুম ময়েং তারক্লবা মতমদা অখঙবী অহৈবী অমাইবীগী মনাক্তা চত্তুনা হংলুবা মতমদা য়ূমগী লাইনিংথৌ লৈতরে অমদি সনামহী মপাল থোকপ্রে হায়দুনা তাকপীরকপা মতমদা সনামহী লাই তাইনরগা ফাগনি হায়না তাকপি মতাং অসি য়ৌরক্লবা মতমদা ইমুং মনুংগী অহল লমনশিংনা নুমিৎ থাবান অফবা য়েংদুনা লাইনিংথৌদা হৈকৎ লৈকৎ তমদুনা লাই তাইনৈ।

অসুম্না লাই তাইনরকপা অসিদা লৈমরেল শিদবী অমসুং পাখঙববুসু অমাইবীগী পাউজেল পাউতাক মতুংইন্না লাই তাইনৈ। সনামহী লৈমরেল অমসুং পাখঙবা লাই তাইনবা মতমদা পাঙথোক্কদবা থৌরমশিংদি মখাদা অসুম্না উৎচবি।

সনামহী লাই তাইনবগী লাই খুরুম্লমদাইদা অমাইবা নৎত্রগা অমাইবীনা খোইয়ুম লাইরেম্বী হৌদোক্কনি, ঈক লাইশোল তৌবগনি, যাকাইরোল শক্লগনি, লাইরোল শোনগনি, অপোকলোন শোনগনি সনামহী মীংখৈরোল শোনগনি শঙ্গায ফম্মাং (পেনা) থৌগল তৌগনি, থবায মিকোনগনি। কনাগুম্বনা মথক্তা তুদৌরোলসু হাপনৈ।

১৬। লৈমরেল লাই তাইনরকপা

লৈমরেল লাই তাইনরকপা মতমদা অহানবদা ঈরু লাইশোন তৌরগনি। নাহৈরোল শোনগনি। অপোকলোন শোনগনি, অতাইরোল শোনগনি, পোংনিং লাইশোল শোনগনি। লৈমরেল মীংখৈরোল থীগনি। অকোনবদা থবায় মিকৌরোল তৌগনি।

১৭। পাখঙবা লাই তাইনরকপা

অহানবদা ঈরু লাইশোন তৌদুনা নাহৈবোল শোনগনি। অপোকলোন শোনগনি, অতাইরোল শোনগনি, পোংনিং লাইশোন শোনগনি, ঔগ্রী শক্কনি। খোইজু লমওক শক্কনি। পাখঙবা মীংখৈরোল থিগনি। অবোইবদা থবায় মিকৌরোল তৌগনি।

অসিগুম্বা মখলগী অনাবশিং অসিগী লাই তাইনরকপদা অমুক্তা নত্তনা অনীরক অহুম্লক খুরুম্লগা ফনখিবা য়াওই, ফৎনদবসু য়াওই। করিগুম্বদা অমাইবীশিংনা ঙম্লক্তবা মতাংদদি অহৈবা অমাইবীশিংদা শিন্নথোকই। হায়রিবা অসি অমাইবী খূদিংমকপু নত্তে। ময়ামশিং অসিগী মবক্তা খর হৈথোই শিংথোইরবী অহৈবী অমাইবীশিংগা লোয়নরম্বী অমাইবীশিংতনা ঙম্মী। অদুবু মখোয়মক্লা ঙম্লক্তবা মতমদা অমাইবীশিংদা শীন্নথোকই। করিগুম্বা মতমদা অমাইবশিংগা লোয়নরিবা হৈথোই শিংথোইরবী অমাইবীশিংনা লাই তাইনরকপা থৌনিরকপগী খুদম খরদং পীবা তারবদি মখাদা পীবিবা থৌরমশিং অসিসু ইরায় লায়না পাঙথোকপা ঙম্মী।

য়ূমগী শেন থুমগী ফিভম অমদি ফৌগৈ চেঙগৈ ময়েং তারক্লবা মতমদা অমাইবীশিংনা লাইয়িংথৌ, লৈমরেল অমদি ফৌওইবী, কোৎ লাই ( কৈকুংহনবা) খুরুমদুনা অফবা য়াইফবা পীবিরক্লবা থৌনি।

## ১৮। নুমিৎ চয়োল তরেত্তা খুরুম্বা

করিগুম্বা মতমদা ইমুং অমদা অনা অযেক য়াওবক্লবা মতমদা নারিবা মী অদুগী মরম হংলগা নাখিবা নুমিৎ মশক খঙনা ঈরাৎ চাবান থাদোক্তুনা তীনকোক লাইকোক্লবা থৌনি। খুদম ওইনা পনবা তাববদা নুমিৎ চয়োল তবেত্তা নাবগী থৌনিরোল মওংশিং মখাদা উৎচরি।

নোংমাইজিং নুমিত্তা নারবদি তুচুংনা খোইদৌ শাউগৎনা নাই। অৱাং নোংচুপ পাংনা চৎপদা যোগীনি নোংথাং ওক্লদুনা নাবনি। মসিগী কোক্লবগীদমক্তি লৈপাক্লা শামু অমা শাবগা লা লাতোন অমদা হাপ্লগা মৈবমদা থাদোকনৈ। থাদোকপা মতমদা শোনবা লাইশোনদি— *'হুং হ্রিং নখোয়গী চিঞ্জাক পীরবনি'* হায়না থাদোকই। নুমিৎ হুমনিদা নাবা ফৈ।

নিংথৌকাবদদি যোগীনি ওক্লদুনা নাবনি। চাকথাদি- লৈপাক্লা মী অনী ঙাসেপ অনী শাবগা লাতোন অমদা হাপ্লগা মৈরমদা থাদোকই। লাইশোন্দি মথক্কীগা মান্নে। নুমিৎ নীনিদা অনাবা ফৈ।

লৈপাকপোকপদা নাবদি নোংচুপ চৎপদা যোগীনি ওক্লদুনা নাবনি। চাকথাক্তি মকু অমা শরেং অমা লৈপাক্লা শারগা লাতোন অমদা হাপ্লগা মায়ওন

অৱাং নোংচুপ পাংনা ওন্দুনা থাদোকই। লাইশোন্দি মথক্কীগা মান্নগনি। নুমিৎ মঙানিদা অনাবা ফৈ।

য়ুমশকৈশদা নারবদি মোইরাং লাইঙ্জিরম পাংনা চৎপদা নাবনি লৈপাক্লা লওজা অমা হূই অমা শারগা লাতোন অমদা হাপ্লগা মোইরাং লাইঙ্জি পাংবরমদা থাদোকই। লাইশোন্দি হান্নগীগা মান্নগনি।

শগোলশেলদা নারবদি মখা চৎপদা নাবনি। লৈপাক্লা ঙমু অমা হূই অমা শারগা লাতোন অমদা হাপ্লগা মখা ওন্না থাদোক্কনি। লাইশোন্দি চপ মান্নগনি হুমনিদা নাবা ফৈ।

ইরাইদা নারবদি খা-লাইঙ্জি নোংচুপ চৎপদা যোগীনি ওক্লদুনা নাবনি। লৈপাক্লা মী অমা নোংশা অমা শারগা লাতোন অমদা হাপ্লগা নোংচুপতা থাদোক্কনি। লাইশোন্দি মথক্কীগা মান্নগনি। নুমিৎ নিপান্নিদা নাবা ফৈ।

থাংজদা নাববদি মৈরমলোমদা চৎপদা নাবনি। অরাক অখংননা নাই। চাকথাক্তি - লৈপাক্লা উচেক উশাই (উরোক) অমা, হূই অমা শারগা লাতোন অমদা হাপ্লগা নোংপোকলোমদা থাদোক্কনি। লাইশোন্দি অমত্তনি। নুমিৎ নিপান্নিদা নাবা ফৈ।

অমাইবীনা তীনকোক লাইকোক্লবা লাই তাইনখ্রবা মতুংদা করিগুম্বা খুদোংথিবা অৱা-অনা অমা য়াওরক্লবা ওইরবদি অমাইবীশিংনা থৌরম তৌবা শোইখিবা নৎত্রেগা লানখিবদগী নৎত্রগা থৌরম ৱাৎহৌবদগী ওইরকপসু য়াই। পূন্নমক অসি অয়েৎপা লাই হায়দুনা লৈরবনিনা ইমুং ইমুংদুদা নৎত্রগা মী মীদা য়েৎলরিবা অদুনা চৈথেং পীরক্লুনা ওইরকলিবা অৱা-অনাগী থৌওংশিং অদুনা লাই লাইদুগী মরমচৎ ওইরে।

অমাইবীনা লাই-তীন তাইরনরকপদা পাঙথোকলিবা থৌরম খূদিংমক অরায়বা অমত্তা ওইদে। অদুম ওইনমক লাই-তীন তাইনরকপদা য়াওরিবা পোৎলমশিং অদুনা ইকোম কোম্না ফংবা ঙমদবা মতমদা লৈপাক্লা মহুৎ শিন্দুনা অমদি মনা-মশিংনা মহুৎ শিন্দুনা থৌরম পাঙথোকই। করিগুম্বা মতমদা তাইনক্লরিবা লাই অদুনা কৎলিবা পোৎ অদু পামদে হায়দুনা মরৈ তৌরকপা মতমদদি ফংলরোইদবা পোৎচৈ ঙাক্তা হায়জিল্লকই। মতাং অসিদদি য়াম্না লুনা থোকপনিনা লাই তাইনবা

মতমদা ঙম্লনবা অমদি য়াননবা হোৎনরকপদা খরা ব্রানা থোকই অমসুং মতম চঙই। খুদম ওইনা 'হিংচাবী চঙবা', 'নুংশিৎ অপাইবী চঙবা' অসিনচিংবা। অদুবু অমাইবীশিংনা লাই তাইনরকপা মতমদদি মখোয়দা অসিগুম্বা খুদোংথিবগী তাঙ্গা ইরৈ লৈতবগুম্মা উবা ফংই। অমাইবীনা হৈ-শিংদুনা লাই তাইনবদা লাইনা পাঙথোকপা ওইখিবসু য়াওই। মরম অসিনা অমাইবীশিংতনা লাই-তীন তাইনরকপদা মতিক ময়াই লৈবগী মপান্না য়াম্না লাইনা লাইতীন তাইনবা ঙমই।

অসুম্না সমাজগী য়াইফ থৌরাংদা অমাইবীগী চাউরবা থৌদাং লৈরিবা অসিদি লাইগী মতিক ময়াই লৈবনা লায়না পাঙথোকপা ঙম্লিবনি। মীপূম খূদিংমক্তা অমাইবীবু থাদোক্লদ্রিবা অসি মখোয়গী পোকপদগী লোয়নরক্লিবা লাইগী মতিক ময়াই অদুগী মহৈনা থবক ওইনা উৎপদা থাজবা পীবা ঙম্বদগীনি।

অমাইবীনা লাই তাইনবা হায়বসি অনা-অয়েক্তগী নত্তনা মথক্তা পল্লিবা থৌরম কয়াগী মনুংদা লৈপাক্কী ওইনা লাই তাইনবদদি কোম্না ফংবা পোৎলমশিংনা কত্তুনা লাই তাইনরকপনিনা থোইদোক্লা অব্রাবা শরুক য়াওদে। হীরম খূদিংমক্তা অমাইবীনা লাই তাইননবগীদমক লৌরকপা থৌদাংদা খোইয়ুম লাইবু খুরুম্বা অমদি থৌনিদবা য়াদে। লাই-তীন তাইনবনা খুদোংথীরবা মতমদা অব্রা-অনা তারবা মতমদা চাকু-লনকুবীনবা অমদি নুংঙাইবা ফংননবা খোইয়ুম লাইদা অমদি শরোই ঙারোইশিং তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবশিংদা তাইনৈ। খোইয়ুম লাই খুরুম্বনা অব্রা-অনা তাদবা মতমদা পামজবা মতুংইন্না খুরুম্বা চৎনরবসু অব্রা-অনা তারক্লবা মতমদদি খোইয়ুম লাইদা অহানবমক্তদা ঈরাৎ থৌনি তৌদুনা খুরুম্লগা তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবগী লাই তাইনৈ। মরু ওইনা লাইনিংথৌ সনামহীদা ইহান হান্না খুরুমলিবা অসি তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা অদুগীদমক তাইনরিবনি।

অকোনবদা তাইনরকপনা তীনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পূম্নমক লাইনিংথৌদা কৎলিবা পোৎশিং অদু চারগা হনখ্রো হায়দুনা য়াথং পীরকলে। মরম অসিনা নখোয়না চারগা চঙলকপা য়াদ্রে হায়দুনা পোৎচৈ কত্তুনা থাদোকলিবা অসিনা অকনবা লাই তাইনবনি।

---( )---

### তরুকতবা শরুক

# লাই-তীনগী খুদম চাংদম য়েংবা

লাই-তীনগী খুদম চাংদম য়েংবা হায়রগা হীরম অমগী তুংদা থোক্লকপা অফ-ফত্ত খঙনবা য়েংববু খঙনৈ। লাই-তীনগী খুদম য়েংবগী থবক অসি অমাইবীশিংনা তোঙান তোঙানবা মওং মখল খরগী মতেংনা য়েংনৈ। মখলশিং অদুগী মনুংদা :

১।　লাইমাং ফম্বা

২।　চেঙবা য়েংবা

৩।　চামায় য়েংবা

৪।　শেনমিৎ য়েংবা

৫।　মিঙশেল কাঙলোন য়েংবা

৬।　জাল য়েংবা

৭।　খুৎলৌ চক্র য়েংবা

৮।　মৈরা কৎলগা য়েংবা

৯।　মঙ চঙবা

১০।　য়েনধৌ পাদম

১১।　চরোৎ লাংনা পাদম

১২।　শিং পাখায়বা অসিনচিংবা।

খুদম চাংদম য়েংবগী মরু ওইবা মওং খরা অসিগী চাওরাকপা মশক খরদং অমমমতা ওইনা পীজরি।

## ১। লাইমাঙ ফম্বা :

অমাইবীনা শরিক পায়দুনা লাইগী লাইমাঙদ লৈরোল নোংলোন শৈথাদুনা তেংবানবা মপুদা মীয়ামগী অফবা ফত্তবা ওইরক্কদবশিংগী মরম নিজদুনা খোইয়ুম লাইগী পাউজেঞ্জবা অমসুং তাইবং য়াবা খোনথোক্ল পাউজেল পাউতাক্লকপবু লাইমাঙ ফম্বা কৌই।

**লাইমাঙ ফম্বগী মওং :**

অমাইবীনা লাইমাঙ ফমলিঙৈদা লইপাউ চেন্নবগী ফম্বা হৌদ্রিঙৈদা লাইমাঙদা লা অমা থারগা শরিক থমগনি। অদুদগী মহাক্লা ফম্নবা ফিদা ওইনবা লা মচেৎ অমা থাগনি। অদুদগী অমাইবীনা তিল্লিবা ময়াম অদুদা কৎলগা ফম্ফম চানা খোঙ কারন্দুনা ফমগনি। ফম্লগা মহাক্লা ইল্লিবা ইনফি মখা থংবগী মচিন অনীনা শুপচিন্না পায়রগা শরিক্তুনা মরাইবক্তা কৎকনি। অদুদগী ফিজিল অনীনা কিশি কিগনি। মথক থংবা ইন্নফিগী ফিজিন অনীনা শুপচিন্না পায়রগা শরিক্তুনা মরাইবক্তা কৎকনি। ফিজিল অনীদু খোঙ য়েৎকী খোঙগী মরক, খোঙ ওয়গী মরক অদুদগী মখা থংবা কোক কৃপলিবা ফিদা অদু মাঙলোমদা চিংথোক্লগা মায়দা থল্লিবা শরিক অদুগা পূন্না পায়মিন্নগনি। মথংদা মমাঙথংবা কোক কৃপলিবা ফি অদু মাঙলোমদা চিংথোক্লগা মাঙদা থল্লিবা শরিক খিংদুনা লাইরোল শোনগনি। লাইপাউ চেনগনি।

অমাইবীনা লাইপাও চেল্লমদাইদা ইন্নফিবু কিশিন্দুনা ফিদোনগী ফিজি অনী খোঙবী অনীগী মরক্তা য়েপশিন্দুনা ফাজিল্লিবা অসিনা তাকলিবদি লাইগী মমাঙদা খোঙ উত্তুনা ফম্বা অসি থৌগল্লোন কায় হাযবগীদমক ইন্নফিনা কোযশিল্লিবনি। অমাইবীনা ফিকুক খুল্লগা লইপাউ অমদি মপুনা মহাকপু নীংশিংবিরকপা মতমদা মপাল্লমগী পোৎশক উদনবা খুমজিল্লিবনি। অমাইবীনা লাইমাঙ ফল্লমদাইদা মশাগী মশম অদু শমজি কি দুনা পুনবা য়াদে। মশম থাদোক্লগা লফুচনাংগী পুনবা য়াবা মরী অমনা পুনশিনগনি। শম পুনশিনবগী মরমদি লইপাউ পীরকপা মতমদা মীওইবগী ঈরম তরেৎ, খোংলম তরেৎমক্তগী ঈবু চিংখৎলক্তুনা লৱাই কৌইবী কোইরেনথক য়ৌরকই। মতম অদুদা শম পুনশিন্দুনা শম ফারবদি শমখোংদা অকাইবা পীরকই হায়বদি খোইয়ুম লাইনা য়াদে অমসুং শমজি শম মতোন্না হুমখিনি। খোইয়ুম লাইনা থৌগল্লোন কায়রক্কনি হায়বা থাজনবীগী মতুংইন্না শম পুল্লগা তুংয়ান তাহনবনি।

অসিদসু নত্তনা তাইবং মীগী শম্লাং খূদিংমক কোরৌ নোংথক্তা হৌবা কোক্কী মরানি। মসিনা কোরৌ নোংথৌগা শম্নদুনা ইৱায় ঈনিল চিংশিন্দুনা লৈরি। অসুম্না লৈরিবা

অসিনা খোইয়ুম লাইগী লাইপাউ পীরকপদা কোরৌ নোংদা লাইনা শম্লহনবা ওস্মী হায়বগী চৎনবী থাজনবীগী মতুংইন্না শল্লাং পুল্লগা তুংলোমদা থাদবনি। লাইপাউ চেনবদা শগুলেন, নোংমাই ফুরা হায়দুনা অমাইবীগী মখল খেন্নবা মতুংইন্না অমাইবীশিংগী লৈহৌরোল খেন্নে। লাইপাউ চেল্লক্ত্রিঙৈগী মমাঙদা লাইবুংথৌ মাপনগা লাইনুরা তরেৎমকপু খাম্বদি চপ মান্নগনি। লৈহৌরোল তরুকমক লৈমরোল মঙামক থাবদি মান্নে। অদুগা নুমিত্তনা শগোলশেল, লৈবাকপোকপা, ফুরা অহুম্মগী লাইরোল খেন্নগনি অদুদগী ইকৌরুরিবা লাই অদুগী লাইচৎকী মতুংইন্না লাইপাউ চেল্লক্কনি। খেন্নবা লৈহৌরোলগী মখলশিং মথক্তা নৈনজখ্রে। লৈহৌরোলগী মতাংদা খেন্নবা লৈরবসু লাইগী লাইপাউ চেল্লকপা মতমদদি মান্নে।

## ২। চেঙবা য়েংবা

অমাইবীনা লাইমাঙদা লা লাতোন অমা থারগা লা লাতোন অদুগী মথক্তা চেঙ হৈবগা চেঙ অদুগী মওং মতৌ, ফিরেপ অমদি অউবা অতৈ শক্তম খরগী মতুংইন্না লাইগী লাইপাউ লৌববু **চেঙবা য়েংবা** কৌই।

### চেঙবা য়েংবগী মওং :

চেঙবা য়েংগদৌরিবা অমাইবী অদুনা লাইপাউ তাগদৌরিবী খঙনীংলিবী নিপা নৎত্রগা নুপী অদুবু চেঙ মেরুক অমা নৎত্রগা চেঙ কন্বী অমা পাযহল্লগা লাইগী থারিবা লা লাতোন অদুগী মথক্তা হৈহনবনি। চেঙ হৈরিবা নিপা নৎত্রগা নুপী অদুগী খুৎহৈ মওং অমাইবীনা তাকপী। চেঙ অদু হৈবা মতমদা খুৎ অনীনা চেঙ মেরুক অদুদা হৈরীবা মী অদুগী মরাইবক্কী অফ-ফত্ত মতুংইন্না চেঙ অদু চোংথোকপা নৎত্রগা মওং কায়না লাকপা অমসুং লাক্তবা য়াওই। চেঙ হৈবদা য়াম্না ফজনা চীংদৌনা মতোন তুম্লবদি খ্বাইদগী ফৈ হায়না তাকই। মতোন হুইথরকপনা লৈরবদি কয়া পাঙদে। ফুবাক্লরগনা ফত্তে। মতোন তুম্লগনা মতোন তুন্লিবা অদুগী নাকনগী নৎত্রগা নাকলগী ময়াইদা কুৎলগনা ফদি ফৈ খরা য়াৎলি; শোাল্ল হায়না লৌনৈ। মশুং অহুম তানা শারবদি অফবনি হায়বা য়াই। নোংপোক্তা অয়াৎপা লাইগী মাঙলোম থংবগা চেঙ হৈবদা চেঙখোং তোংলবদি ফৈ হায়না থাজনৈ। তুরেলগুম্বা লিন মানবগুম্বা মমায় চামলি চামলি তৌবগুম্না উবা অমসুং অতোং অকুৎ নাইবা ফত্তে হায়বা তাকই।

অসুম্না লাইনা তাকপিরকপা ফত্তবা খুদমশিং অসি উরগা অমাইবীনা লাইপাউ পীরকপদা ফত্তবা কোকচনবগীদমক লাইদা কৎননবা পোৎলম চৈরম তাকপীরকই। খয়োম লাকপা, য়েঙ্লিং থাবা অসিনচিংবা কয়া ঙাকথোক শেংদোক্লবা থৌনিরোলশিং অসি মী মী অমসুং ফত্তবা মওং মখল অদুগী মতুং ইনবনি। অফববু অমুক্কা হেন্না ফনবগীদমক লাইদা কৎননবা পোৎলম চৈরম অমাইবীনা লাইমাঙ ফম্বদা তাকপি।

## ৩। চামায় য়েংবা

চামায় য়েংবা হায়রগা লাইদা থোংলগা কৎলিবা চাক্কী চামায়দা লৈরমলিবা খুদমশিং অদুগী অফবা অমসুং ফত্তবা মহৈ য়েংলগা পাউজেল পাউতাক পীবদু খঙনৈ। অমাইবীনা চামায় য়েংবগী চাউরাকপা মওং মতৌদি থোংগদৌরিবা চেঙ অদু লাইদা হান্না হিংনা কৎলগা থোংগনি। চফু মহী হাপখিবা অদুদগী অমুক অহেনবা হাপ্পসু য়াদে, চিথোকপসু য়াদে। লারোল তরেৎ থোক্লা খুন্নগা চাকথোং পাত্রগী মখুম খুমগনি। চাক অদু মুল্লগা লাইমাঙদা থমগনি। লাবোল তরেৎ থোক্লা খুন্লিবা মখুম অদু হাইদোক্লগা অমাইবীনা চাক অদুগী চামায় য়েংগনি। চফুগী চামায় অদু চাউরাকপা মায়কৈ মরি থোক্লা খায়গনি। মায়গৈগী মতুংইন্না লৈবমলিবা মওং নৎত্রগা খুদম অদুগী অফ-ফত্ত পাউতাক পী। চফুদুগী চীংখৈদগীনা খা (ফমেন) ফাওবা অসি অফবগী খুদমনি। অৱাংদগীনা কৌব্রু ফাওবা অফবনি। অৱাং অমসুং চীংখৈ অসিদি ফত্তবনি হায়না লৌহি। নোংচুপ্তগীনা শনথোং খা ফাওবা ফত্তে। অদুবু অফবা খুদমসু অদুম লৌনৈ। পনখ্রিবা মায়ওনশিং অসিগী মতুংইন্না চামায় য়েংগদবনি।[৫৭]

## ৪। শেনমিৎ য়েংবা

অমাইবীনা শেনমিৎ হুনবগী পায়রিবা শেনখায়শিংদি মখল অনীথোক্লা লৈ। অহানবদা খূৎনাওবীগী খুজিলমুক পাকপা শেঞ্জেংগী শেনখায়না ওই। অনীশুবা মখলগী শেনখায়না বৃটিশ পেরেদকী মতমদা কোরীনা শাবা হৌজিক্কী চৎনরিবা মখায়গা ( পৈশা য়াঙখৈ) পাকপা মান্নবা কোরীনা শাবা শেল পৈশা অমা চৎপীনা ওই। শেনখায় মশীংদি মরি মরিনা খূজীং ওই। শেনখায় মরি অসিনা লৈমায়দা থাদনুা চাইখায়রগা শেনখায়শিং অদুগী মমায় উপ্পা লোংবা অমসুং চোংথোকপদা মায়কৈ নকশিন্নবা লাপথোক্লবা অসিনচিংবা মওংশিং য়েংলগা হীরম অমগী অফ-ফত্তবা লাইপাউ পীবসু শেলমিৎ য়েংবা হায়না খঙনৈ।

৫৭. তাকপিবকপী : থম্বাল মচা অমাইবী, রাঙ্গোই।

**শেনমিৎ য়েংবগী মওং :**

শেনখায় হুল্লগা লাইপাউ চেনগদৌরিবী মাইবী অদু মশা শেংদোক্লগা ফক মচা অমদা নৎত্রগা ফিদা (শউন নত্তবা) অমদা মমায় নোংপোক ওন্না ফমগনি। মমাঙদা লাগুম্বা থাবা য়াবা পোৎ শেনখায় হুন্নবগীদমক থমগনি। কনা কনাগুম্বীনা অব্রা-অনা তারবগী, লুহোং খোংদোংবগী, হায়ন-শীংনবগী, তীনয়েৎ লাইয়েৎপগী, খৎন-চৈনবগী ব্রাথোক-লানথোকপগী অমদি অনীংবা খঙনীং তানীংবা থৌরম কয়াগী মরমবু খঙনীংদুনা লাক্লগা অমাইবী অদুগী মনাক্তা কোয়না নৎত্রগা ফক অমদা ফমগনি। অহান অহানবা লাকপা মী অদুগী মরমদা হান্না হান্না অমাইবী অদুনা শেনখায় হুনগনি। শেনখায়দু অমাইবীনা হুন্দ্রিঙৈদা হান্না লাক্লিবা মী (নুপা নৎত্রগা নুপী) অদুদা অমাইবীনা শেনখায় অদু পীরগা মহাক্কী মমাঙদা থল্লিবা লা মথক অদুদা থাদহল্লি। অসুম্না থাদবা শেনখায়শিংদুনা তারিবা মওং অদু অমাইবীদুনা য়েংলগা মানা নীংজরিবা মঙোন্দা তোংলিবা লাই অদুগী মীংখৈরোল শোনদুনা খুরুমগনি। খুরুম্বগা লোয়ননা লাক্লিবা মী অদুগী তানিংবা অদু মরিক চুম্না ফাওবীরকউ হায়না থৌনিগনি।[৫৮]

## ৫। মিংশেল কাঙলোন য়েংবা

করিগুম্বা হীরম অমদা লাইনা পীবা খুদম চাংদম খঙনবগীদমক লাইগী লাইরোল শোল্লগা মিংশেল অমগী মনুংদা লাইনা উৎথোকপা খুদম য়েংবা অমসুং মদুগী মতুংইন্না অমাইবী অমাইবদগী পাউজেল পাউতাক তাববু মিংশেল কাঙলোন য়েংবা কৌই।

**য়েংবগী মওং :**

মিংশেল কাঙলোন য়েংনবগীদমক য়েংগদৌরিবা অমাইবী নৎত্রগা অমাইবা অদুনা কৈথেলদগী থাংজা নুমিৎ অফবদা উপ্পা থমদুনা য়োল্লম্বা মিংশেল অমা লৈগনি। মিংশেল অদু লৈবদা অয়োনবা নৎত্রগা অয়োনবী অদুনা হায়রিবা মমল অদুদা পীরম্লগা হাংদোক্তুনা ময়ুমদা পুরক্লগা থাংজা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরম, লাইনিংথৌগী লাইমাঙদা লা লাতোন অমা থারগা মদুগী মথক্তা ফিঙাং ফিঙৌ থারগা মথক্তা মিংশেল অদু লোংনা মখুম হাংদোক্তুনা থমগনি। অদুদগী খোইরু থাউমৈ, হৈরুক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা, লফোই লফাং চঙথোকপা অম। শেল য়াওনা কত্তুনা লাইনিংথৌদা লাইরোল শোন্দুনা খুরুমগনি। খুরুম্বা মতমদা মহাক্না মিংশেল কাংলোন য়েংনবগীদমক খঙজরিবা লাইরা অদু শোঞ্জরগা

৫৮. তাকপিরকপী : **চন্দ্রজীনি অমাইবী,** বামোন কম্পু।

মিংশেল কাঙলোন য়েংবগী মতিক ময়াই ফংনবা মিংশেল কাঙলোন য়েংবা হৌগনি। মিংশেল কাঙলোন য়েংবা মতমদা লাক্লিবা মী অদুগী অপাম্বা হীরমদা খুদম খঙননবা লাইবোল শোল্লগা মিংশেল হাংদোক্লুনা য়েংই। লাক্লিবা মী অদুদসু করিগুম্বা লাইরোল শোনদুনা য়েংহনবসু য়াই।

অসুম্না মিংশেল কাঙলোন য়েংলিবা মী অদুনা মিংশেলদা লাইনিংথৌনা উৎপীরকলিবা খুদম অদু উরগা অফ-ফত্তগী পাউজেল পীবিরকই। অদুগী মতুংইন্না থৌরম পাঙথোকই।

মিংশেল কাঙলোন য়েংবা মতমদা মখাদা পীরিবা মন্ত্র অসি শোনগনি।

*হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো নংনা কুরু নোংকাপ্রবদা কুরু য়েংকে*
*হায়বা ৱানে। নমিংদি ক্লিং সর স্নামহীরেল কৌএ।*
*লাইনিংথৌনা কুরু য়েংপকুম ননাই ঐসু য়েংকে।।*
*থৌজানবিয়ু।*

ৱাহৈ অসি হায়রগা খুরুমগনি।

**খুরুম্বদা চঙবা পোৎচঙ :**

সনামহীগী মমাঙদা হৈরুক অমা, পানা অমা কৎকনি। তুলসী মঞ্জুরী অহুম কৎকনি। মিংশেল অমসু কৎকনি। কৎপা লোইরগা মথক্তা হায়খ্রিবা লাইরোল অসি শোল্লগা মিংশেলদা য়েংগনি।

মিংশেল কাঙলোন য়েংবগী অতোপ্পা লাইরোল অমনা—

*লমগী লাইরেল শিদবা তীন তরেৎ ঙম্বা নহাক কুবেরনি,*
*নহাক কৃষ্ণনি; কুরুগী মমিংদি মুপা মুপা কৌএ। নহাক্না তৌবা*
*ঙম্বমখৈ হায়রো গুরুগী য়াথংনে*

(মিংশেলদা শোন্দুনা য়েংবদা উবনে)

*হরে কৃষ্ণ রাস মঞ্জুরী* (মিৎ য়েত্তা শোল্লো)। *হরে মঞ্জুরী*

(মীৎ ওযদা শোল্লো অহানবা য়েংবদদি মিংশেলদা য়েংলো)।

**খুরুম্বগী পোৎচং :**

লৈমবেলদা শিধা অমা কৎলগা খুরুমগনি।[৫৯]

৫৯ তাকোপ্নরকপা : **চিঙ্গাংবম ওমর অমাইবা**, উরিপোক।

## ৬। জাল য়েংবা

জাল য়েংবা হায়বসি মিংশেল কাওলোন য়েংবগুম্বনি।

**য়েংবগী মরম :**

পোৎমাং চৈমাং থোক্লবা মতমদা য়েংনৈ।

**য়েংবগী মওং :**

য়েংগদৌরিবা মীশিং অদু অমাইবী অদুগী মমাঙদা ফল্লগা অমাইবী অদুনা থাউ অহিংবা (অশেংবা) খর খর খুবাক ময়াইদা তৈবীরগনি। অদুগা লাইরোন শোনগনি। য়েংগদৌরিবা মী অদুদসু শোল্লি। মী অদুদা শোনবদদি কোক্তা হান্না শোল্লি। অদুগা মমিত্তা শোল্লি। মসি তৌবদা মীওই ৫ / ৫ চঙই। অঙাং চহি ১০মুক শুবদনা হেন্না চুম্মী হায়দুনা অয়াম্বা মতমদা মখোয়দা য়েংনৈ। মী অহুম ওইরে অহুমদুদা শোনগনি; মঙা ওইরে মঙাদা শোনগনি য়েংহনবা মতমসিদা মপোক নুমিৎ অমসুং রাশীসু হংনৈ। কনাগুম্বা কুম্ভ রাশী, বৃষিক রাশী, মেষ রাশীগী মীওইশিংদা অয়াম্বা মতমদা য়েংহল্লি। নুমিৎতনা শগোলশেল, লৈবাকপোকপা অমসুং থাংজ পোকপা মীদা অখন্ননা য়েংহল্লি। হায়রিবা রাশীশিং অমসুং নুমিৎশিং অসিদা পোকপা মীওইশিংনা য়েংলবদি হেন্না চুম্মি হাযনা থাজনৈ। খুবাক্তা হৈরিবা থাউ অদুদা পীবা খুদম অদু অমুকপু উপ্রবদি উরবা মীওইদুদা, খুবাক ময়ায়দা থাউ হৈবগী মহুত্তা খুবীদা থাউ খিত্তং তৈরগসু য়েংহন্নে। উরবা মতমদা করি করি উগে হংই। পোৎমাঙ চৈমাঙ মতমদনা লৌরিবা মী অদু কনানো হায়না হংদুনা মশক শেংনা অদুম তাক্লকই। অসুন্না জাল য়েংবগী মওং অসি মৈতৈ খুন্নাইদা চৎনৈ।[৬০]

## ৭। খুৎলৌ চক্র-য়েংবা

খুৎলৌ চ ক্র হায়না খঙনবা খুৎলাই অমগী মতেং লৌরগা হীরম অমগী মরমদা লাইনা পীরকপা খুদম চাংদম য়েংবগী মওংবু খুৎলৌ চক্র য়েংবা হায়না খঙনৈ।

করিগুম্বা ইমুং অমগী পোৎমাঙ চৈমাঙ হুরান চীন্থি যাওখ্রবদা খুৎলৌ চক্র অসি য়েংনৈ। খুৎলৌ চক্র অসি য়েংবদা লৌখিবা মীশক পুখ্রিবা মায়কৈ, ফংগনি নৎত্রগা ফংলোই হায়বনচিংবা খঙহল্লি।

৬০. তাকপিরকপী : **ইবেচাওবী দেবী**, অমাইবী, ময়াং ইম্ফাল।

**য়েংবগী মওং :**

লাক্লিবা মী অদুগী মমিং মথা অমদি মহাক্না চিংনরিবা মীগী মমিং, লৈকাইগী নৎত্রগা য়ুমথংনবা মীগী মমিং, ইমুং অদুগী হেক চিংনবা মীপুম খুদিংমক খুবী অমুক পাকপা চেদা লেইনা ইগনি। ইবা লোইরগা ওসাইগী খুৎলৌ য়েংগদৌরিবা চক্র অদুগী মথক্তা অমমম হাপকৎকনি। অদুগা অমাইবী অদুগী খুদোম্বী অদুগা য়েংবা লাক্লিবা মী অদুগী খুদোম্বীগা অনীগী মরক্তা চক্রগী মচৈ অদু য়াম্দুনা থমগনি। থল্লগা অমাইবী অদুদা লাইরোল শোল্লগা কন্না ঈনশিনগনি। অদুদগী চক্রদু উরু লাওনা লৈরকই। উরু লাওনা লৈরকপা অসিদা ওসাইগী চে মচেৎ মচেৎশিং অদুগী মরক্তগী চে মচেৎ অমা অনী চোংথোরকই। চোংথোরক্লিবা চে মচেৎশিং অদু ঈনখৎলগা মমিং পাই। লৈরল্লিবা মমিংশিং অদুগী মতুংইন্না লাইপাউ পী। অসুন্না অনী অহুমলক তৌগনি। অনী অহুমলক লৈবা অসিদা অসাইগী হান্না চোংথোরকখিবা মমিং অদুমক চোংথোরকপসু য়াওই নৎত্রগা হান্না চোংথোরকপদা য়াওরকখিদবা খরসু য়াওরকই। অহুমলক লৈবদা য়াওরকলিবা চপ চপ মান্নবা মমিংশিং অদুগী মরক্তা হেন্না য়াওবদা লাইপাউ পী। তৌবতদি মী মমিং ইরিবা চেশিংদু উপ্লগা তীন্নরগা থমগনি।

**খুৎলৌ চক্র-শাবগী নিয়ম**

মীনা তোংনরম্বা শউনগী ফেনাৎ মরী য়াওদবা অমগী ময়াই চপ চানা ইঞ্চি ৪ / ৫ শাংবা য়োৎপী অমা য়ৈশিনগনি। য়ৈশিল্লিবা য়োৎপী অসি খোংউপ ফাওননবা য়ৈদে। অসুন্না খুৎলৌ চক্র শারগা অমাইবীশিংনা মখোয়গী পুক্সিগী খুৎলায় ওইনা শীজিন্নে।[৬১]

## ৮। মৈরা কৎলগা য়েংবা :

হুই অমা শাংবা খোইরু থাউমৈ নৎত্রগা মোমবতি মশীং অমা, অহুম, মঙা, তরেৎ নৎত্রগা মাপল লাইগী লাইমাঙদা থানগনি। করিগুম্বা মী অমখক্তগী মরমদা খুদম য়েংগদবা ওইরবদি মৈরা থানগনি। মীশিং মীশিংগী মতুংইন্না মৈরা মশীং থাল্লগা তৌগনি। খোইরু থাওমৈ অদু মৈ চুখৎত্রিঙৈদা হান্না লাইদা খুরুমদুনা হায়জগনি। অদুগা মৈরা অদু চুখৎকনি। মৈরা অদুগী চাকলিবা মৈরী অদুদা লাইনা খুদম চাংদম পীরক্কনি।

৬১. মথক্কী ৬০ গা মান্নে।

মৈরীনা ব্রাংনা লেঙদনা চুম্না জিরি জিরি কাখৎলক্লবদি অফবনি হায়না লৌনৈ। মৈনা ফেরে ফেরে হায়রবদি খর পাঙদে হায়না থাজনৈ। মৈনা মুশি মুশি চাক্লবদি পাঙদে হায়না লৌনৈ। নমখাংদা যুৎ মৃৎপ্রবদি য়াম্না পাঙদে, খাইদগী হেন্না ফত্রে হায়না লৌগনি। অহানবদা মৃৎপদৌনা মৈরী অদু পিশক পিক্লা লৈরবগা অকোনবদা ফজনা ঙান্না চাখৎলক্লবদি অহানবদা পাঙদে কোন্না ফৈ হায়না থাজনৈ। কনাগুম্বা মী অনী নৎত্রগা অহুম, মরি, মঙা, লৌতান্নবদা কনানা চুমগদগে হায়না য়েংবা মতমদদি মৈরী খাইদগী হেন্না ব্রাংনা কাবদুনা মায় পাক্লনি। মৈরী ব্রাংবদুগী মতুংইন্না মকোক মথঙ খঙনৈ।[৬২]

## ৮। মঙ চঙবা (মঙদাবা)

মঙ চঙবা হায়বসি মীওইবনা অব্রা-অনা তারবা মতম অমদি লৈপাক্কী য়াম্না লুরবা তাংফমদা মীওইবগী ব্রাখল থোক্লক্ত্রবা মতমদা পীবিনবা করি করম তৌরগা অব্রাবা কোক্কদগে হায়বগী মরম খঙনবগীদমক তেংবানবা ৌম্বীবা শিদবা মপু লাইনিংথৌগী মফমদা পাউজেল পাউতাক পীননবা পহর চঙদুনা অমাইবী অমাইবনা খোমলেন তূমখুল তানবনি।

খোমলেন তূমখুল তান্দুনা মঙ চঙলিবী অমাইবী অদুগী খোমলেন মঙলানচাদা লায়িংথৌনা পীবিরকপা পাউজেল পাউতাক অদুগী মতুংইন্না মীওইবগী মশা মশাগী ওইনা নৎত্রগা লৈবাক্কী ওইনা মতিক চাবা লাইগী থৌরম পাঙথোক্লে অমসুং অব্রা হূইরাং চনবা কোকচনবা হোৎনৈ।

**মঙ চঙবগী মওং :**

মঙ চঙগদৌরিবী অমাইবী অদু নুমিদাংগী চাবা থকপা লোইরবা মতমদা খোঙ খূৎ মায় মিৎ চীন-য়া হকচাংগী খোঙ খূদিংমক শেংদোক চামথোক্লগা ফিজেৎ শেৎলগা লৈ। অদুগা লাইনিংথৌগী মকাইফমদা খোইরু থাউমৈ অমা কৎলগা পামজরিবা নীংজরিবা হীরম অদুগী মরম অফবা ফত্তবা চীংঙু নহাক্লা চুম্না পাউজেলবিয়ু, পাউতাকপীয়ু হায়দুনা থৌনিজগনি। লাই নিংথৌদা থৌনিবা অসি মঙ চঙলিবী অমাইবী অদুগী নিংশা য়েৎলোমদা লৈবা মতমদা পাঙথোক্কনি। তাইরেল পুংফাইনা নাহে নাশেংদুনা অনম

৬২. তাকপিরম্বী : চন্দ্রজীনি অমাইবী, বামোন কম্পু।

অথৌ কোক্কনি। থৌনিরম্লগা অমাইবী অদুনা ফক অহনবা অমা লাইনিংথৌগী মমাঙদা তবৎ নাতৈননা খাগা ব্রাংগা থাগনি অদুগা ফিঙৌ অমা অমাইবী অদুনা মশা থুংনবা কৃপশিন্দুনা শুপ্লগা কোক মখা ওন্না তুমগনি। অসুম্না তুম্লগা লৈরকপনা মতম খর চোঙ্থরগা অমাইবী অদুগী খোমলেন মঙলানচাদা তেংবানবা মপু লাইনিংথৌনা অশেংবা পামজবা নীংজরিবা অদুগী ফৌরোই তুংইন্না পাউজেল পাউতাক পীরকই। পাউজেল পাউতাক পীবা অসি মখল কয়ামুক থোক্লা খায়দোকই মখল অমনা, য়াব্রা পাউজেল ওইনা চান্নবা মরূপ শারগা তাকপি নৎত্রগা অতোপ্পা শকখঙ মায়খঙনবা অহল-লমন ওইনা নিপা নৎত্রগা নুপীগী শক্তমদা খুদম চাংদম উৎপিদুনা পাউজেল পাউতাক পীবি। মখল অমনা— মশীংনা পাদম তম্লগা তাকপি। মখল অমনা, নুমিৎ থাগী মশক, থব্রানমিচাক্কী মশক, উচেক ব্রায়া অমদি অহিংবা হিংদবা অচৎ-চত্তা লেঙলি পাল্লিবা খুদিংমক্না খুদম চাংদম উৎপিদুনা পাউজেল পাউতাক পীবি।

করিগুম্বা মঙ চঙলিবী অমাইবী অদুগী খোমলেন মঙলানচাদা চীংঙু লাইনা পাউজেল পাউতাক পীবিবা মতমদা শুপ্লগী খুদম অমখক্তনা উত্তুনা তাকপি। অতোপ্পা অমাইবী অমনসু হায়রিবা মঙ চঙবা মতম অসিগা চপ মান্ননা মফম খেন্নবদা মঙ চঙবা মতমদা অমাইবী অনীমক্তা পীরিবা খুদম মান্নরোই। পীরিবা খুদম অদুগী মহৈদি চপ মান্নে। লাইনিংথৌনা পীবিবা খুদম চাংদম ময়েক শেংনা খঙহৌদে হায়দুনা কবিগুম্বা মতমদা অমাইবা অমাইবীশিংনা অমুক হন্নসু মঙ চঙনৈ।

**মঙ চঙবগী ফংলিবা খুদমশিংগী মহৈ :**

ফংলিবা মঙ চঙবগী পাউজেল পাউতাকশিং অসি খেন্ননা লাকই। অদুবু খেন্ননা লাক্লবসু করিগুম্বা মীওইবগী ব্রাখলনা লৌশিনবা ঙম্বা ওইরবদি অমসুং লাইগী হৈকৎ লৈকৎ ঈরাৎ থৌনিরোল য়াওরোইদবা ওইরবদি ফংলিবা মহৈ পাউতাক অদুগী ব্রাফমদুমক খন্নরগা মখা তাবা থৌরম পাঙথোক্লে। হৈকৎ লৈকৎ থৌনিরোল যাওগদবা ওইরবদি অমাইবী মঙচঙবী অদুগী ব্রা লৌরগা মখাগী থৌরম পাঙথোক্লে।

করিগুম্বা হীরম অদুগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা অমাইবীদা মঙ চঙহনবদা মাগী মাগী পাউজেল পাউতাকশিং অদু তারগা খ্বাইদগী হেন্না থৌরম অদুগা নীংলিবা অদুগা চাশিন চুশিন্নবা ওইরবদি হায়রিবা চাশিন চুশিন্নবা মহৈসিমক্তগী থৌরম পাঙথোক্কনি। খুদম ওইনা পল্লবদা "নুমিৎ কাপ্পা" দা নুমিৎপু কৌখৎলুনবগী মতাংদা নিংথৌ পোংবা তরামক্লা লৈমা তবামক্তা চকপা লমলাং মাইবীবু কৌহল্লুদুনা নুমিৎপু

থেমদুনা পুরক্লবগীদমক পাউমেনখি। চকপা লমলাং মাইবীনা মঙপোৎ চাদং লুদা থোংনা সনা খোম্মদোন অতোনবা নঙবু নপোইরে নরমদমদা অমুক হল্লকলো হায়দুনা মঙচঙহনখি। নিংথৌ পোঙবা তরামক্লা চকপা লমলাং মাইবীবু খোমলেন মঙপাউ তম্নবগী পাউমেল্লকই। চকপা লমলাং মাইবীনা পাউখুম্লকই। নুমিৎস্না খোম্মদোনবু থেমগৎপা মতমদা য়াওগদবা মঙদাবদা তাকপিরকপা পোৎলমশিংদি মখাগী অসুম্না পীজরি :

> ঐবু সনা খোম্মদোনবু পাওমেনলু হায়রবদি পাগী পারম
> তাবনা পাথোম তরুক থোম-ও নুগী নুরম তাবনা পাথোম
> তরুক থোমও পরৈবনা পরৈও। থাংথোকপনা থাংথোক-
> ও। লাকশাবনা লাকশা-ও, মালেম লোইবী খংব্রাই তরেৎ
> শেমমো ইপন তুবী অঙনববু পুচনবা ফৈরোই মঙদারুক্তা
> চেংঙৌ ফাহাপ্না য়েকম কাঙখিন্না ফিমু লৈরুম কুপ্পি-ও; কম্বি
> নাওরৈখুনা খোইচু তোল্লোং ইকপি-ও...।[৬৩]

পুয়াদা পীরমলিবা ঈচেল অসিগী অর্থদি নুমিৎ সনা খোম্মদোনবু পাউথেম্বদা লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী খয়োম শেমগনি। লাইনিংথৌগী খয়োম শেম্বদা পায়া মঙানা পুনগনি। লাইরেম্বীগী খয়োমদা পায়া তরুক্লা পুনগনি। খয়োম শেমলিবা অদুনা পায়া অদু পুনশিনগনি। থাঙ পায়বনা থাং পুগনি। লাইগী মরী থীনা পেনা শৈক্কনি। লৈপাক্লা শাবা কম্বি তরেৎ শেমগনি। মঙদারুক্তা চেঙ চোন্না হাপ্তুনা য়েরুম খিন্দুনা থুম কাগুপ শেন কাগুপ হাপকনি। য়েলিহং থাগদবা য়েন অদুগী মখোঙদা কাপ অমুক শাংবা তিংথৌ মপোপ মশাং অমা লৌরগা মদুনা কোঙ্গোয় শেন্নগা য়েৎথংবা ( য়েন লাবা ওইরগা য়েৎথংবদা, য়েন অমোম ওইরগা ওয়থংবদা) খোংদা হাপ্পগা খোইজু লৈখাম থাদুনা ওক্কনি হায়রিবা পোৎচংশিং অসি মঙদাবা মতমদা নুমিৎস্না খোম্মদোনবু থেমগৎলুনবগীদমক য়াওগদবা পোচিংশিং অদু চকপা লমলাং মাইবীদা খোইয়ুম লাইনা তাকপিরকপনি।

অসিদা নত্তনা লাইনিংথৌ খাগেম্বনা পানবা মতমদা য়োইবু মশানৌনা হয়রাং মচা য়ান্না নাউপুবা অসিবু মপাবী শাৎকবরা নৎত্রগা মমোম ফুইগবরা হায়না চীংনজবদগী

৬৩. ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পাদক) **নুমিৎ কাপ্পা** (ইম্ফাল : ইউনিভর্সেল লিটিরেচর এসোসিয়েসন, ১৯৭৮), লা: ৩৬-৩৭।

খাবী থিয়াথৌ অমদি অমাই মনাউয়োক অনিবু মৈদিংঙু খাগেম্বনা কৌদুনা মঙজংলু-ও হায়খি। নিংথৌগী খোমলেন মঙজংপোৎ পুম্নমকপু লাংখি। মঙচংবদা য়াওরিবা পোৎলমশিং অদুদি:

ঙাইখোং তোনবা পাউপাউরুক ( পৌনৌলুক) মনুং
খোমওল্লুক তাংখুল চাউশৌ খুভম লুক ...
পোইনাউতোন খুনফাংলা ... ঙৈশিংয়ি অঙৌবা
পুরৈরোনবা শীঙকাংলামৈ য়েকপা উমি খুম্বা
শূবা মখূৎথা চীংখোং পোইরৈতোন্না খুনথোকথৌ ..
মৈতিংঙু শেনবি খাগেম্বা খোংনাং লাননা চেঙ .. য়াংলৈ
তাউবা হূইয়া মানবা তেক্তবা তরা চেঙ মচংবু লেংগ খম
চেংঙৌ ফাহাপ্না ... ... ... ... ...

য়েরুম কাংখিন্না তরেৎ শেনদি মরাই ই নোইনু থুম্দি কাগুপ্না শিং শিং লাকা য়োম ফিমু লৈরুম পিনা মদাইরেম থিয়াথৌ অমাই মনাউয়োক অনিমানা লমলেন চেংলৈ ঋাংগোনলেন ঋাংগোন তম্পাক লয় নামুং লাইরেন ঙাংঙোই য়োইমোংবগা য়োইহৈতোন তাউথিংমাংগা তুবি লোনজা থম্না পাউতোইরম লৈনুং থবারেন অহনবনা মপারী তাপূং শিংমিংনবদা হূইপি- লৈ মেনসনা ঋাহূইলৈ চহুই লৈরিক চিন নিংথৌ মপন মচিফানা লৈ লোইদাম য়িঙা চাবি থাদা, শীঙলেন চাপু চোন্না পানবা- লৈ ঋাংকোন তমপাক লয়নাপুংদা নোংথৌরেন শেনবি হরাউ পূক্লিং চঙ থাঙলেন খুত্তা শূনা কাউরেন ষনথোক ফানা তেকপি ওকথোং হাংলে।[৬৪]

৬৪. ও. ভোগেশ্বর সিংহ (সম্পাদক), 'খাগেম্বা লাংজৈ' (ইম্ফাল, সম্পাদক মশা, ১৯৬৮), লা: ৪৬

মথক্তা পঞ্জপ্রিবা মণ্ডদারোনগী থৌরম অসিদা নত্তনা খুমন লৈপাক্তা অশি অনা নংলবা মতাংদা পেলহৌদবা অমদি চীংনবা কয়া লৈবা মতাংদা খ্বাইদগী মরু ওইনা পাণ্ডথোক্তবা য়াদ্রবা থৌরম অমা ওইনা পাণ্ডথোক্লরমই।

মণ্ডদাবগী মরমদা থৌব্রান থাবা হিরান্দগী খুদম খরদং লৌখৎচরি—

খুমন নিংথৌ মমোমলোই তাংজা শমফাবীবু মপুরোইবা মৈদিংঙু থব্রান থাবানা লৈরাং নাচোম খরগী মরমদা চীংনবা হেনখিদুনা অশাউবগা লোয়ননা লব্রাইদা য়োৎপি য়ৈশিলহন্দুনা হাৎতোকহনখি।

শিরবা ফাওবদা মপা খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবগী মফমদা লৌনম তৌদুনা অশিবা মশা থিলহনখি। খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবনা মমোমনা মরম চাদনা শিখিবগী মতাংদা চীংনবদগী মহাক্কী মমিং লৈরবী মণ্ডচণ্ডবদা য়াম্না চুম্লবী চকপা লমলাং মাইবীবু কৌখৎতুনা মণ্ডদাহনখি।

মণ্ডদাবগী মতাংদা য়াওরিবা পোৎচং মওং অমদি মফম 'থৌব্রান থাবা হিরান' কৌবা পুয়া লাইরিককী মতাং খরদা লৌখৎতুনা উৎচরি—

মপল নোংয়াই খুমন নিংথৌনা পাওমেল্লয়ে তয়মশিংও ইমোম
অসিবু তয়ুম পীশোনলে হায়ববু নাতাদা কোরৌ মনোংথৌ
করম্বনা ব্রাংবা মকাশা কনানা ঙল্লোনরিগবনো? ইদাইরেম
চকপা লম্লাং মাইবী মণ্ডতম্বীনা ফৈরোই মণ্ডদা লুক্তা চান্নৌ
লারোল তাইখিয়ে, চেংঙৌ ফাহাপ্না য়েরুম কাংখিন্না তরেৎ
শেন্দি মবাই- ই নোইনু থুমদি কাগুপ্না শিংশিং লাগা য়োম্না
খোম্লেন মংজংখিয়ে।[৬৫]

অসুম্না মণ্ডাবদা য়াওবিবা পোৎচণ্ডশিংদি ফৈরোই মণ্ডদা লুক্তা লানা লারোন থারগা চেঙ হৈদুনা চেঙ মথক্তা য়েকুম খিন্দুনা তরেৎ শেল হাপকনি, থুম মপাক অনী উপশিন্নরগা শিং লানা য়োম্লগা হাপ্পী। অসুম্না পোৎচণ্ডশিং অসিগা লোয়ননা কত্তুনা খোম্লেন মণ্ডজণ্ডই।

৬৫. ময়াংলম্বম গৌবচন্দ্র সিংহ (সম্পাদক মশা, ১৯৭৮), লা. ৩০-৩১।

অসিগা লোয়ননা খোল্লেন মণ্ডচণ্ডবা মফমদি নিংঙোল কাদা চণ্ডই। মণ্ডচণ্ডবগী মওংদি খম্লুং লমদা চণ্ডগ্রবী লৈখিদ্রবী সমফাবীগী য়াইবী থব্রায়গা চকপা লমলাং মাইবীগী য়াইবী থব্রায়গা উন্নদুনা পাউহংনবনি। পাউহংবদা খুন্নকলিবা মওংদি—

> নপল নোংয়াই খুমন নিংথৌনা থৌশিরকয়ে, কোরৌ ননোংথৌ কনানা থৌথাবনো হায়না পাওহংববু, হোয়দা খম্লুং চব্রাই তাবীও ঐবু য়ারেন খোংজি মতাই কাঙমদা চিনবান লৈতোল খত্তে হায়না মদোম খল্লে কুমখিয়ে। নোংয়াই খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবা-ও নদাইরেম ঐনা খোল্লেন মংচণ্ডলুবদি নমোম খৈয়োইরোনবু পলেম পীথোইরেন পনথৌ পাখাইরেনগীবু লান্নংদে কোরৌ ইনোংথৌনা থৌদাদে, য়োইবু, ইথিথিয়েকব্রা য়োইহৈ ইনু নুয়েকব্রাগী নোংমল্লকয়ে হায়য়ে।।[৬৬]

মসিদা হায়রিবদি অমাইবীনা নঙবু (শমফাবী) পোকপা পনথৌনা ঐঙোন্দা (অমাইবীদা) হায়রকই নঙবু (শমফাবী) কনানা কৈদৌবদগী শিরো হায়দুনা শিরকলিবনো হায়না পাউহংবদা তাংজা শমফাবীনা পাউখুমলকই। চকপা লমলাং মাইবীও ঐদি ইমা ইপাগী নুংঙাইনদবা মরমদগী শিরকপা নত্তেয়ে। অদুবু লমলাং মাইবীনা হায়রকই— হে ইবেম্মা নঙবু চৈনা, থাংনা থিন্দুনা শিরকপরা থৌরি য়ান্দুনা শিরকপরা হায়না পাউহংবদা তাংজা শমফাবীনা পাউখুমলকই হোইদা খম্লুং ব্রারী শাবী হৈবী-ও ঐদি ইচিন অসিনা হায়দোকপসু ঙমদরে লৈয়েংনা খত্তুনা হায়বসু ঙমদরে হায়না হায়রগা ঐদি ইতোমমতা অশি নোঙ্গারকপনে হায়না খুম্মে।

চকপা লমলাং মাইবীনা খুমন নিংথৌ অদোন পুনশিবদা খোল্লেন মঙজঙলুবগী পাউবু তম্লকএ, ঐদি পলেম পম্থৌগী মরমদগী শিরকপা নত্তেয়ে। নোংদম্বা মপুনসু শিরো হায়দুনা তম্মক্তুরে-য়ে। ইপুরোইবগী মরমদগী নুপী ব্রাগী থৌশিন্দগী নোংমল্লকপনে হায়না তম্মে।

মঙদারোলগী থৌরম পাঙ থোক্লল্লিবা অসি লৈপাককী ব্রায়েল হোংলকপা অমদি লাইনিং লম্বীদা অহোঙবা চাউখৎপগী অব্রাংবা থাক্তা নৈনদুনা চৎনরকপদগী হৌজিক্কী মতমদদি পাকশন্না পাঙথোক্লদ্রে। অদুবু করিগুম্বা মতমদা য়াম্না তাঙনা চৎনবী অমা

৬৬. মথক্কীসিদা,লা: ৩১

ওইনা লৌদুনা থৌরম অসি পাঙথোক্লবসু য়াওরি। মতমগী অহোঙবা লাকপদা লৈপাক অসিগী হান্না লৈজরম্লিবা মঙদারোলগী চৎনবী অসি অসুম অসুম ময়েং তাথরকলি। ময়েং তাথরকলিবা অসিগী মরু ওইবা মরমদি মীয়াম্না পাম্লরক্তবা অমদি লৈপাক নিংথৌগী ব্রায়েল পথাপ হোংখিবদগীনি পাকশন্না লৈপাক শিন্না চৎনরম্লবসু কাঙলুপ নাইনরকপগী খেন্নবা লাকপনা মঙদাবগী চৎনরোল থৌওং খেন্ননা লাকই খেন্নবা অসিনা মঙদাবগী পথাপ অমা অরেপ্পা থমদনা শাগে শাগেগী ওইনা চৎনরকলি। মরম অসিদগী চীং অমসুং তমগী খেন্নবা লাকপনা তমগীদি চৎনরোল অসিগী মমি ইতা তাখিদরে। মরম অসিমক্তনা মঙদারোল অসি হৌজিক্তি লৈপাক অসিদা পাঙথোক্লবগী মশক মমি শাম্লকলে।

ককচিংদসু মঙদাবগী থৌরম অসি পাঙথোকই। মখোয়গী মঙদাবদি অহল-লমন, পাখং-লৈশাবীশিংনা মনুং মতম চাদনা মীশি মীনা চাদনা শিরবা মতমদা মঙদাবগী থৌরম অসি পাঙথোকই। অসুম্না থা ২/৩ গী অঙাংনা শিরবদি চউম নোঙ্গাবা হায়দুনা মঙদাবগী থৌরম তৌই।

**মঙদাবদা চঙবা পোৎলম :**

অহল-লমন, পাখং-লৈশাবীশিংনা শিরবা মতমদা মঙদাবদা চঙগদবা পোৎলমশিংদি শোরাও়া (শ্রাদ্ধ) হাপকদবা পোৎশিং অদু শয্যা থাই। লফোই লফাং চঙ থোকপা ১, তৈ- লৈ য়াওদুনা কৎকনি। খুদৈ অমা য়াওগনি। অব্রাংগী উখোকতেনগী কাদা হাপনিং হাপনিংবা পোৎচৈ হাপ্লগা কৎকনি। লাইরোল হাপ্তুনা কৎকনি। অমাইবীনা লৈহৌরোল হৌদুনা হায়বদি শঙলেননা শঙলেনগী লৈহৌরোল হৌগনি, নোংমাই (লংমাই) অমসুং ফুরাগী অমাইবী ওইরগনা মখোয় মখোয়গী লৈহৌরোল হৌরগা মঙদাগনি। অমন শিগুমলোন শক্কনি, কনাগুম্বনা কোন্থৌজম নোঙ্গারোল শক্লবসু য়াওই। মসিবু নাওথেম ঈশৈ ওইনা শকনৈ।

অঙাং থা ২/৩ শুবনা শিরবা মতমদদি মঙদাবা মতমদা লাইফদিবীনা অঙাং শাগনি, ফনেক মচা য়াওগনি, শারম ৭, ঙারম তরেৎ য়াওরগা চাকয়িন চয়িন তমদুনা অমাইবীনা হুম হুম হায়দুনা নাওথেমবীদুনা শুম্বীগনি। অদুগা অমাইবীনা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোকই। ককচিংগী অমাইবীনা মঙদাবগা কংলৈগী মঙদাবগা খেন্নে। শমজিন্না হায়রবদা মঙদাবা হায়বসি হরাউবদা অমাইবীনা লাইমাং ফম্লিবাঅসিগা মান্নে হায়বা য়াই।[৬৭]

৬৭. তাকপিরকপা : **নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ,** পণ্ডিত অচৌবা, ককচিং।

মঙদাবদা চঙলিবা পোৎচঙ চৈজঙশিং অসি মমাঙঙেগী মতমদদি য়াম্না কূপশিন্না তৌনরম্মী। হৌজিক্তি মসিগী অকুপ্পা কাঙলোনশিং অদু তৌনদ্রে। মঙদা লুক্রচিংবা য়াওনদ্রে। অরৈবা খরা কৎচরগা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোক্লরে।

অসিদসু নত্তনা ফয়েং, মোইরাং, সেকমাই, লৈমরাম অমদি চীংমী (কবুই, তাংখুল) ইচিন-ইনাওশিং দসু মঙদাবগী থৌরম পাঙথোক্লরম্মী। চকপা কাঙলুপকী মঙদাবদদি কনাগুম্বা ইমুং অমগী মী অমা শিরবদি নুমিৎ হুমনি শুবদা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোকই। হুমনিদা থৌরম পাঙথোকপা ঙমদ্রগা থা ১ লৈরগা পাঙথোকপসু য়াওই।

**মঙদাবগী পোৎচংদি**— য়েরুম কায়দবা ১, য়েন ১ কৎকনি, লাইগী চাকলুক অমা থাগনি চুরিদা অমুক মশীং নাইদনা চাকলুক থাগনি। থোংঙাক নিংথৌগী ফক অমা থাগনি। ফক্তুদা ফিরাং মরাক তাইবা অমা থাগনি। খুদৈ অনী তাইবা অনী থাগনি। লফোই চঙথোকপা, হৈ মনম নাইবা ২ হাপকনি। চেং হৈগনি। অদুগা অমাইবীনা লাইনিংথৌগী মমাঙদা ফক অহনবা অমা থাদুনা ফম্লগা মঙদাবগী থৌরম তৌনৈ।

চীংমীশিংগী (কবুই, তাংখুল) মঙদাবগী পোৎচঙশিংগা চকপা কাঙলুপশিংগী পোৎচঙশিংগা মান্নবনা তোঙান তোঙান্না অমুক মঙদাবগী পোৎচৎ হাপ্লদ্রে। খেন্নবা হায়ববু চীংমীগীদি (কবুই, তাংখুল) মঙদাবা থৌরম তৌবনি। ইমুং অদুদা কনাগুম্বা মী অমা শিরবা মতমদা মঙথোং থিংবা হায়দুনা থৌরম অমা পাঙথোকই। মসিগী মতুং নুমিৎ মঙানি শুবদা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোকই। চীংমীগী মং অয়াম্বদি লাপ্না লৈনদে। লাপনা লৈনদবনিনা মঙ চঙবগী মফম অসি মাঙশোক্তা ফম্লগা মঙদাবগী থৌরম তৌনৈ। অমাইবীনা মংদগী লংজা ৫ না হীরি ওইরগা মঙদাগদৌরিবা মফম অদু ফাওবা তিংলকনি। অদুগা মাইবীগী খোইদৌ মখাদা লং অদু য়েপশিনগনি। লং তীংলক্লিবা অদুগী মখাদা পরেং শানা য়াম চাইগনি। য়াম চাইরিবা অসিদা অশিবা মী অদুনা লাকপগী খোঙ্গুল তাই হায়না থাজনৈ। অমাইবীনা শরিক পায়রগা ফিরুক খুন্নগা মকোক কূপশিন্দুনা ফম্নগা নাওথেম ঈশৈনা শৈথাগনি। নাওথেম ঈশৈ অসিদি চকপগী মঙদাবদসু অদুম্মক শক্লে। নাওথেম ঈশৈ অদুদি---

"ইমাগী ইমোম নঙবু ইমানা
ঙসি কোরৌ নুমিত্তা
খম্লুং শব্রাবু তান্দৌরি
থোংনাং মোম্বী চীংনুংবু

হুইতং ঙানা হুৎপবু ইবুংঙো
লাইজ থোঙবু লোনবনি
লেমলৈ ঙাথোংবু থীংবা ইবুংঙো
নহান্নোং নচলবু ইবেম্মা
হা ইবেম্মা খম্নুং কিকোইবু লৌওনবী
পলেম নত্তনা পলেম শা
পন্থৌদি নত্তনা পন্থৌ শাবী
... ... ...
হা ললাম্বুংগী মতোন্দা ইমাগা
তাউজিং হৈরাং চারুসি
ব্রানদেং খোইবী শিংজু চারুসি
... ... ...
হা ইমোম ইবেম্মা
ইমাগা অমুক্ত চঙলসি
লাকও ইবেম্মা
... ... ...
ইমাদি পলেম নমাসু নত্তেয়ে
পন্থৌ নপাসু নত্তেয়ে।
খমনুংগী কিকোই লৌওনবী
হায়দো ঐনিনে
... ... ...
হা ইমোম চিংশাং অসিদা
চৎলগা শমুগী নমান্নবা লৈরমগনি
নমা নপাগী নমান্নবা লৈরমগনি চৎলু।

অসি হায়রম্লগা খম্নুং কিকোই লৌওনবীনা ফি কন্থোক্লম্লগা চৎকনি। মসিনা তাকলিবদি শিঙ্গ্রিবা মী অদুনা মাবু অশি লম্লেলদা পুদুনা চৎলিব্রসি খম্নুং কিকোই লৌওনবীনা মমা মপা শাদুনা মাবু থেমদুনা পুবনি হায়বদু তাকলি। অমাইবীনা লাইরোলশোনবদা অশিবা মী অদু ভূম্লুবা হৌৎলকপগী মতৌগুম্না তৌবসু য়াওই। মদুগা

করিগুম্বদা চিনতা তৌদুনা ব্রা শুকঙাং ঙাঙলক্তবসু য়াওই। মখোয়না ব্রা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈবা মতমদদি অমাইবী মঙদারিবী অদুসু লাইপাউ পীদে অশিবা মী অদুনা ব্রা য়াম্না ঙাঙলকলবা মতমদদি অমাইবীসু লাই ফাওই। করিগুম্বদা অশিবা মী অদুনা ইঙক ঙক্লদুনা লৈবসু য়াওই। অদুগা য়াম্না অকিবগী শকফমদা লৈবসু য়াওই।[৬৮]

অসুম্না মঙদাবা হায়বসি হৌজিকমক ফয়েং অমসুং চীংমী ইচিন ইনাওশিংগী য়ূমথোং খূদিংদা পাঙথোক্লরি। কনাগুম্বা নৎত্রগা কনাগুম্বী নৎত্রগা নুংশিরবা মচা লৈখিদ্রবা মতুংদা উন্নবা ফংহৌদনা অমদি পুকমেন পাউমেন্নবা ঙম্মোইদবা মতাংদা উন্ননীংবগী ব্রাখলনা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোকলগা প্ঙেঞ্জবা ফংনৈ। মঙদাবা মতমদা অমাইবীনা লৈখিদ্রবা মী অদুগী মশক মমিং নীংশিংদুনা খোইয়ুম লাইদা থৌনিজরগা পাউজেল পাউতাক লৌনৈ। মীয়াম্না পীরকলিবা পাউজেল অদু তারগা পেন্দবা কয়াশিং অদুবু মাঙখি।

ঙসি ফাওবদা ফয়েং অমসুং চীংমী (কবুই, তাংখুল) ইচিন-ইনাওশিংগী মনুংদা তৎপা নাইদ্রবা ঈচেল অসিগা লোয়ননা মঙদাবগী থৌরম পাঙথোক্লি। থৌবম অসিদা অমাইবীনা চাউরবা থৌদাং য়াদুনা মীয়ামগী পেন্ননবা শিন্থা পাঙথোক্লি। শাগৈ পীক্লবসু চাউরবসু লৈপাক মীয়ামগী মরক্তা কাঙলুপ খবগী ওইনা চৎনবী অমা ওইনা লৈরমলিবা মঙদারোল হায়বা অসি লৈপাক্কী চৎনবীমক ওইদ্রবসু মৈতৈ জাতিগীদমক্তদি সংস্কৃতিগী মশক তাকপদা থৌদাং খরদি লৌরি হায়বা য়াই।

চীং অমসুং তম অনীগী লাইনীং হৌজিক খেন্নবা লৈরবসু য়েলহৌঙৈগী চৎনবী মখাপোন্না মঙদাবগী থৌরমদা খেন্ননা পাঙথোক্লম্লিবা থৌরম অসিদা অমাইবীনা পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা থৌরম অমা ওইনা লৌরি। মরম অসিনা য়েলহৌঙৈদগী লৈবক্লবা অমাইবীবু শাগৈ শলাই য়েক খূদিংমক্লা মাগী মাগী চৎনবী মনাৎকী লম্বীদা চাউরবা থৌদাং লৌহল্লি। থৌদাং অসিমক্তনা অমাইবী হায়বা অসি হীরম থৌরম খূদিংমক্তা চন্নদবা লৈতে হায়বা অসি মঙদারোলগী ঈচেলনা তশেং তশেংনা উৎলি।

৬৮. তাম্পিরকপী : য়ুমশংবী অমাইবী, লম্দেং।

## ১০। য়েনখৌ পাদম য়েংবা

য়েনখৌ পাদম হায়বসি য়েনখৌদা পাদম লাক্লগা মদুদগী খেন চাং অফবা ফত্তবা য়েংবগী মওংনি।

**য়েংবগী মওং :**

লম ফাবা য়েনখৌ অমা লৌগনি। মসি কনাগুম্বা খৎন-চৈনবা পোৎমাঙ চৈমাঙ নৎত্রগা করিগুম্বা থৌদোক অমগী অফ-ফত্তবা য়েংবা মতমদা 'য়েনখৌ পাদম' হায়না খঙনবা য়েনখৌ অদু লৌরগা অমাইবীদুনা লাইবোল শোল্লগা মহাক্কী লম অদু ফারিব্রা ফাদবরা হায়দুনা যেংই। য়েংবা মতম অসিদা অমাইবীদুনা নীংবা থুংগদবা অচুম্বা ওইরবদি লমনা পাদমদগী হেন্দোক-ও হায়রগা য়েংই। করিগুম্বা পাদম অদুদগী অমাইবীগী লমদা শাংবা হেল্লবদি অফবনি হায়না খঙনগনি।

পাদম্না হেল্লগনা ফত্তবনি হায়না খঙনগনি। পাদম অসি য়েংবা তৌবকপদা অহানবদা লাইনিংথৌদা হান্না খুরুম্মী। কনাগুম্বা য়েংলিবা অদুনা ফজদ্রগদি মশাগী লমদা য়েনখৌ পাদম ওন্দুনা য়েংই। অসিসু অমাইবীগী মতৌগুম্না লমনা হেল্লগনা ফৈ হায়না খল্লি, য়েনখৌনা হেল্লগদি ফত্তে হায়না খল্লি।

পোৎমাঙ চৈমাঙ থোকখিবগী মতাংদা যেনখৌনা হেনবা নৎত্রগা খূৎনা হেনবগী মতুংইন্না ফংলোই ফংগনি হায়বা তাকই।[৬৯]

## ১১। চরোৎ লাংনা পাদম্বা

৬৯. তাকপীরকপী : **রাজকুমারী চাউবীসনা**, (অমুদোন অমাইবী), তেরা।

চরোৎ লাংনা পাদম্লবগীদমক শাংবা চপ মান্নবা চরোৎ মনা অনী লৌরগা অনীমক চপ মান্ননা থমগনি। অমাইবীনা মন্ত্র শোল্লগা অমুক চরোৎ লাংনা অনী অদুগী অশাংবা মান্নরিব্রা মান্নদব্রা হায়বা য়েংগনি। লাংনা অমনা শাংবা হেল্লন্নবদি নীংজরিবা থবক অদু মঙ্গল ওইরগনি হায়বা তাকই। মতৌ অসুম্না চরোৎ মনাদা পাদমদুনা য়েংবা অসিবু চরোৎ লাংনা পাদম হায়রগা খঙনৈ।

মাইবী অহানবা চঙলকপদা লৈমরেলনা মখোয় মখোয়না পুরিবা লাইদা লৈনুংলোন তম্বা মতমদা পাদম্বা মখল অসি পাঙথোক্নুনা থৌনিনৈ।[৭০]

## ১২। শিং পাখায়বা :

শিং মনাও অমবু থাঙনা খায়বদা ময়ায় চপ চানা খায়রগা অফবা ফত্তবা চাং য়েংবা অদুবু শিং পাখায়বা হায়রগা খঙনৈ।

**থৌরম মওং :**

শিংদা চাং য়েংগদৌরিবা নুপী নৎত্রগা নিপা অদুনা শিং মনাও অমা পুরক্লগা অমাইবীদা য়েংবীয়ু হায়দুনা পীগনি। অমাইবীগী থাঙ থাংজ তরেৎনা তিল্লগা শাবা মতিক ময়াই লৈবা অদুদা অমাইবীনা মন্ত্র শোল্লগা মিৎ উইশিন্দুনা শিং অদুবু খায়গনি। খায়বা মতমদা ময়ায় চপ চানা খায়রবদি অফবগী খুদমনি খঙনগনি। শেমপ্রে নাপ্রেনা খায়বা তারগনা ফত্তবা ফল ফংগনি হায়বা তাকই।[৭১]

--( )--

৭০. তাকপিবকপী : **য়ুমশংবী অমাইবী**, লমদেং।

৭১. তাকপিরকপী : **মথক্কী** অসিমক।

## চরেংশুবা শল্লূপ

# ব্রারোইশিন

সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা অমাইবীনা লৈপাক মীয়ামগী মমাঙদা থবক থৌরম খৃদিংমক য়াম্না চঙখোন্না হৈশিংনা নুংগী ঈচেনগা শাগোন্ননা পাঙথোকই। থোইদোক হেন্দোকপা হৈশিংবা অসিনা মরম ওইদুনা সমাজগী মীৎয়েংদা অমাইবী হায়বসি লাইমক্কী মতিক ময়াই চেনবীনি হাযনা লৌনরি। সংস্কৃতিগী মশক উৎপদা অমাইবীনা লৌরিবা থৌদাং অসি লৌবা ঙম্বা অতে কনাসু লৈতে।

য়েলহৌঙৈদগী লাইগী লীল্লমদা থাজদুনা লাল্লবা লৈপাক মীয়ামগী পুন্সিদা লাই-তীনগী থৌরম পাঙথোকপদা নত্তনা সমাজ অসিগী সংস্কৃতিগী শক্তম শেমগৎলকপা অমদি সংস্কৃতিগী মিংশেল ওইরিবা লাই হরাওবদা লৈপাক অসিগী মপুং ওইবা মশক উৎলকপদা অমাইবীনা চাউরবা থৌদাং য়াবি। লৈপাক নিংথৌগী য়াইফনবগী থৌরম থৌদাংশিংদা মতম চূপ্পগী নুমিৎ থাবান অমদি কুমগী মতুংইন্না অমাইবীশিংনা মশাগী মথৌনি হাযনা খন্দুনা ঈরাৎ থৌনি, লাইশোন তীনশোননচিংবা পাঙথোক্লি। মীয়ামনা সমাজগীতা নত্তনা ইমুং মনুংগী মীওইশিংগী য়াইফনবগী থৌরম থৌদা খৃদিংমক্তসু অমাইবীশিংবু শিন্থা থৌদা য়াহন্দুনা, মখোয়গী মতেংতনা নুংঙাই-য়াইফবা ফংগনি হায়বগীদমক; লাইরমলেনগী চৎনবী কায়দনা পাঙথোকনরল্লি। সমাজ অমা লিংলকপদা অমদি হিংলিবা মীয়ামগী পুন্সিগী খোঙথাং খৃদিংমক্তা অন্না-অনা তুরৈ-ইরৈ খৃদিংগী মরী মখোঙ থিরগা তীনকোক লাইকোল্লবগীদমক অমাইবীশিংগী মতেং লৌনরি। মালেম লৈশেমঙৈদগী খোইয়ুম লাইগা শাগোন্নরল্লবী অমাইবী ওইবীশিংনা মখোয়গী পুন্সিদা লৈপাক অসিগী সংস্কৃতিগী মশক তাক্লনবা হোৎনরল্লি। খোইয়ুম লাইগী থৌজালনা তাইবংপান শেম্লকপদা নমু তাইবং মীওইবশিংনা করম্না পোক্লবগা, করম্না খুন্দা লৈতারকপা করম্না য়ুমনাক খুল্লিংলকপা, করম্না শিন্থা থৌদাং অসিমক্তনা পাঙথোক্লকপা হায়বনচিংবা পূম্নমক অসিবু লাই হরাওবা থৌরমদা য়াম্না লায়না মীয়ামগী মমাঙদা

মিৎনা উহন্দুনা নুংগী কূপ্লবা ঈচেলবু অমাইবীনা য়ারিবা চাউরবা শিন্থা থৌদাং লৈবাক অসিগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী শক্তমবু মতম পূম্নমক্তা তৎপা নাইররোইদবা ঈচেল অমগা ঈরোইননা পুথরকলি। অসুম্না অমাইবীশিংগী তোপ তোপ্পা হৈশিংবা অমদি মতিক ময়াইগী মঙালতনা লৈপাক্কী সমাজগী থম্মোয় খূদিংমক্তা চেকশিল্লক্লবা লুরবা তাংফমদতা নত্তনা চারোল শুরোল কয়া কাউবা লৈতনা নীংশিংলক্লগদবা য়ূম্ফমদা লেপহন্দুনা খোইয়ুম লাইগী মশকপু নীংশিংদুনা লৈহল্লি।

অসুম্না অমাইবীনা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মূৎপা নাইররোইদবা মশক্তা খোইয়ুম লাইগী শেংলবা ঈচেলবু তাইবং মীয়ামগী পাক্লবা ঈপাক ঈরেলদা তীলহন্নবগী থৌরাংদা অমাইবীনা মতেং পাংলি। মসিমক্তনা অমাইবীগী মশক অসি সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মিংশেল ওইবতা নত্তনা খোইয়ুম লাইনিংথৌ লাইরেম্বী থৌজালনা মখোয়গী মশক ওইরবী পাখোল্লোয় ওইরবীনি হায়না মশক উৎপিরি। অমাইবীসু মশাগী মথৌ মশক খঙনা সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী চৈশু ওইদুনা কঙাওনরবা লৈপাক মীয়ামগী ব্রাখলবু লমজিংবিদুনা লাইরমলেনগী অশেংবা লম্বীদা চৎপা ঙম্নবা অমদি চৎননবা তেংবাংবিরি। অসিদা নত্তনা ঙসি ফাওবদা লেপ্পা লৈতনা পাঙথোক্লক্লিবা অমদি উৎথোক্লক্লিবা পূম্নমক অসি সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা ঈচেল অদুতবু উৎথোক্লবগী তমদবা য়াদ্রবা শিনফম অমা ওইনা খোইয়ুম লাইনা শিন্থা পীরকপা অমদি নোংদম্বনা তম্লক্লবা অমাইবীশিংগী লাইবকনি। মখোয়গী শিনফমগী হৈশিংবা অসিতনা সংস্কৃতিগী মশক উৎথোকপা ঙম্লিবনি। অমরোমদা অমাইবীশিং অসি সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা পূক্কে লনগৈগী তুংনফমনি হায়না লৌবদা থোইনা লাল্লোই খঞ্জে।

সমাজগী মনুংদা অমাইবী হায়বা অসি লৈতবা য়াদ্রবা মওংদা মূৎপা নাইররোইদবা চৎনবী থাজনবীগী য়ূম্ফম অমদা লৈরবনিনা অমাইবীবু লৈপাক মীয়াম্না মশক খঙদুনা মখোয়গী থৌদাং শিন্থাদগী মতম পূম্নমক্তা লৌশিং পাউতাক অমদি পাম্বৈ পাঙ্গল ফংলি অমসুং মখোয়বু মখোয়গী থৌদাংশিংনা মরম ওইদুনা সমাজগী অৱাংবা থাক্তা থম্লি।

মতৌ অসুম্না সমাজ অমসুং সংস্কৃতিগী মশকপু শেংনা উৎননবা হোৎনবদা অমাইবীনা মমা শক্লা লৈপাকপু নাওয়োক নাওকোনবীরি। মরম অসিদগী ঙসি ফাওবদা অমাইবীবু ইমা লৈমরেলমক্কী লাংওননি হায়দুনা লৈপাক মীয়াম্না 'ইমা অমাইবী'গী মিংথোল পীনরি।

--( )--

# বিব্লিওগ্রাফী

**লাইরিক- (মৈতৈলোন)**


১। অমুয়াইমা সিংহ, পাওরেম। **সনামহী ফাংথোং**। ককচিং সম্পাদক, ১৯৮১ ।

২। অমুবী সিংহ, ইরোম। লাইচন: **লৈহৌ নাওফমলোন**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৮১।

৩। অঙৌ লুৱাং, নোংথোনবমচা। **নিংথৌ কাঙবলোন** (খৃষ্টগী মমাঙগী নিংথৌশিং)। ইম্ফাল: চোংথামচা ইবোতোম্বী, ১৯৭৬।

৪। — পাখংবা নোংকালোল। ইম্ফাল লাইরেল্লাকপম চনু দেবলা, ১৯৮৩।

৫। ইবোচৌবা সিংহ, নামৈরাকপম। **থিরেল লায়াৎ**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৮১।

৬। — **থিরেল মৈরম লিবা**। ইম্ফাল : সম্পাদক, ১৯৮২।

৭। কুলচন্দ্র সিংহ, ঙারিয়াম্বম **মৈতৈ লাই হরাউবা**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৬৩।

৮। — **অপোকপা থৌনিরোল**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৭৭

৯। গৌরচন্দ্র সিংহ, ময়াংলাম্বম। **থল্লাংবা ৱারী**। অহুইরোল, ককচিং।

১০। — **সনামহী লাইহুই**, ককচিং: পিপল ম্যুজিময়ম, ১৯৮২।

১১। চন্দ্রশেখর খুলেম। **লাই হরাওবা লাইশোন**। ইম্ফাল: মৈতৈ ময়েক ওর্গেনাইজেসন এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন, ১৯৮২।

| | | |
|---|---|---|
| ১২। | জয় (ঙানবা), চোংথামচা। | **লৈশেমলোন অরিবা**। (ফোঙড্রিবা পুয়া) |
| ১৩। | জয়চন্দ্র মৈতৈ, ব্রাংখৈময়ুম। | **য়ুমদা য়ুমখাইলোন**। ইম্ফাল, সম্পাদক, ১৯৭০। |
| ১৪। | নীলবীর সিংহ, হুইদ্রোম। | **জ্যোতিষ চিন্তামনি** (১বা খণ্ড)। ইম্ফাল: নিংথৌমচা মণিস্না, ১৯৮১। |
| ১৫। | বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নামচা অমসুং নিংথৌমচা মণিস্না | **ইমোইনু অহোঙবীগী তুংনফম**। ৪বা খূৎনম, ১৯৬৩; ইম্ফাল; নিংথৌমচা মণিস্না, ১৯৮২। |
| ১৬। | বুদ্ধিচন্দ্র য়ুম্নামচা। | **থালোয় নোংখায়রোল**। ইম্ফাল সম্পাদক, ১৯৮৬। |
| ১৭। | ভোগেশ্বর সিংহ, ওইনাম। | **খাগেম্বা লাংজৈ**। ইম্ফাল: কে ঐইচ. ইবোতোম্বী সিংহ, ১৯৬৮। |
| ১৮। | — | **নুমিৎ কাপ্পা**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৭৮। |
| ১৯। | মাধব সিংহ, থোংঙাম অমসুং নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ। | **খুনুং লিচৎ শাজৎ**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৮১। |
| ২০। | হেরাঙৌ সিংহ, অরাম্বম। | **শুবিকা**। ফোঙড্রিবা পুয়া। |
| ২১। | য়াইমা সিংহ, খুমল্লম্বম। | **পোইরৈতোন খুনথোক**। ইম্ফাল: সম্পাদক, ১৯৭৭। |
| ২২। | য়ুমশংবী, ব্রাংখৈময়ুম ওংবী। | **উমংলাই হরাওবগী থৌরম**। লমদেং অঙোম ইন্দ্রমনি দেবী, ১৯৮৬। |
| ২৩। | রাজমুহন সিংহ, শগোলশেমচা। | **পুব্রারী খাবী থিরেল থৌনিরোল**। ব্রাংজিং : সম্পাদক, ১৯৭৩ |

## ENGLISH

| | | |
|---|---|---|
| 1. | Leach, Maria and Jerome Fried | **Standard Dictionary of Folklore Mythology and Legend** (New York: Frunk and Wagnalls, 1950. |
| 2. | Herkovits, Melville J. | **Cultural Anthropology**, 1947 : rpt. New Delhi, Oxford and IBH, 1974. |

## মণিপুরী চেফোঙশিং

(অ) সেমিনার পেপর

১। **লাইহরাওবা**, সিলভর জুবিলী সেমিনার পেপর। ইম্ফাল : কলচরেল ফোরম, ১৯৮৬।

(আ) মতম নাইনা ফোঙবা

২। খুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, সম্পা. **উমংলাই খুন্দা**। (২বা চহী)। ইম্ফাল ওল মণিপুর উমংলাই হরাওবা কমিটি, জুন ১৯৬১। ২বা চহী। ৫শুবা মশীং।

## তান্নজখিবা মীওইশিং

১। নাওরেম অমুয়াইমা সিংহ। *পণ্ডিত অচৌবা* (সনাকোনুংগী) নিংথৌ লৈকাই, ককচিং। চহী ৯৫।

২। পদ্মশ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ। *পণ্ডিত*। উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল: চহী ৭৫।

৩। শ্রীমতি ৱাংখৈময়ুম ওংবী য়ুমশংবী দেবী। *অমাইবী* (শঙলেন)। হান্না সনাকোনুং অমাইবী লোইশঙ (অশুপ্পী) জে.এন. মণিপুর ডান্স একাডেমী লাইহরাওবা সেক্সন্দা ভিজিটিং গুরু ওইবীরম্বী। লমদেং খুনৌ। চহী ৭০।

৪। শ্রীমতি য়ুম্নাম ওংবী থম্বালমচা দেবী। *অমাইবী* (ফুরা)। অমাইবী লোইশঙ অশুপ্পী (শঙলাকপী)। য়ুম্নাম হুইদ্রোম চহী ৭০।

৫। শ্রী ঙাংবম কুমার সিংহ। *অমাইবী স্নাকোংনুগী শঙলাকপা।* জে. এন. মণিপুর ডান্স একাডেমীগী লাইহরাওবা সেক্সনগী এসিষ্টেন্ট ভিজিটিং, গুরু। শিংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই। ইম্ফাল। চহী ৭০।

| | | |
|---|---|---|
| ৬। | শ্রীচরোইবম ইবোহল সিংহ। | *অমাইবা* । ললাম্বুং মখোং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল। চহী ৭০। |
| ৭। | শ্রীনামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ। | *পণ্ডিত* (পণ্ডিত লোইশঙ)। স্নাকোনুং। হাওবম মরক ইম্ফাল। চহী ৬৭। |
| ৮। | ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ। | *পণ্ডিত* (স্নাকোনুং, পণ্ডিত লোইশঙ)। লিব্রা নাওরেম লৈকাই, ইম্ফাল। চহী ৬৭। |
| ৯। | শ্রীযুম্নামচা বুধিচন্দ্র সিংহ। | *অমাইবা,* পুয়া নৈনবা মীশক। নিংঙোম্বম লৈরক, পিশুমথোং, ইম্ফাল। চহী ৬৭। |
| ১০। | শ্রীখুমল্লম্বম ফুনিন্দ্র সিংহ। | *অমাইবা* (কবিরাজ)। সব্রাইজম লৈরক, মোইরাংখোম, ইম্ফাল। চহী ৬৫। |
| ১১। | শ্রীমতি রাজকুমারী চাওবীস্না দেবী (অমুদোন মাইবী) | *অমাইবী* (খুৎলৌ)। তেরা অখাম লৈকাই, ইম্ফাল। চহী ৬৩। |
| ১২। | শ্রীমতি নিংথৌজম ওংবী লাইবী দেবী। | *অমাইবী* (শঙলেন)। উমং লৈকাই, ফয়েং। চহী ৬০। |
| ১৩। | শ্রীমতি লাইশ্রম নিংঙোল অহোংশাবম ওংবী অমুস্না দেবী। | *অমাইবী* (শঙলেন)। ব্রাংখৈ য়োংলান লৈরক, ইম্ফাল। চহী ৫৮। |
| ১৪। | শ্রীচিঙ্গাংবম ওমোর সিংহ। | *অমাইবা*। উরিপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফাল। চহী ৫৩। |
| ১৫। | শ্রীচোংথামচা জয় (ঙানবা)। | *ফোটোগ্রাফর* : পুয়া নৈনবা মীশক। নাগমপাল, ইম্ফাল। চহী ৫১। |

--( )--

# ব্রাহৈগী য়াওফম

কুমারী ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী (১৯৫৭, ললাম্বুং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল) মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক অমনি। সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুৎশম্নদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌজরক্লি। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী (২০০০-২০০২ অমসুং ২০০৬-২০০৮) প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুরি। 'দ কলচরেল ফোরম মণিপুর' না ফোঙবা 'ঋতু' চেফোঙগী *ইদিটোরিয়েল বোর্দ মেম্বর* (২০০৫-২০০৭) নি। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা ফোঙবা 'সাহিত্য লৈচল', খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক 'নুপীগী খোঞ্জেল' অমদি 'খুনিং নেৎকে খুমাং নেৎকে' হায়রিবা চেফোঙ অমদি লাইরিকশিং অসিগী ইদিটোরিয়েল বোর্দ মেম্বর ওইখি। সেন্টর ফোর মণিপুরী ষ্টদিজ (এম. য়ু.) দা জুনিয়র রিছর্চ ফেলো অমদি রিছর্চ এসিষ্টেন্ট ওইনা (১৯৮৯-১৯৯৫) থবক তৌরম্মী। জবাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমীদা বিসারদ পাস তৌখি। হৌজিক হৌজিক নাওরেম বীরহরি কলেজ, খুন্দ্রাকপমগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরি।